# ইরাবতকী পুন্সি

অমসুং

# মহাক্কী সাহিত্য




এঃ কুঞ্জমোহন সিংহ

# ইরাবতকী পুন্সি

অমসুং

# মহাক্কী সাহিত্য

অহৈবম কৃতমালা সিংহ

লক্ষিকান্ত পব্লিকেসন্স
ইম্ফাল মণিপুর।

ইরাবতকী পুন্সি

অমস্থং- . [redacted]

মহাক্কী সাহি[redacted]

অহৈবম কৃতমালা সিংহ



অহানবা ফোঙবা : জুন ২০০১

ফোঙবা : লকিকান্ত পব্লিকেসন
হৈরাঙ্গোইথোঙ অহৈবম লৈরক, ৭৯৫০০৮

মথুম য়েকপা : এম: এল: মোইরাং (মোতিলাল)

মথুম নম্ফম : লময়ানবা প্রিন্টর
কোন্নুং লমপাক, ইম্ফাল।

ছাপা নম্ফম : পি: এস: প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরী
শগোলবন্দ মোইরাং লৈরক।

কোপী মশীং : ৮০০

মমল : লুপা ৭৫

অচুম্বা লৈরকত্রবা
নুংশিবা মফম থংলকত্রবা
অচুম্বা অমসুং নুংশিবগী দমক
ময়োক্নরিবা মখোয়গী মফমদা

# হায়নিংবা থরা

মী অমগী হৌগ্রবা মমাঙগী থোদোক রাথোক কয়াবু অমুক নহৌনা থিরুবা হায়বসিমক অরাবগী মশকনি। অতুগী মথক্তা হিজম ইরাবত শকফম কয়া তোয়না হোংবা মায়থোং কয়া লোংবা অমস্নি।

ঐগী অঙনবা মতমদা থিজগে খল্লুবদদি করিস্নু লৈতবরা থল্লুই, অদুবু মাঙংলোমদা চঙশিনলুবদদি অস্নুম অস্নুম পাক শন্দোরকথি। মানা শোক্লমদবা হীরম লৈরমদে হায়বা য়াই। খঙনিংলুবনা অমুকস্নু মাঙলোমদা চঙশিল্লুবনি। হোৎনজমনগী থরা মথৈদি ফংলবরা থল্লি। মীওইবনিনা অরাৎপা অশোইবা কয়া অমা লৈরমগনি হায়বা য়াজে। অদুবু ঐনা ঙম্বগী থাক ফাওবদদি লাইরিক কয়া থিদুনা অহল-লমন, অখং-অহৈ কয়া তানজদুনা য়ারিমথৈ খঙনবা শোইদনবা হোৎনজথি।

দিসারতেসনদগী থর অমুক নহৌনা হাপতোক হাপচিন কয়া তৌরগা লাইরিক ওইনা পুথোকচবনি। দিসারতেসন অমদি লাইরিকসিদা ওঝা দা: অ.ই. আর. বাবুনা লেংফম্রবা থৌদাং কয়া লৌবিথিবগীদমক ওঝাগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

"লাইরিক ফোঙবা মরুপ" অইবশিংগী ওইবা মরুপনস্নু শেলগী মতেং পাংবি। অরাবা কয়া থাংদুনা মসিগী চেনথোক চেনশিন তৌখিবা দা: অথোকপম খোলচন্দ্র, মথুম য়েকপিখিবা এম: এল: মে'ইরাং (মোতিলাল) অমদি লাইরিক মনীংগী ইশাগী ফোটো নমবিখিবা অহৈবম শ্যামসুন্দর অহুমবুস্নু তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

লোয়ননা মমাঙ কয়াদা তাথোক-তাশিন কয়া তৌমিন্নখিবা লৈখি-দ্রবা তামো পোৎশংবম লালমণিবু কাওজরোই। লাইরিকসিগী মথুম নমবিখিবা লমন্নানবা প্রিন্টর, কোন্নুং লমপাক্কী মীওইশিংস্থু থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

অয়োইবদা লাইরিকসি নমবিখিবা শরত খুমন ( পিঃ এসঃ প্রিন্টিং ) ঐগী হকচাং মুংঙাইতবা মতম কাওবদা থরায় য়াওনা হোৎনখিবা লাইরিক্কী গ্রুপ ফাওবা থিনবিরকুনা অৱা-অনা শরুক য়ামিন্নখিবা মাবু মতম পূম্বদা ঈশ্বরনা থৌজানবিসন্নু। লোয়ননা লাইরিক নম্বদা মতেং পাংবিখিবা প্রেসকী ইচিন-ইনাও পূম্বা তৌবিমল থংবা উৎচরি।

ইম্ফাল

মে ২৫, ২০০৬ অহৈবম কুতমালা সিংহ

# য়াওফম তাকপা



———————

# ইরাবতকী পুন্সি

অমসুং

# মহাক্কী সাহিত্য

অহানবা মতাং

# ইরাবতকী চাউরাকপা পুন্সি

ইরমদমগী রাংমদা তৌজিকস্নু লৈরি অঙোঁ চীংগী রাংমদা তাংবা খুনগী খুন্জোম্দা মতুদা য়ুংলি নীংশিং মুংপাক অমদা, মুংনাইরবা ময়েক্লা থাবি।

"কোমরেদ আইঃ সিংহ সেপ্তেম্বর তাং ২৬, ১৯৫১ দা সংসার থাদোকখি।"

জন নেতা ইবাবতকী পুন্সিদা অরাবা কয়া মশীং খঙদনা নংখি, মরমদমদা লৈজবা কয়া ফংজখিদে, লৈবা মতম থম্নু মফম কয়াদা কোংনা লৈবা ঙমদনা খুজং কয়া চীংখুং মান্নং কয়াদা মীবোং ওইনা মতম কয়া লৈখিবনি। মহাক্না অরাবা কয়া নংখিবসি মশালগী মীতোপশিংগী থুংতা নত্তে লমদমশিংগী অখণ্ড-অহে শাবা লৈবাকী চুম্নি পায়বিবা কয়াগী মথুংতা অরাবা কয়া মশীং খঙদনা নংখিবনি।

হিজম ইরাবত, বৃটিসনা মণিপুর লৌশিল্লবা, মণিপুরগী নীংথৌ তম্বা মাংলবা মথোয়গী মথাদা লৈরবা তুং খৃ: কু: ১৮৯৬ কী সেপ্তেম্বর তাং ৩০ লাংবনগী ২০নি পানবা নুমিৎকী নুমিৎ য়ুংদরিঙৈ, অমুক পিশুমথোঙগী ওইনাম লৈকাই হায়না খঙনবা মকমদা পোকই। মশাগী পোকপা নুমিৎনা য়ুমশকৈশা রাশিনা মিথুন রাশিনি। অপোকপগী মিংনা হিজম ইবুঙোহল অপোকপিগী মিংনা চোংথাম চনু থম্বালঙানবি কৌই। কুইনা লৈমিন্নৌ তম্নমদরমাম্লে, অপোকপা ঙন্না কাইনহুনা পোক্লক্কম ওইনাম লৈকাইবু থাদোক্তুনা পীক্লিঙৈ মোইরাংথোম শোগাইজম ওংবী ইবেত্তোন মনেগী মনাক্তা লৈবা তারম্মী। অপোকপা কায়নবগী অরা অনা চৈনা মরকসিদা অপোকপিসু অমুক কায়নরম্মী ওইবং সংসারদা মমা মপাগী মকমদগী লৈজবা পেঞ্জবা মুংঙাইজবা কয়াহু মহাক্কীদি ঈশ্বরনা শরুক থুংবিরমদরে।

পিক্লবসু পীক্লা মতম অমদা মণিপুর নীং তম্না পানজবা লৈবাক অমা ওইরম্মী বৃটিশকা লান কম্না শোক্লরবা তুংদা খৃ: কু: ১৮৯১ মণিপুরগী নীং তম্বা মাংলবা মতুং বৃটিশনা পাম্নবা মতমদা লৈবাকসিবু ঙাকনবা ইহান হানবা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইখিবদি মীয়ামনা বড সাহেব হায়রগসু খঙনবা মেজর মেক্সরেল সাহেবনি। মহাক্কা লমদমসিগী নিংথৌকোনগী সনাতোম্বী লৌরম্মী। মহাক্কা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরিঙৈ লম্বী থোঙ অমদি অহোংবা শাসন কয়া পুবরুবা হোৎনরম্মী। মকম কয়াদসু শগোল তোংহনা চৎলম্মী। মেক্সরেল সাহেবনা লৈবাক ঙাকপগী থবক তৌবা মতমদা খৃ: কু: ১৯০৪ দা মতম অহুগী ছট সাহেবকী নৌমা শাবা য়ুমহু খঙহৌদনা মৈ চাকখি। মৈ থাবগী মরী মথোং খিবা ঙমখিদে অহুবু মীয়ামদা দন্দি পিবা ওইনা,ইফালদা লৈবা য়ুমথোংগী ওইনা মুপাশিংনা ছট সাহেবকী য়ুম অমুক শানবা উ, ক্লা, ই নচিংকা পুরক্কদবনি হায়না অকনবা হুকুম অমা থোরকই।

অসিগুম্বা মরম চাদনা ওমই হায়তুনা থোরকপা হুকুম অতুবু মীয়াম্না শিংনতুনা বৃটিশকী মাইয়োক্তা নুপীশিংনা হৌরক্লম্মী, মতুবু অহানবা "নুপী লান" হায়না খঙনখি। মতুগী লুচিংখিবশিংদি ইরুংবম শামুজাওবী দেবী, চাউবী দেবী, লৈনৌ দেবীনি। বৃটিশকী লৈঙাক মথাদা অমুক হন্না তৌরকতনবা মীওই খরদি মপান্দা থাদোকখি, মথোইতুদি রাজকুমার মেগাজিন সিংহ, মতুম সিংহ, থাজোকপা সিংহ, লোইতাম কলা সিংহ, চাউবা অমদি চমু সিংহনি।

হিজম ইরাবত খৃঃ কুঃ ১২০৪ দা থোকখিবা নুপীশিংগী ঈহৌ অহানবা নুপী লানগী মশক মওং কয়াসু হকথেংননা য়ামনা নৌনা মশামক খঙবা হৌরকখ্রবনি। জোনষ্টোন স্কুলদা লাইব্রিক তম্লিঙৈ মতমদা ছাত্রশিংনা ওজাগী কা হেনবা অশোইবা কয়াগী মাইয়োক্তা য়ানিংদবগী ঈহৌ কয়া মতমতুদা শাগংপা হৌখিবনি। মতুনা ওইরকদবা মাগী তুংগী পুন্সিদা করিগুম্বা লম্বী অমা য়াংপা হৌরক্লবনি।

ইরাবত জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস সেবেন ফাওবা তম্লগা খৃ: কুঃ ১৯১৩ দা শৌগাইজম সমরেন্দ্রগা লোয়ননা মক্ষমসিদগী ঢাকা তাম্না লাইব্রিক মথা তমথবা চৎমিন্নরম্মী। ঢাকাদা লৈতুনা ক্লাস নাইন ফাওবা তম্লম্মী। নহা ওইনা লৈবাক য়াংমগী মওং ম.তৌ কয়া খংবা হৌরম্মী। লাইব্রিক তম্না তম্না মীগী থবক কয়াসু তৌবা লেপ্পনদে, মমৈথংদা শেল-থুমগী অয়াবা খুদোংচাদবা কয়া লৈরকপদগী ইরাবত মথা তমথবা তৌদনা মতম খরগী তুংদা ঢাকাদগী থোরক্লগা হান্নগী লৈফম অমুক থাদোক্নুনা য়াংথৈ নিংথেম পুখ্রি মপালদা লৈবা মাইবম শমদেনগীদা লৈরম্মী। ইরাবতনা ঢাকাদগী লাইব্রিক মথা তমথবা তোক্লবসু শৌগাইজম সমরেন্দ্রদি মথা তমখখি। মতম অতুদা মমিং লৈরবা কটন কলেজ খৃঃ কুঃ ১৯০১ দা (কামরূত) অসামদা লিংখৎখি, অতুগা ঢাকা ইউনিভরসিটিনা খৃ. কুঃ ১৯২১ দা লিংখৎখিবনি। শৌগাইজম সমরেন্দ্র খৃঃ কুঃ ১৯২০ দা কটন কলেজদগী বি. এ. পাস তৌখি। মহাক মণিপুরগী অহানবা বি. এ নি।

মতম অদুগী মনিপুরী সমাজদা মহৈ মশীং হৈবা মশাগী তোপ তোপ্পা গুণ কয়া লৈবা তুংগী অশা লৈবা মীথোই-মীহেনবা অমবু লিংথোগী তাই-শেন ওইবগী চংনবি অদুমক লৈরম্মী।

হিজম ইরাবত চুরাচান্দ মহারাজগী ময়াম্বুংতোন চন্দ্রহাসকী মচানুপী অহল থোমদোনলনাম্বু চাওনা লুহোংহুমা লৌরম্মী। মমাক ইবুংঙো হায়বা মিংথোনগা লোয়রমা মাগী মশাগী তোপ-তোপ্পা গুণ কয়াদগী পঞ্চায় মেম্বর খাওবা ওইরম্মী। মতমদুগী পঞ্চায় মেম্বর হায়বসি অচৌবা শিংথামবা রুম অমনি মতমদুগী পঞ্চায় মেম্বর অমদা খুদোং চাবা কয়া পীরম্মী মদুদি খাদা লুপা ২৫, লৌ পরি ২৫ অদুদা নত্তবা মীনাই মীশল কয়া অমগুনি।

লিংথোগী অকনবা শকতি লৈবা মতমদুদা ব্রহ্মসভা হায়বা অমা লৈরম্মী। সভানা ইনথোকপা, মাংবা শেংবগী মরমদা অকনবা নীয়ম কয়ামুক থনম্মী। মী অমা শিবা ফাওবা মাংলে হায়রবদি পোলোইবা ফাওবা য়ারমদে ফুমজিনবা কয়ানি শোয়াং শোনবা য়াদবা কয়াম্বুনি। অকনবা চৈরাক কিবদগী মীওই কয়া চঙবা কিনরম্মী। মাংবা শেংথা ধর্মগী কল্লবা মরুমদা মতমদুদা 'রতন' হায়রবা রুম অমা লৈরম্মী। মাংহল্লবসু অমুক শেংদোকপদি য়াদ্রম্মী, অদুবু শেংদি অদুমক চঙলম্মী।

ব্রহ্মসভানা মাংহল্লগা লুপা ৮০।.১ (লুপা মরিম্ফু সিকি অমগা পাই অমা) নিংথৌনা মাংহল্লগনা লুপা ৫০০. সনথ্যা অহলনা মাংহল্লগনা লুপা ২৫০. রত্তমা মাংহল্লগনা লুপা ৫০ লৌরম্মী। মতমদুগী শেলথোক রাংগা প্রজাশিংদা অমুক চাউবা পোৎলুম কয়া থনম্মী।

মতমদুদা চংনবি অমা ওইনা পিরন চাকথাক, পোথাং, পুহনবা য়ারেক শন্ত্রি, তৌদবা য়াদবা কয়া লৈরম্মী। চীংদগী শীং চনবা য়ারমদে মশাংকী ইংথোলদা হোবা উ কাওবা মশানা য়ানবা য়ারমদে মসিদা নত্তনা প্রজাগী মথঙ-মথা কয়াগী থাজনা লৌদুনা থোঙলানবা

মত্তমদা শেলথাই লৌগনি। মসিদা নত্তনা মতমত্তুদা গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম চংপশিংনা মায়দা চন্দল থিনবগী মতুগী শেলথাই লৌগনি, মতুবু পিত্রবসু ম্যাংই হায়না ইন্থোক্কনি। নাহুৎ—নারেংগী মভমদসু পাস নাপেৎ শেল লৌরম্মী। ইমুং-মনুংগী মুপা মুপী থায়নবা ফাওবা মত্তম-তুদা রাখৈশেল (জারি) ভৌরম্মী।

টৈরা পাম্বীনা মপাল শাৎতুনা মহৈ য়াল্লবা মপাল মহৈ কেনবরা য়েংশিনবা লাকপদা করিগুম্বা কেল্লম্নবা মপাল, মহৈ, সবকারগী মীওইতুনা করিসু খণ্ডজত্রবা মুমদা থা তরুক জেল লুপা য়াংথৈনচিংবা জারি ভৌরম্মী।

নহা ওইবা মুপা কয়া মতমত্তুদা স্কারগা পুনিংবা মায়কৈদা পুরম্মী। সাহেবনা শাগোল তোংতুনা চংলগা বেগরি ওইনা সাহেবকী অচা অথক কয়া মখোঙনা পুতুনা চংকনি। খোঙনা মুমিং কয়ানি চংকনি অরাবা কয়া খাংগনি, মরম অতুনা নহারোল কয়া ফাদনবা হায়তুনা নারক মোংশোঙদা মীপাইতুনা লোংকনি। অসিগুম্বা নম হাবগী চংনবী কয়ানা শেল থুমগী ফিবম কৎত্রবা প্রজাশিংদা অরাবা চৈথেং কয়া পিরম্মী।

মফমসিদা লৈবিবা পাংকী মপান্দা থুন্দারিবা প্রজাশিংনা কুম অমগী চাবা ওরুবা নিংথৌদা ঙা কংলি। শা-লান কয়া লাক্লবদি প্রজা কয়া চংতবা য়ারোই, হৌতুনা ময়াম চংকনি। কৈজনবা খুংলাই পায়দবা প্রজাগীনি অতুগা খুংলাই পায়বা ফম্নাইবা, সেনাপতি চংলোই। মৈহুম অমগা মোরোক অমগা পুতুনা পাউ লাক্লবদি মত্তমতুদা চাক চারম্নবসু তোকুনা খুংলাই য়াওদনা থরায় পাম্মুবা লৈত্তনা অণ্ডম্বগী য়াথংদগী কৈ ফাবা চংকনি। অতুনা ভৌদবা য়াদবা অকনবা হুকুম কয়া অমা লৈরম্মী।

বৃটিশকী মথাদা লৈরবদা ভারত সরকারগী মহুৎশিন্দুনা পোলিটিকেল এজেণ্ট অমা মণিপুরদা থনম্মী মহাক্না নিংথৌদা

নত্রগা বৃটিশকী মথক্তা খুদোংথিবা লাননচিংবা ছোরকপা কয়াদা মানা মীৎয়েং চঙহনা মতেং পাংবগা লোয়নবা য়েংশিল্লম্মী।

মণিপুর মমুংগী ওইবা শাসন অমদি থবক্তদদি অমদি লৈবাকী অচৌবা রাথোক ফাওবদি মতমহুদা মহারাজা করিস্সু খুং থিংজনবা তৌরমদে। অহুবু মণিপুরগী শাসন পুবগী খুদোং চানবগীদমক মকমসিদা ষ্টেট দরবার হায়হুনা মীওই নিপালনা শাবা অমা লৈরম্মী। প্রেসিদেন্টদি চুবাচান্দ মহারাজনা ওইরম্মী; অহুগা ভাইস প্রেসিদেন্টগী কম অহুবুনা ইন্দিয়ান সিভিল সার্ভিস (আই. সি. এস.) সাহেব অমনা ওইরম্মী। অহুবু মতুং খ্. কু: ১৯:৬ মতমদগীদি মহারাজনা প্রেসিদেন্ট ওইবা তোক্নুনা সাহেবপু ওইহল্লম্মী।

মতম অহুগী ওইনা মণিপুর ষ্টেট দরবার হায়বসি আইন শেম্বা লৈবাক ঙাকপা অমদি লৈবাক মহুংগী রায়েন থৌদাগী মরু ওইবা থবক কয়াগী শক্তি লৈবা অমা ওইরম্মী। করিগুম্বা মরু ওইবা আইন অমা দরবারনা শেম্নবা মতুংদা মহারাজনা য়ারে হায়হুনা সহিনচিংবা ছোরগা আইন অহুবু মীয়াম্না চংবরম্মী। অহুবু দরবারনা শেম্লিবা আইন অহুবু অমুক শেমদোকপা অমদি ককপা ঙম্বগী শক্তিসু মহারাজদা অহুমক লৈরম্মী। অহুবু মরাল লৈরবা মীনচিংবা হাৎলুবগী ফার্সি তৌবা তারবদি দরবারগী রাই অহু য়াম্না মরু ওইরম্মী। মহুঙম্বদি ঙম্মী হায়হুনা মহারাজনা পঙনা ককপদি তৌরমদে।

অহুবু কনাগুম্বা মী অমবু মতম অহুগী নিংথৌগী শক্তিগী মমুংদা মরাল লৈবা লৈতবা থিদনা অমদি বিচার তৌদনা নিংথৌনা হুংশিল্লবদি মাবু কারগা জেলদা কাওবা থম্বা ঙম্মী। অহুগা অমুকসু জেলদগী থাদোকপসু ঙল্লম্মী। মরাল লৈবা মী অহুসু নিংথৌনা কনবসু ঙম্নম্মী মহারাজগী মথক্তা রেংশিনবা রাকং লোবা ঙম্বা মতমহুদা রায়েনশং অমতা মণিপুরদা লৈরমদে।

পুন্নমক অসিগীসু মথক্তা ধর্মগী অমদি ঐখোয়গী চৎনবী কয়াগী মকোক ওইবগী শক্তি অতুসু নিংথৌদা অতুমক লৈরম্মী। অসিগুম্বা ব্রিটিশ নিংথৌগী শক্তি মরকসিদা ইরাবত কয়াম কুইনা খাংতুনা লৈবা ঙমগনি।

খৃ: কু: ১৯২০ অতুরাইদা ইরাবত কলকতাদা লৈবা মতমদা গান্ধীনা রা ঙাঙবা কয়া তাখিবগা লোয়ননা মাবু মশক নীংখিনা থংখি; অতুবু মহাক ইন্দিয়ান নেশনেলদি য়াওখিবা লৈখিদে। খৃ: কু: ১৯৪৭, ১বা চহীগী নিপালশুবা মশীংদা গান্ধীজীনা কংগ্রেস সভাগী মরমদা হায়খিবা রা কয়া "অনৌবা যুগ" গী চেকোঙদসু য়াওরম্মী।

ইরাবতনা মতমতুদা অমত্তা ওইনা পুনশিন্নবা মপাল লমগী চোইনা তাথরবা মৈতৈশিংগী ফিবম ফগৎনবা তৎতনা থল্লম্মী। মরম অতুনা খৃ: কু: ১৯৩৪ ফাইরেনগী নীনি পানবা মুমিৎ পঞ্চায় মেম্বরনা লুচিংতুনা মতম অতুগী শরুাইরবা মীওইশিংগা লোয়ননা সনা কোন্থুংগী প্লে গ্রাউন্দগী তোমাল পাম্বী হৌরিবতুগী মখোংদা শ্রীযুৎ মহারাজ চুরাচান্দ থোরকপা ঙাইদনা লৈরম্মী। শ্রীযুৎনা থোরকপদা ইরাবতকা লোয়নবা মীওইশিংনা চপ মান্ননা চঙলকুনা হংগৎচখি, শ্রীযুৎ ইবুংঙোগী সনা হাকতকসিদা মমাংঙৈদা নবুথৌশিং হাকতকতগী লানগী অরা মৈশা কয়ানা অতোপ্পা লম কয়াদা থুন্দাখিবা মৈতৈ কয়াবু পুন্নমক অমুক্তং থোমজিনবিদনা মণিপুর জাতি পুন্নমকী ওইনা শেমগৎ শাগৎপিরম্মু হায়না থুরুমজরম্মী। অসুম্না মীওই কয়ানা হায়জবদগী শ্রীযুৎনা মাতুনা খৃ: কু: ১৯৩৪ মে তাং ৩০ দা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী অহানবা মীফম সনা কোন্থুংগী রাস মণ্ডপদা সার চুরাচান্দনা সভাপতি ওইতুনা কমম্মী। অতোপ অতোপ্পা মফম কয়াদগী মীফম অতু য়াওবা লাক্লখি। মীফম অসিদা হিজম ইরাবতনা জেনেরল সেক্রেটরি ওইখি।

অনৌশুবা মীফম্না খৃঃ কুঃ ১৯৩৬ জানুয়ারিগী তাং ৩০ দা শিলচরগী তারাপুর হায়না খঙনবা মফমদুদা ফমখি। মীফম অদুদা মহারাজ চুরাচান্দনা লেংবিদুনা সভাপতি ওইখি। অমদি লমদুগী মৈতৈ তারিবা মীওই কয়াগা উনদুনা থম্ন নৈনবা কয়া পাংথোক্লম্মী। মফমদুগী মীয়াম্না মহাবাজনা লেংলকপা অদুদা য়াম্না নুংঙাইজরম্মী।

অসুম্না মথং মথং ফমদুনা অহুমশুবা মহাসভাগী মীফমনা খৃঃ কু· ১৯৩৭ ফেব্রুরারিগী তাং ২৮ অমসুং মার্চ তাং ১, ২ দা মপাল লমগী মৈতৈ তারিবা বরমাগী মন্দলে সহরদা পাংথোকপা তারম্মী। হান্না সভাপতি ওইরিবা মহারাজ চুবাচান্দ সিংহ অমদি সহকারি সভাপতি মহারাজগী মবাই ইবুংঙো অঙোম তোমচৌ সিংহ খুদোং চাদবা কয়াদগী চৎপা ঙমদবনা মীফম অদুগী থবক থৌরম পুম্না ইবাবতপা শিন্নরম্মী। ইরাবতনা মীফমদুগীদমক লৈকং লম্বী অমদি ঈশিং লম্বীদা বরমা য়ৌখি।

ববমা লমদা মৈতৈ কয়া খুন্দাদুনা লৈরম্মী। বরমাদেশকী দেলিগেৎ স্বাগতকারি সভাপতি শ্রীচুরামনি শর্মনা প্রস্তাব তৌরগা দেলিগেৎ শ্রীনিত্যাইনন্দ শর্মনা সমর্থন তৌরগা হৌনবি মতুং ইন্না শ্রীহিজম ইরাবতপু নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী সভাপতি হাপখি।

মরিশুবনা চৌংভাদা খৃঃ কুঃ ১৯৩৮ ডিসেম্বর তাং ২৯, ৩০ দা তৌখি। মীফমসি রান্না মরু ওইবতা নত্তনা লমদমসিগী করিগুম্বা ঈহৌ থবা শাগৎপা হৌবা অমা ওইরম্মী। মসিদা করিগুম্বা থরদগী 'হিন্দু' হায়বা ৱাহৈসি লৌথোক্লগা 'নিখিল মণিপুরী মহাসভা' হায়না কৌখিবনি।

মীফমসিদা হিজম ইরাবতনা সভাপতি অদুগা চিংঙাথম্ম পিশকনা জেনরেল সেক্রেটরী ওইখি। চৌংঙা মীফমদা ইরাবতমা চিংখৎখিবা মতমদুগী নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী ফিরালদি পাখঙবা পাকল শেকপা ওইনা শৌজিন্নরম্মী।

অসিগুম্বা অহোংবা কয়া লাকপদগী 'নিখিল মণিপুরী মহাসভা' বু পোলিটিকেল পার্টি ওইয়ে হায়না মণিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রেসিদেন্টনা ওর্দর থোক্লম্মী। অসিগুম্বা কয়াদগী মণিপুর ষ্টেটকী রাজ কর্মচারী য়াওবা য়াদে হায়বদগী হিজম ইরাবত চাওরবা পঞ্চায় মেম্বর অমদি এলাংবম তোমপোক লৌরুংশঙগী ( এস, ডি, সি, ওফিস ) হেদ ক্লাক কম থাদোকই। মসিদা মীওই কয়ানা মহাসভাদা লৈহৌই, থরনা মহাসভাদগী তোকখি।

চুরাচান্দ মহারাজসু মহাসভাসি রাজনিটি দল ওইববনিনা মানা ওইরম্বা সভাপতিগী ফমদগী তোকখি। খৃঃ কুঃ ১৯৩৯ ফেব্রুয়ারী থাদা মহাসভাগী অন্দ্রো ব্রাজকি অধিবেশন খগেন্দ্রজিৎনা চিংবা কয়ানা শিন্দুনা ফমখি। মসিদা হিজম ইরাবত ললিতামাধব শর্মা শিলেত্তগী যুমনাম কৃষ্ণচন্দ্র লাইশ্রম যুগেশ্বর কৈসাম কুঞ্জবিহারীনচিংবা য়াওই। অসিদা নত্তনা মতুংদসু মহাসভাগী মীফম কয়াসু ফমখি।

অসুম্না মীফম কয়া অতোপ্পা মফম কয়াদা ফমতুনা লৈরম্লিবা মীশিং কয়াবু শকথঙ মাইথঙনবগী অমতা ওইনা মুংশি চান্নন হিংমিন্নবগী তাংলবা তাঞ্জা ফংহল্লি।

মরিগুবা মীফমসিদা ইরাবতনচিংবা মীওই কয়ানা রারেপ তরা-গাহুমদোইথক তারম্মী রারেপশিং অতুগী মনুংদা খুঙং খুদিংদা স্কুল লিংগদৌবনি, ফ্রি কমপলসরী প্রাইমরী ইডুকেসন পিগদৌবনি, খুঙং খুদিংদা অনা-লাইয়েংশঙ থমগদবনি, লাঙ্গোল পাইবনা লৌগী মপু ওইগদবনি, রানী গাইডেলুবু জেলদগী থাদোকদবনি হায়বনচিংবা মরু ওইবা রাফম কয়া য়াওরম্মী।

ইরাবতনা মীয়ামগী থবক কয়া অরাবা খাঙতুনা লেপ্পা লৈতনা হোৎনরম্মী। ঢাকা, বরমাগী মন্দলে জেল ভারতকী মফম কয়া অসামগী কছারদা মৈতৈ তাবা মফমশিংদসু কোইনা চৎতুনা অমদি

লক্ষিপুরগী মৈতৈ তাবা মকমশিংদসু কুইনা লৈত্তুনা চায় চিন্নবা মীওইশিংত্থগা অতুমক লৈমিন্নরম্মী।

খুন্নংগী মীওইশিংগী ফিবম ফংগৎনবগীদমক খৃঃ কৃঃ ১৯৩৫ 'কৃষীক সম্মেলনী' লিংই। কৃষীক সম্মেলনী অসিগী অনীশুবা অধিবেসন নম্বোলদা খৃ. কৃঃ ১৯৪৬ কী মে ১৬ তা খুম্রাকপম অবুংজাওনা সভাপতি ওই। মসিদা লৌমীশিংগী তৌগদবা থবক থৌরম কয়া মমুং তানা নৈনখি। অনীশুবা অসিদা 'কৃষীক সম্মেলনী' হায়না লৈরম্মদ্ মিং ওন্থোক্ত্না 'কৃষক সভা' হায়না ওন্থোকই। ইরাবতনা মসিগী প্রসিদেণ্ট অমুক ওইখি, মতমদুদা মহাক্না নহারোল কয়াসু থেংনরম্মী মখোয়দুদি নোংমাইথেম বুদ্ধচন্দ্র, শিলচর সোনাইদা ওবা ওইবা অমদি থোকচোম বীর, মোইরাংথেম মেঘচন্দ্র, লমাবম ইবোতোম্বী, নিংথৌজম বীনয়, ভাঙোম মহেন্দ্র মমিং পনবা য়াই।

মহাক্না মুপীশিংগী শোথনা লৈরিবা মুপা কয়ানা হন্থনা য়েংলিবা মখোয়গী ফিবম কয়া ফংগৎনবা অমদি লাইরিক-লাইশু তম্নবসু কন্না হোৎনরম্মী। মুপীশিংগী শোকথরবা সিদগী কন্নবগীদমক 'মহিলা সম্মেলনী' লিংখৎতুনা হৌরম খুদিংদা চাওখৎনবা হোৎনৈ। মহাক পোথাবা লৈতবা হনবা নাইদবা অথাং কনবা থবকী মীনি।

মতমদুগী মৈতৈশিংগী চৎনরিবা মওং মতৌ কয়াদুদা মানা অসুম্না পল্লি,

"ইখঙ খঙদবা মণিপুরী নত্তে মখঙলত্রা
হায়বসু অদুক য়ৌদে হায়বা য়াই, হেরাগী
মথক্তা শাজে কন্না খাদুনা থৌরিবা মণিপুরনি।"

অমুকসু মুপা মুপী মন্নুংদা অমা কৎত্রবদি সমাজ অদু চাওখৎপা ঙম্রোই, উচেক্না মশা নায়ক্তা পাইবা য়াদবগুম্বনি। মৈতৈগী হয়াও

কুমহৈ কেবা পামজবা ইরাং কয়াদা লুপচবা পামজবা শেল ফিবমদি তৎতনা শোকচিল্লবা মতমত্তুগী ফিবমবু মহাক্না অসুমা তাকই,

"অসোমদা শেল লাল্লবা লৈগীদি লৈতে
অমরোমদা কেবদা খুং থারবা জাতিগী
ওইগদবা অবস্থ করিনো।"

ইরাবতনা মেম্বর ওইরিঙৈদসু তুপ্পা হৌগংলকপা মুংখিলনচিংবা মতমদা হৈনচিংবা চারম্মী। অদুবু মেম্বর ওইরবা লৌচা তোলোপ থাদোকখিবা মতুংদা মহাক রাখি। অদুবু মাগী হায়দগী হৈনরক্লবা অদুদি কায়দনা হৈক্রু অকংবা অমতা ওইরবসু লাদা তাংগা কজনা য়াংতুনা লোয়নবীনা মাগীদমক কজনা সেবা তৌরম্মী। মাগী লোয়নবীনা মপুরোইবনা তৌবা অকবা থবক কয়া অমদি মীয়ামগী সেবা তৌবা কয়াদা হেন্নচুম পূক্লিং থৌগংপি।

মতমদুদা মানা শেংলগা ফিরোনশিং ইরমদমসিদগী হেন্দোকুনা মীরৈবাকগী য়াওরম্মী। মাগী শীজিন্নবা পুন্নবা ওকী তাইদা 'মেড ইন পেরিস' হায়না থাবা কাওবা য়াওরম্মী। কায়নথংদা মীয়েবাকী ফিরোলশিং থাদোকখিবতনি।

চৌরম খুদিংমক্তা থওনবা হৈনবা হেৎনৈ অমদি নারক য়েক্লকপা মতমদা হীদাক্লচিংবা কাপ্পা কাওবা হৈরম্মী। মতম অদুদা নিংথৌনা মাংলে ইম্পোকপদগী শিরগা পোলোইনবা মী লৈতবদগী ইরাবতনা পুথোকপা অমদি 'শ্রাদ্ধগী' ঈশৈনচিংবা শকপা করিগুম্বা মতমদা য়াওরম্মী। অদুবু মহাক্না পামজরম্বদি ঐখোয়গী লমদমসিদা কওলিবা লৈরিবা পোৎশিং শীজিন্নবসিনি, ঐখোয়না শীজিন্নব্রবা কনানা শীজিন-নগনি মীগী পোৎ শিজিন্নরবদি অরেম্বদা মপালদা শেল চৎখিদ্রি হায়রবসিনি।

খৃঃ কুঃ ১৯৩৮-৩৯ অসামগী ডিগবোয়দা থাওগী হৌখিবা শিন্মী-শিংগী অন্দোলোন কনখৎলকপা অমদি ঈহৌ অতু পাক শন্না শোৗগৎনবগী-দমক অন্দোলন অতুগী লুচিংবা কয়া মণিপুরদা লাকলম্মী। শ্রীবুঞ্জো কৌবা শিন্মীগী মীওই অমসু ইম্ফালদা লাক্লুনা নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী লুচিংবশিং উনতুনা রাবীনচিংবা শান্নদুনা শিন্মীগী মীওই কয়াবু থবক্তগী লৌথোকখিবা, অসাম রাইফলনা নোংমৈ কাপ্পদা শিন্মী অহুমসু শিখি। অসিগুম্বা কয়াসিদগী অকনবা হিংসাগী ফিবম কয়া লাকলম্মী। মতুংগীদমক মহাক্না ইরাবতকা উনদুনা রাবী কয়া শারম্মী। শ্রীকুঞ্জো কছারগী মৈতৈ মচানি।

ইরাবতনা মহাসভাগী ৱার্কিং কম্মিতিগী অথুবা মিটিং অমা কৌতুনা ডিগবোয়গী থাওগী শিন্মীশিংগী অন্দোলন অদুবু শোৗগৎপা হায়না রারেপ লৌখি। "মণিপুর পাউজেল" কৌবা পাউ চেদা ফোগলুবদগী সম্পাদক কৈসাম কুঞ্জবিহারিগী মথক্তা কেশ কাওবা মতমতুগী লৈবাক্কী চুপলি পায়বশিংনা থাংগৎলম্মী। ইরাবতনা লুচিংদুমা খোল্লাও কয়া লাওতুনা মীয়ামগী খোঙচৎ অমা চৎতুনা শিন্মীশিংগী অন্নাবতুগী শকক য়ারম্মী।

খৃঃ কুঃ ১৯৩৯ মণিপুরগী অকুৎপা লৌকমশিং ঈশিং থুমজিনবগী অন্নাবা নঙলিঙৈদা মণিপুর ষ্টেট দরবারগী হুকুম্না মণিপুরগী চেঙনচিংবা মপান্দা থাদোকপা অমদি শেলজাও পাইবশিংনা কৌ মথৈ রানশিনবা য়াবা অসিনা মরম ওইতুনা মণিপুরদা চেঙ তাংলম্মী। মণিপুর ষ্টেট দরবারসি হৌজিক্কী ওল্ড সেক্রেটরিয়েট মফমসিদা ওইরম্মী। নোংমন্না নোংমগী জো লোকনগা চঙদবা য়াদবা কয়া লৈবনা শেলগীদমক অহোংবা মমলদা কৌ অরৈবা থয়া তাইথোকপসু শেল্লাও পাইবা কারবার রালা কয়ানা মখোয়গী এজেন্টনচিংবা কয়া থাদোকতুনা

ৰকী খোঙ্জিল্লম্মী। মখোয়না মণিপুরগী মপান্দা চেঙ থারম্মী খবক কান্না থোরম্মী। অরাপ্পা মকমদগী ইম্ফাল চম্মা ময়ণ গাড্ডীদা কৌ পুরকপা পুন্নমক কৈথেলদা য়োংকতরে য়াইস মিলদা, চঙনরক্রে। মরম অতুনা কৈথেলদা কৌ কংবা য়ায়ক্লে। চেঙ ফোগী মমল নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লে। চেঙগীদমক অৱাবা কয়া ওইনরক্লে, অমদি কস্তুরি মনাও মুপা ফুলচান্দ অতোপ্পা মররারীগী চুকান কয়াদা চেঙ য়ানবা চঙবা মতমদা চেঙ কংনখিদে। হাম্না কৌ সংবাইদা মখাই পীরম্মদগী লুপা অমদগী অসুম অসুম তাংখংলকুনা লুপা তরেৎ ফাওবা য়োরকখি।

মুপী প্রজা কয়া কয়াবা চেঙ য়ানবা কংলকত্রবদা কস্তুরিগী চুকান্দা মুপী ময়ামা হুপচিন্দুনা লাওরম্মী। মুপী ময়ামা মাবু থোরকউ হায়না লাকখি। মুপীশিংনা লাওবা কয়াবু ভাশিন্নদা থোরকউ য়াখিদে, মকল অমদা মাঙ্গী মচামুপানা লাওরকই। মুপী পুন্নমক হুনকী চহীসিদি চাগেমবু চাবা কংলিবনি মখংগী চহীদদি ঐখোয়গী খুয়া উখুলগা চেঙকুপ, চাগেমগা মোখাইরগা মণিপুর প্রজা পিজগদবনি।

কস্তুরিগী মচামুপানা য়াম্না উশিংতুনা হায়রকপদা মুপী প্রজা কয়া খাঙবা য়ানবনা শাওরককখি। মুপী পুন্নমক ময়ুম ময়ুমদগী থোরকুনা মায়কৈ মায়কৈগী লম্বী থোঙ কয়াদা কৌ চেঙ কারকপা কয়া থিংদুনা মতমতুদগী মুপী ময়াম ইহৌ শাগৎতুনা লানদমসিগী মুপী কয়ানা থোরকতুনা ইরাং হৌরকই অহুবু মতমতুদা কৌ ঙম্বা খোল পাংনল লৈনরমদে, খোল লৈবদি মররাব্রি কস্তুরিচান্দ অমদি থাংজম লৈকাইদা লৈবা থাংজম খোলচৌগীসু লৈরম্মী।

হিজম ইরাবত মতম অরাপ্পদা শাপান লমদা লৈবম্মী। খৃঃ কৃঃ ১৯৩৯ ডিসেম্বর থাসি মহাক মণিপুরদা লৈরমদে মতমসি কছারদা লৈরম্মী। মহাকপু মকমসিগী মুপী ময়াম্বনা কৌকোক্লম্মী। মণিপুরদা

মুপী কয়া সংগিয়া খিনবদগী মুপী প্রজা কয়া অয়াবা ওইযে অশোক-অপন কয়া থোক্লে হায়বসী পাউ তায়তুনা পম্বা তৌদনা মখাগী অটিনবা কয়া লৈরবসু তাং ৫, ১, ৪০ গী মুমিদাংবাইরম ইম্ফালদা য়ৌরকতুনা পম্বা লৈতনা মীওই কয়া উনবকই।

মতম অসি নিখিল মণিপুরী মহাসভা লৈরবনি, মকমনা নাগা মপালগী খ্যায়রাকপম মাঘাগীদনি নিখিল মণিপুরী মহাসভানা অহানবা মুপী লানগী মরীদা চেনথোক চেনশিন মতেং পাংলম্নবসু মমৈথংদা মান্নদবা মত কয়া অমা লাকখি। শ্রীমাঘা, ললিত মাধব শর্ম বংকাবিহারী শর্ম, নচিংবনা মুপী লানগী মরীদা মথোয় কয়ানা তৌবা য়াবা তৌথরে মভুংদদি মহাসভনা মতেং কয়া পাংবিংলক্তবগী মওং উরকপদগী হিজম ইরাবতকী য়ুমদা মিটিং তৌতুনা লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহ, করাম বিতুব সিংহ, ওখেল্লবম অমু পেলুতনচিংবা কয়ানা মতেং পাংনবা হোৎনতুনা নৌনা 'প্রজা সম্মেলনী' হায়বসি শেমলকখিবনি। হিজম ইরাবত সিংহ, সভাপতি, এলাংবম তোমপোক সিংহ, জেনরেল সেক্রেটরি লোংজম বিজয় সিংহ, এসিষ্টেন্ট, লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ মেম্বর, অসুম্না মীওই কয়া পুনশিন্দুনা 'প্রজা সম্মেলনী' শেমই।

হৌনঙৈবা লৈতনা পুলিস লেও লমপাক্তা মুপী প্রজা কয়া অপুনা কীরাযগী অচৌবা মীতিন অমা পাংথোক্লগী। মতুংদা ইরাবতনা হায়রগী "চেঙগী তিক্কা নিবা চৎলুবদা চেঙগী মহুৎতা ঈ থুক্লোক অহুম ওইনা হাক্কিরকখি।"

শোক্রবা ঊমা ইবেলগী ঈনা মিল খিংবা তারবা চাকীদমক মণিপুর মুপীগী ঈ তারবদা অতুবু হৌজিক মুপা ওইবা কয়ানা জেল মমুংগী মক্লাকু কিমলগী তুম্রিয়া লৈকুম থোরপরা? মাগী থযোয় লোক্লবা য়াহংনি। মুপীশিংগী মক ওইবা লাখিনিংবদি, মণিপুরগী মপান্দা ঋণ চেক থাদবা কিংখিবু অমদি কৈ তক্কবা লোন মমৈ থিংজিনবিবু

হাক্কবম্লিনি। মসিদা খ্বাইরম্বন কৈথেল অমদি অইতে কৈথেল কয়াসু পুমলেপ লেপখি। নুপীশিংনা অমা-অনা নিংথম কয়া থাওদুনা অহীং কয়া লেকতুনা যণ গাড়ী রালা কয়াদা পুরকপা কৌ তাইবশিং কয়া থিংখিবনি।

নুপী কুয়া কয়ানা মতম অদুগী ছট সাহেব ( প্রেসিদেন্ট মণিপুর ষ্টেট দরবার ) টি, এ, সার্প কৌবা সাহেব অদুদা থোক্লিবা কয়া অদুগী মরমদা মহারাজদা প,উ য়ৌখিনবা তেলিগ্রাম তৌবিনবা হায়জখিবনি। মদুগী মরমদা নুপী কয়া অরা অনা নওশিবনি।

অসিগুম্বা নুপী লানগী কল্লবা ইমাং মতমসি মহারাজ চুরাচান্দদি মণিপুরদা লৈরমদে, নবদ্বিপতা লৈবা মতমনি। অদুবু মমৈথংদা দিসেম্বরগী তাং ১৩ দা মহারাজগী অযাবা ফংদুনা পোলিটিকেল এজেন্ট জিমসননা মণিপুরদগী চেং থাবা থিংবগী হুকুম অমা থোরকখি।

পুন্সিস লেও লমপাক্তা রা ওাওবা অমদি নুপী লানগী মরীদা ইরাবতপু তাং ৯, ১, ৪০ তম্বুক অওনবদা মমুমদগী ফারম্মী। অদুবু নুপী লানদি পেরইদুগী পানথমকপা হুমিদাংগী পুং তরুকলোমদগী 'নুপী লান' হৌরকখিবনি। ইরাবত জেলদা লৈপ্রগনি থরুবদা মাম্মীদমক প্রজা নুপী কয়ানা মমিংতগী মপী তাদুনা থমোয় শোক্না নুংঙাইতবা কয়া পোক্লখি। ইরাবতপু ফাবগী মতাংদা "চৈথারোল কুম্বাবদা" দা অসুম্না পাম্লি,

"১৭ নিদগী ২৫ নি ফাওবা কৈথেল মুংলে। ২৬ নি ইরাইদা কৈথেল কাইএ। থাশি লৈপাকপোকপদা হিজম ইরাবুত্তু মেমংভারবু থানগী সিক্লাইনা মবুমদগী কাইএ। নুপী ময়াম ওাওহন্নি হায়দুনা জেলদা থমই। ( লাঃ ৬৩২ )

মখুং মথং লেপ্তুনা বিচার চংথরবা মতুংদা মণিপুর ষ্টেট দরবারনা তাং ২১, ৩, ৪০ বিচাব লোইদুনা জেলদা থম্বা মতমসিদা ইরাবতকী

মপাগী চহী নিকুমরিমুক শুরম্মী। মাবু ফাখিবগী মরমদা অমুকক্নু "চৈথারোল কুম্বাবা"দা অসুম্না পাম্মি,

"১২ নি পানবা লগোলসেন্দা ইরাবতগী বিচার লোইহনা দরবারনা চহী ৩ কাদোক পীএ। অদু মুমিত্তা ডুকান বেপারি চাইথায়হনা মুপী ময়াম্না য়োলহন্দে। বড় সাহেপনচিংবা সিফাইনা ভাকপা ভমদহনা শ্রীযুৎ স্না খোঁডলেংহনা ভাকএ।" ( লা: ৬৩৪ )

মুপী লানগী মতাংদা মাবু ফাহনা MANIPUR STATE DARBAR CRIMINAL CASE NO. 4, OF 1940 মথাবা চহী ৩ মীয়াং ভাখিবনি।

মুপী লান হায়না খঙনবা মতমসিদা সিফাইশিংনা তমথিরবা শা-ভাদা চংকদবা থৌওং কয়া শীজিন্নখিবনি। অদুবু লমদমসিগী মুপীশিংনা অহনবা নাইদনা খুংলাই পাইবা সিফাইশিংগী মখুৎতগী নোংমৈ ফাওবা মুন্নবা হোৎনখি। টেলিগ্রাম অফিসকী মথা থংবা অচৌবা পুক্ত্রিদা মুপী ময়াম্না শিবা হিংবা কন্নিসু খন্নকত্তবা উরকপাদা সিফাইশিং অদুনা মুপীশিংবু পুখ্রি মনুংদা ইম্বা লংথবা ফাওবা য়াওরম্মী। নোংমৈ মুন্নবদা অশোকপা কয়াস্ন য়াওরম্মী।

পোলিসনা ল্যাথি চার্জ তৌবদা অশোকপা কয়া ভাহনা লৈরম্মী। মমশিল্লরবা মতমদা অশোকপশিংগী ইমুং মনুংগী মীওই কয়া লারুখি। যুবরাজ বোধচন্দ্রনা অশোকপা কয়াবু সিভিল হোসপিটালদা পুহনলি। অসুম্না মীওই কয়া কয়া অরাবা নওনখি। মতম অদুদা বৃটিশ মচানি হায়রবস্ন সুন্নতো সাহেপ মণিপুরী ভাওবা ওমলম্মী।

ইরাবত মকমসিগী জেলদা মতম থরা থনম্নগা রাৎলিবা মতমদু শিলেট জেলদা থুগা ভারম্মী মরমদি জেল মনুংদা মহাক্না লুচিংহনা জেল মনুংগী তমথিরবা কয়াগী মাইয়োক্তা ইরাং করা হৌরম্মী। জেল মনুংদা বন্দি কয়াবু থাউগী কোল্লু শুমহনবা মীনা চাবা চিঙাক

কয়া কংলবা কি ইংখি মুংঙাইমা পিলে ... অয়াংপা ... দবিবশিংগী-দমক্কি। ইয়াং হৌবা কয়াদগী ডঙাই কদ... ইম্ফাল জেলগী মফম হোংবা অখিবনি।

ইরাবত সিংহগী লোয়নবী খোমদোনসনা জেলদা থমলিবা মাগী মপুরোইবগী ঙ্বিবম জেলগী মওং-মতৌ কয়াগী উবদগী শিলংদা চৎতুনা তাং ১৬, ১, ৪০ দা অসাম গর্বনরদা হকথেংনবা রাকংচে পিশিনখি-বনি। রাকং চেগী মরোলদি ইরাবতপু জেলদা থম্বদা মী অমগী ৎংক্রম খোকপা কয়া পীনবা কাং চিকপদগী ঙাকথোক্লবা অমদি জেলদা লৈরিবা মাবু য়েংশনবিয়ু হায়বনি। মুপীলাল্দা মুপী কয়া শোক্লুনা লাইকয়বা অমদি থুদোংখিবা নঙখিবা কয়াসু য়াওই। মুপী অমা ওইনা খোমদোনসনানা ইরাবতপু পুক্লিং য়াম্না থৌগৎতুনা মপুরোইবনা তৌবা থবক কয়াদা অখিংবা অয়েংপা পিখিদে।

মকন্সিংগী মপানগী জেলদা লৈরবসু ইরাবত মকমতুদা নিংতম লানগী লুচিংবা কয়া অমসু মতমতুদা কাজিনতুনা থনমী, মক ওইবা শুর্মা ভেলিগী মশক নাইরবা লুচিংবা কয়া অমসু য়াওরমী। কাছারগী কোংগ্রেস লুচিংবা অরুন চান্দ, অমদি সিলেটকী কোংগ্রেসকী মতমতুগী মরু ওইবা মীশক বীরেন্দ্র মিশ্র অমসুং কম্যুনিষ্ট লুচিংবা জ্যোর্ময় নন্দীনি। অরুন চান্দ অসাম এসেমব্লিগী মেম্বর ওইরমী। কোংগ্রেসকী লুচিংবা বীরেন্দ্র মিশ্র তুংদা কম্যুনিষ্ট ওইদুনা মমিং লৈরবা অমা ওইখি। জেল মনুংদা মখোয় কয়া থেংনতুনা ইরাবতপু মখোয়না মশক মুন্না খঙলমী।

অসিগুম্বা মতমসিদা মণিপুরদা লান লাক্দৌরে হায়না মীয়াম্না য়াম্না তোয়না ঙাঙনবা মতমনি। লানগী রারী কয়াদা মী থুদিংমক গুন্দে মান্দে ইহৈ হৈনিংদবা অমদি অহল লমন কয়াসু পুনশিনহনা রারী কয়া শাম্নমী। য়াংজৌনবা লানগী লোৎনবা হায়দুনা হিজৌনবা কোমনচিংবসু তৌনবা য়াওরমী।

ইথা থাজদনা অহৌবা মখোলগা লোয়ননা বোম তারক্লবদা ঈপা পাথংনা মচা-মত্ত কয়া অহল লমনশিংনা হকোশিল্লি। মফমত্থ থাদোক্লবা পনথবা লৈতনা ইমুং মনুং মীওই কয়া অঙ্গবা মপোৎ মচৈ থরা পুত্থনা অরাক্লা মকমদা চংখৈ। অঙাং অহল কয়াস্থ মখোংনা নক্লগা বগ গাড়ী তোংত্থনা থরায় ছিংনবা চংলি।

খৃঃ কুঃ ১৯৪২ গী জানুয়ারী অমসুং ফেব্রুয়ারীদা বরমাদেশতগী মশীং থিবা ওমদনা লানগী চৈথেং ফংলবা মীচেন কয়া লেপ্তনা চেল্ল-রকই। মখোয়শিংত্থবু মণিপুরগী মহারাজ বোধচন্দ্র অমসুং মহারানীনা অণ্ডগা নীংথিনা পিজা পিথকস্থ তৌরম্মী। লান চেল্লকপা মীওই কয়া লম্বীদা শিবা নাবা কয়াস্থ য়াওরম্মী।

খৃঃ কুঃ ১৯৪২ গী মে তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিংকী নুমিৎ-য়ুংলম-দাইদা জাপানগী এরোপ্লেননা ইম্ফালদা বোম থাদৈ অমুকস্থ তাং ৬ থাংজা নুমিংত্ম অমুককস্থ হন্না থাদৈ, অমদি মতুং তারকপা কল্লাদস্থ বোম্ব থাদরম্মী।

অহানবা বোম থাদবত্থদা অসাম রাইফলগী মনীংথংবা পরেং অসি শোকখি অশোক অমা য়াওখি। মথংগী অমীত্তবা বোম থাদবত্থদা রেসিডেন্সি হায়বদি চিপ কমিসনার অমদি খ্রাইরম্বন কৈথেল অমদি জেল অথারসি শোকই।

খৃঃ কুঃ ১৯৪৩ এপ্রিলগী তাং ২০ দা খুরাই তিলিপারদগী হৌনা খোমিদোক মথাং লেপ্তনা বোম থাদরম্মী। অসিদা নত্তনা খুরাই চিং-থাংবম গুল্যাপকী য়াওপ্পা উশোব চাবা লাকপা মীওই কয়া বোম থাত্থনা মীওই চামরোম শি। য়ুমনচিংয়া কয়া সৈ চাকই শা বগ কয়া শিরম্মী য়ুমশাক্লকশদা বোম অমুক তাঙ্কনা থগ্লেনমোং, রাক্লেং লৈকাই কংলাদস্থ সিকাই থরা শিখি।

লানকম ওইরিবা ইম্ফালদা বৃটিশনা লানগীদমক মথল মখা কয়াগী লানগী থুংগু থুংলাই মথল কয়াগী চাওরা চাওরবা গাড়ী মশিং থিবা ওমদনা পুথোরকই। এরোপ্লেন কাপথনবা থুংলাই মখোয়গী ওফিস শাবা, লম্বী শেম্বা এরোপ্লেন তাকম অমদি লাইরেংকম কয়াসু লেপ্তনা শেমগৎলম্মী।

ইম্ফালগী য়ুম অয়াম্বা বৃটিশ সিফাইশিংনা লৈশিনখিন্দুনা ইম্ফালদা পৃথিবীগী মী মথল শুনা লাকখি হায়বা য়াই। লানগী থাংওমদবা অরা অমা মরকতুদা মনিপুরগী মফম থরদসু ঈশৈ নোংমাই তোবা মী থরা সিফাইশিংগী মরক্তা জগোই ঈশৈ তৌতুনা শেলনচিংবা তানবা কয়াসু অতুমক য়াওরম্মী, সিফাইশিংনা মখোয়গী ওহাকী হুংওাইবদা পৈশা কয়াসু থারম্মী।

লানগী মতমদা কোরা সিফাই কয়া ইম্ফালগী মফম কয়াদসু লৈরম্মী মখোয়গী রারী থোদোক কয়া কয়ানি। মখোয়গী মরক্তসু মঙাও থিবা মথোং ছত্তবা সিফাই কয়া য়াওরম্মী। মঙাও থিবা কোরা অমনা চাওরবা হুই অমা মথুংল্ল য়োংলি পাইদুনা হেক হেক পুথোরকতুনা চংলিবা মীওই কয়াগী অচৎ-অওক কয়া অমসি হুপী অঙাংশিংদা হুই অদু হেক হেক থৌজিল্লম্মী।

হুই অদু চিকতি চিকহল্লনা মীগী মফি মরোল চিংবা খোংপা তুংতনা তৌরম্মী মতুদা কোরা সিফাইদুনা থরাই তানা মী কয়া উশিংতনা নোকই।

মাগী মতৌদুদা মৈতৈ পাখং থরদি য়ায়া শাওরম্মী, অদুবু কৈদৌনি লাকল ফুদোকপদি ইওম ওয়মদে। অদুবু সিফাইদুগী মী উশিংতবা মতৌদুদা মৈতৈ পাখং অমনা অমুকতাদি হায়দুনা শিংদুনা লৌখি। মৈতৈ পাখংদুনা থাং কেংদুনা শিংদুনা মুশিং করানি লৈ। মোংঅদি তাঙা য়েংদুনা কোরাদুগা মরোল কয়া ইকাও কাওনদনা খেনদুনা নৌদুনা

অমুম খোকচিল্লরকই, অমুম খরা পুথোরকপন্না লমলোং অহুম কাংবা চেনখ্রক তৌবা মকম য়েৌখিল্লরকই। কোয়া অহু অচৌবা কেকেং, খারনা গুক্তা য়েংপা কমকোত্তি অমসি তুম্না উপ্পি। মৈতৈ মুপাহুনা চাউরক লেংতুনা-কিতুংদগী থাং শংতোরকতুনা কোরা অহুগী মখক তঞ্জা য়াল্লরগা মৈতৈ মুপাহু হোংতুনা চেনখি। কোরাতুগী গুক্তা য়েংপা অপাম্বা কম-কোত্তি মরোল খরা তৎলগা উনশ্যাদি শোকখিদে। কোরাদুনা মাগী মশাদা য়াওরা নোংমৈ অতেনরি অনী শংতোরতুনা ফরং ফরং লেপ্তনা কাপলকই নোংমৈ মকশিংতু উ রা কয়াদা পাল্লি। কোরাতুনা মুপা অতু কোইথি খিরবদা মুপা অতু মফমতুদা লৈবা য়াদতুনা অত্তোপ্পা মকম অমদা লোৎতুনা থাংখি, মতুংদদি কোরাতুসু হুই থৌজিনবা ফাখিমায়ে।

মণিপুরগী অরাবা মতম হায়বা য়াই লানগী চৈথেং অসিদা থবক পুম্না লেপখি লাইবিক লাইগ্র তম্বা চাওথংপগী লম্বী. পুম্নমক অরেম্বা ওইবা মতমনি।

লান অহুদা জপানশিংনা অরাবা কযা মাইয়োক্তুনা টিডিম লম্বী কাওজিল্লকতুনা মোইরাং চল্লকই। অমবোমদা উগ্রুলগী স'সকতা জপান অমদি বৃটিশ আর্মীগা অকনবা লান ফয়া থেংনখিবনি।

অসিগুম্বা অকনবা লানফমনা মণিপুরগী মফম কযাদা অর্দি অনা অবাবা মতমসিদা ইরাবততি মপালগী জেলদা অদুমক লৈরি।

মণিপুরগী অকনবা লানফমদা জাপানিজ লৈকম থুগায়নবা এয়ার ফোর্সকী মতেং বৃটিশনা শীজিন্নরম্মী। জাপানগী মী খজিক্তনা অরাকপা কয়াবু লান থেংনবা মী য়াম্না শাতুনা হনবা লৈতনা থেংনরম্মী।

খৃঃ কুঃ ১৯৪৫ আগষ্ট তাং ৬ তা খুদোংচাবা লৌতুনা জাপানগী হিরোসিমা অমদি তাং ৯ দনা নাগসকি মফম অনীদা অমেরিকানা এটোমবোম থাদতুনা অমাং-অতা মীশি মীনা থোকহনতুনা জাপানগী হিরোহিতোনা লান তোকতুনা চংজখি।

জাপানগী ইকোন কোনবা অরোইবদি লৈজবি পাঙল শকতি কয়া শীজিন্নহনা ইন্কাল তন্না চঙশিনবসিনি অহুবু পুন্নমক অয়েগ্না তাখি।

জাপানশিং অৱাবগী মশকনি নোংজু থাগী ঈংলবা নোংনা অতং-অথম লৈত্তনা চুথবকপা মশা পুন্না পুমচোৎ চোৎলবা উন্নং ৱামং কয়াদা লৈরকপা চানিংঙাই থকনিংঙাই লৈরকত্তবা হিদাক লাংথক ৱার্লকপা থুংগু থুংলাই লৈবকতবা অমদি মখোয়গী হেন ক্বাটরগা ঈ পাউ অমত্তা কাগুনখিদরে। অহুবু হনবা লৈত্তনা বৃটিশনা ক্বাখিদোবগী শরুক মশা মত্তোমত্তা শিজখিবা কয়া ৱাওদবা নত্তে।

ইরাবতনা জেল মনুংদা মথল মথা কয়াগী লাইবিকশিং পানবগী তাক্বাম্ন ফংখি। মসিদগী মাগী মীৎযেং ৱাখল কয়া শাক শঙ্গোরকই; জেলগী চরাংনবা মরক অমদি ইংলবা অচৌকপা অহীং কয়াদা থোক্লিবা ৱাথোক কয়া, মখিংমক্লা তশেং তশেংনা উরিবা থেংনরিবা হকথেংনবা থৌদোক ৱাথোক, লাপথোরকপা মরমদম কয়া অমদি হৌরবা পুন্সি কয়াবু লাকশিল্লুনা মপাল লমগী জেল মনুংদা থমোয় শোক্লবা মবমদমগী অৱা-মৈচাক থায়না ৱারী কয়াগা লোয়ননা অমেং-অখোং তমখি হংগোই অকি তুম্লুংবা লানগী মওং কয়াগা অমৎতা ওইনা হাপতুনা ইরকই থমোয় শেংনা 'ইমাগী পুন্না" (১৯৪২-৪৩)।

হেমো কৌবা জুপা অমা কছারগী ইরাবতকা লোয়ননা মণিপুরদা থোক্মিন্নরকই, ইরাবতনা জুপী লানগী মরীদা জেলদা লৈবা-মতমদম্ন ইরাবতনা য়োকচখি হিজম নিংঙোন লাইপুবম শংৱী রুক্মিনী দেবীগা হেমোগা লোয়ননা করিগুম্না মতমদা জেলদা চৎতুনা ইরাবতকী চাম-থরুবা কয়া অমদি চাকনচিংবম্ন খিনবা চৎলি। অহুবু লাইবক খিবনা হেমো মকমমিন্নী থোং হামবগী লাইচংত্তা লৈখিদে।

হিজম ইরাবতনা নৈরিবা জামস্থান হিঙ্গোলগী মপাদা ইম্ফাল তুরেল মানকতা থোঙ অমা শানদা তৌরম্মী অহুবু মরৈশংদা শাবক্সি শাখিদরে।

হিজম ইরাবত মপালগী জেলদা চহী অহুম লৈরুরবা মতম লোইহনা থোরকদবদা অথিংবা কয়া লৈহনা চঙবা য়ারোই হায়হনা চঙহন্নখিদে। মকমসিদা চঙহনদবদগী বেঙ্গল অমদি নবদ্বীপকী অমু-প্রভুগীদা মতম থরসু লৈরুই। মৈতৈ নিংথৌশিংনা নবদ্বীপতা তোয়না চৎলম্বা অমদি ঈশ্বরগী শেংলবা মকম ওইবতা নত্তনা লম কয়াসু লৈরম্মী।

খৃঃ কুঃ ১৯৪৩, মার্চ তাং ২০ দা থোরক্লবা ইরাবত মণিপুরদা চঙহন্দনা কাছারদা 'লবা মতমদসু মঙোন্দা অথিংবা কয়াগী মথাদা থম্লম্মী। মকমদসু মতমহুগী পুলিস সুপরিন্টেন্দেন্টগী পারমিসন য়াওদনা মাগী লৈকমদগী মাইল মঙা হেন্না চৎথোক চৎশিন তৌবা য়াহন্নমদে। মতমসিদসু মহাক্না লুচিংহনা কাছারদসু অকনবা ঈহৌ কয়া শাগৎপগী থবকতি লেপ্পা লৈখিদে। কাছার জালোন তোলাগী কমরেড তোনজম বাসমাসু কম্যুনিষ্ট য়াওহনা কাছার লমদা ইরাবতকা লোয়নবা থবক কয়া তৌমিননখিবনি। 'অহুবু ইরাবততা অঙৎ-অনৈ চৈথেং কয়া লেপ্পনা পিবা মতমনি।

মহারাজ চুরাচান্দসু মতম কুইনা লৈবাকী শাসন পাইরন্নগা খৃ কুঃ ১৯৪১ গী নবেম্বর তাং ৬ শংগোমসেনগী মুমিদাং পুং মাপলগা মিনিট কুনদা বংলা দেশকী মমিং চৎলবা তীর্থ ক্ষেত্র শ্রীধাম নবদ্বীপতা মহারাজ মোজাখিবনি। মহারাজ লৈতবগী পাউ তাবগা লোয়ননা মোংঙালগা ইরাই মুম্বিংতা মকমসিদা মোংবৈ তোপ তরামঙারক কাপতুনা অমদি ওফিস স্কুল, কয়া মুম্বিং মঙানি ছুটি ওইখি।

হিজম ইরাবত সিংহ মণিপুরদা পানবা নিংথৌ অনীমকী শাসন থেংনখি; চুরাচান্দ মহারাজনা খৃঃ কুঃ ১৮৯১-১৯৪১ মতম শাংনা চহী

য়াংথৈ নিংখৌ ওইদুনা পাল্লম্মী। বোধচন্দ্র মহারাজনা খৃ: কু: ১৯৪১-১৯৫৫ চহী তরামরি লমদমসিদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী; অদুবু মখোয়গী শাসন মথাদা পুংভা বা হায়বদুদি ইরাবত কংখিদে, মশাগী অপাম্বা ফুংঙাইবা কয়া থাদোকতুনা মীয়ামগী লেপ্পুবা থবক তৌবা অয়াবতনা মাগী শকক ওইখিবনি।

ইরাবত ভারতকী ৯ শুবা কৃষক সভাগী কনফরেন্স বঙ্গসাদেশগী নেত্রকোনা দেলিগেট ওইবা চৎলি। সেসন অদুদা হিরম ইরাবতনা খুৎতা থাঙ্গোল পাইদুনা অগোই মকোক চিংদুনা ঈথৈ শকলম্মী। ইরাবত খৃ: কু: ১৯৪৫ দসু অসামগী লেজিসলেটিব এসেমব্লি ইলেকসন্দা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী কেন্দিদেট ওইরম্মী। মহাক্না কংগ্রেস মীয়েপ সতীন্দ্র-মোহন দেবগা লান্বা পাম্নবম্মী। মতম অদুদি কংগ্রেসতি মপান্ন য়াম্না ক্ষবা অমদি হীরম কয়াদা রাংতবা দল অমনি হায়রবা য়াই। অদুগা কনাগুম্বা মীওই থরনা ইরাবতকী অশোয়বা কয়া থিদুনা হন্দুনা য়া ভাগুলম্মী। অমদি মাগী মবমদা তোঙা কয়াসু শন্দোকলম্মী। কাছারদা ভোট লেপ্পদা ইরাবতকী সিমবোলদি লালভেন ওইরম্মী। মাগী মাংজবা খুদোংচাদবা কয়ামকম লৈরম্মী। মহাক্নানি হায়দুনা শোইদ্রে থজবা ম খায়গী অরা-অনা ক্ষিবম কয়াবু কপৎনবা হোৎন-খিবা চা-বগানগী শিন্মীশিংবু ভোট থাদহনবা য়াহনখিবদুনি।

ইরাবত বেঙ্গলগী কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফিস বাহু বাজার থ্রিৎনচিংবা মফমদা লৈদুনা তোপ তোপ্পা মশাগী রাখল পরিংসু শাগৎচরম্মী। নবদ্বীপতা লৈরম্বা মতুংদা সুর্মাভেলী প্রোভিন্সিয়েল কিষান সভাগী চহীগী মীফম য়াওবা সিলেটতা চৎলম্মী। পোথবা নাইদনা লেপ্পুনা মীওই কয়াগা লোয়নদুনা থবক কয়া পাংখোকই।

খৃ. কু: ১৯৪৭ দসু মহাকপু বোম্বেদা কমথিবা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অহানবা অধিবেশন অদু য়াওরুবদগী ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর

অমসু ওইরম্মী। মসিদগীসু মাবু খঙনবা মরু ওইবা মীওই অমা ওইরকই ইরাবতনা বোবেল্লি কনকরেন্স কয়াদসু রাঙ্গুনা মণিপুরদা পোকচরবসু মাবু মপান্দ লমগী মীওই কয়ানা মতোন্দা থাজবা থমজুনা মানা ভিন্নকবা লোইনকবা কয়া ইরাবতকী রাঙাও শাঙাঙ, মওং-মতৌ, কয়াদা মতোন্দগী লাপথোকপা ইঙম ঙমখিদে।

ইরাবত হনবা লৈতনা লেপ্তুনা থবক কয়া তৌরম্মী মাবু কাছার ডিষ্ট্রিক কিষান সভাগী জেনেরেল সেক্রেটরি ওইনা মীয়ামনা খল্লুনা ওই। অমুকসু থবক কয়াদা পুক্লিং চঙবা তোপ তোপ্পা ত্তন কযাদগী সুর্মভেলি কিষান সভাগী ভাইস প্রসিডেন্টগী ফম ফাওবা মীয়ামনা খল্লম্মী। কাছারদা হেদ-বাটব ওইরগা ত্রিপুরা অমদি অসামগী মকম কযাদা চংতুনা রাবা খঙদনা লৌমীগী ঈহৌ কযা লেপ্তুনা শাগংলকই। মণিপুরদা নত্তনা মপান্দসু পাক শন্না ওর্গেনাইজ কযা তৌবা হৌরকই। শিল্লোংনচিংবা মকমদসু তোইনা চংতুনা মথোয়গী মও' মতৌ চাওখংপা পুন্সি মহিং চংনবী কযাসু মুন্না খঙলম্মী।

ত্রিপুবাদসু অমুক চংখিতুনা মকম কয়া কয়াদা চঙতুনা মৈতৈ তাবা থুন অমদি মৈতৈ তাদবা খুঙ্গংশিংগু চংতুনা মথোযগী কিবম মওং-মতৌ য়েংতুনা রাবী-রাতাই শান্নবগী তাঙ্গা কয়াসু কংলম্মী। খুঙ্গং কয়াদগী অমুকসু সহরগী মকম কয়াদা চংতুনা মমিং লৈরবা মকমতুগী মীওই কয়াগসু উনৈ। মতম অদুদা মৈতৈ নিংথৌশিংগী মচা মগু কয়াসু ত্রিপুরাগী নিংথৌ মচাশিংগা চারো-মৌরোনবা কয়া তৌতুনা ওল্লিভৈ মতমদগীসু লৈবাক অনৌসিগী মরী নীংখিনা লৈরম্মী। ইরাবতপু মকমদসু মীয়ামনা রাবা মীয়ামগী থবক কয়া নীংখিনা তৌবা মাবু শকথংনবা অমা ওইরকতুনা মথোয়না কাউবা ঙমখিদে প্রজা কয়ানা মাগী মও' মতৌতুদা মাবু লুনা খঙখি। মসিদকা ত্রিপুরাদা হিজম ইরাবতকী মমিং লৌতুনা "ইরাবত সরনী" হায়না থিংথোনবা লম্বী

মমিং লৈরিবনি। মফমসুদা মাবু শকথংবগী মতাংদা অসুম্না ইরি,

"ইরাবত সিংহ সরনি :— মঠচৌমুহনী,
থেকে চন্দ্রপুর বজার (পূর্বতন নাম পর্যন্ত)

অমুক্তসু আগরতলাগী চেফোঙ "মকপ শরৎকী ঈচেল" খৃ. কু: ১৯৮০গী চেফোঙ অদুদা ইরাবতকী মরমদা অসুম্না পল্লি,

"চৌমুহনীদগী নোংপোকরোমদা চংখিবা অসাম আগরতলা রোডবু মণিপুরগী রাজনীতিবিদ দেশ সেবক নোংগবা ইরাবতকী মমিংদা ১৯৭৮ ইং, ইরাবত সরনী হায়না নোনা মিংথোনলে।"

খৃ. কু: ১৯৪৫দা মাগী লোয়নবী খোমদোনসনাবু পোকপি থুরাইজম নিংঙোল ইবেমচা দেবী লৈখিদবগী পাউ তাহুনা শাদ্ধ রাওবা লাকই, অদুবু মফমসিদা মহাকপু কুইনা লৈবা য়াহনখিদে। শোরাং শোনবগী মিংদা মুমিং তরেংনিথক মণিপুরদা লৈনবগী পার্মিসন ষ্টেট দরবারনা পিহুনা লাকপনা অমুক হন্না মমা লৈবাকপু থাদোকহুনা চংপা তারম্মী।

ইরাবতনা মতমবু য়াম্না কুপ্না শীজিন্নরম্মী। নোংমগী ওইবা মিটিংগী মতম অমদি মরোল, মহাক্না চংপা অমদি থোক্লিবা থৌদে ক রাথোক মশাগী ওইবা কয়া মশাগী ডাইরিদা য়াম্না চেকশিন্না ইশিন্দুনা থমই। মহাক্কী 'ডাইরিদা' নিখিল মণিপুরী মহাসভা লৈতবা চুমদে নেতাশিংনা থুগায়বা চুমদে হায়বঃচিংবা ইরম্মী।

ডাইরিদা তাং ১৮, ১১, ৪৬ ইংদা ভিমাপুরদগী গোহাটি রোবা, "অনৌবা যুগ" চেফোঙগীদমক ছাপা নয়বা চৈদমক হোংনবা, অমদি গোহটিদগী শিলং চংপা কুলিদা পোৎঅচিংবা পুবগী শেল পীখিবা কয়া অমংতা চিথদনা মশাগী ডাইরিদা ইশিন্দুনা মহুদা চঙখিবা কয়াহু ফজনা উৎলি।

ওহাকতং শংহনদে হেক শংবগা করিগুম্বা কান্নগদবা থবক অমা হেকতা তৌবা হৌই অমদি ওহাক শংবদা কলম পাইহনা করিগুম্বা থবসু ইনবা হোংনৈ।

মাগীনিবু হায়রবদি প্রজা মীয়ামসু অহীং মুংথিল নাইদনা হোংনরম্মী। অদুনা মরম ওইদুনা মণিপুর কন্সটিট্যুসন এক্ট ১৯৪৭ মথাদা খৃঃ কুঃ ১৯৪৮গী এসেম্বলী ইলেকসনদা কৃষক সভাগী কেন্দিদেট মওা কাখি মখোয়গুম্দি;

হিজম ইরাবত - উংলো কেন্দ্র, তখেল্লম্বম বোকুল পাঙ্গে কেন্দ্র, অয়েকপম অঙাহল - নম্বোল কেন্দ্র, মাইমোম মধুমঙ্গোল - পুংদোংবম কেন্দ্র, থোকচোম শামো - ককচিং কেন্দ্রনি।

অদুগা ইলেকসন অদুদা কাখিবা কেনদিদেট থবগী মমিং পল্লবদা শ্রীযুক্ত খায়রাকপম চাওবা সিংহ - কোইরেংগৈ কেন্দ্র, রাংথৈমযুম তর্পন সিংহ লমশাং কেন্দ্র, খোংবান্তবম ইবোতোম্বী সিংহ – খ্বাই লালম্বুং কেন্দ্র, খুমন্থেম গুলাপ সিংহ - পাংশোই কেন্দ্র, এলাংবম তোমপোক সিংহ - কৈশামথোং কেন্দ্র, শৌগাইজম সমারেন্দ্র সিংহ - য়াইস্কুল কেন্দ্র, মাঃ আলিমউদ্দিন - লিলোং কেন্দ্র, মাইরেম্বম কোইরেং সিংহ - মোইরাং কেন্দ্র লাইশ্রম অচৌ সিংহ - রাংথৈ কেন্দ্র, ডা নিংথৌজম লৈরেন সিংহ - খুরাই লমলো কেন্দ্র চিংঙথম পিশক সিংহ অসিনচিংবা কয়াসি পনবা য়াই।

অদুগা চৌংগী লমগী অকাবশিং মিং থরা পল্লবদা মোনো মোনশাং তেংনৌপল, থিসাম লুয়থম – উখ্রুল, বাঙসুং সুইঙা – তোল্লোই, মঙপিন্নাং ক্লিপগেব - মাওহিল, থাঙগৌমাং সিচলহো তমেংলোং, ডেমজাথাম রাইকৈ - চুরাচান্দপুর শিংসিনি।

খৃঃ কুঃ ১৯৪৭কী জুলাই তাবিক ১দগী মণিপুর ষ্টেট দরবার কৌবা থোক্কুবা মণিপুর ষ্টেট কাউন্সিল কৌদুনা হান্নগী দরবার মেম্বর কৌরম্বা কম অদু মন্ত্রী হায়না হোংখি।

বৃটিশনা মণিপুর খুতুম চন্নবা মতুংদা পোকপা হিজম ইরাবতনি। বৃটিশনা ভারতপু চহী চনীরোম পান্দুনা মখোয়গী মথাক্ন মতম কুইনা থনম্মী। মণিপুরসু বৃটিশনা চহী য়াংখৈতরুক চুপ্পা পাল্লম্বা মতম লোইখরে।

খৃ. কু: ১৯৪৭ কী মার্চ তারিক ১০দা শ্রী বুধ বোধচন্দ্র মহারাজনা সনা কোন্নুংগী দরবার হোলদা লেংথোকতুনা মীয়াম্না পাল্লরিবা লাকদোরিবা অনৌবা লৈবাক্কী শাসনগী মংমদা সনা য়াথং লাউ থোকপিখি।

খৃ. কু: ১৯৪৭ আগষ্ট থাগী তাং ১৫দা বৃটিশনা ভারত থাদোকখরে লোয়ননা মণিপুরসু নীংখা তম্লে, মহারাজ বোধচন্দ্রনা কাউন্সিল হোলগী মমাঙদা অমসুং সনা কোন্নুংদা প'খংবা ফিরাল হায়গংখরে।

অওনবা শাসন অমা লাকতুনা খৃঃ কু: ১৯৪৭কী আগষ্ট থাদা ইনৌ নৌবা মন্ত্রী থবা নহৌনা হাপতুনা মণিপুর লংদাই সরকার (ইণ্টরীম গর্বনমেণ্ট) হায়তুনা শেমখি। মসিগী চিপ - মিনিষ্টরনা রাজকুমার প্রিয়ব্রতা সিংহনা ওই। অতুগা মন্ত্রী তরুক অমসু হাপ্পি।

অতুবু মতম অতুদা ফিরাল অমসুং তুপীগী অন্দোলন অমা মহারাজ বোধচন্দ্রগী মতমদা য়ান্না কন্না তৌরম্মী। ফিরাল সত্যগ্রহদা সত্যগ্রহশিংবু পুলিসনা কন্না থিংখি। অতুবু মখোয়না সেক্রেটরিয়েট কমপাউণ্ড মনুংদা চঙতুনা সেক্রেটরিয়েট হোলগী মমাঙ ফাওবদা স্লোগান কয়া লাউই অমদি ইরাং কন্না হৌখি।

খৃ: কু: ১৯৭৭কী সেপ্টেম্বরগী তাং ১৫ দা কংগ্রেস থবনা গান্ধী তুপী উপতুনা মতম অতুগী ভারতকী জাতিগী মচু অহমগী ফিরালন চিংবা পাইতুনা গোবিন্দা থুরমগনি হায়বনচিংবা কন্না তৌরকখি মখোয়রতুবু কোন্নুংগী সুখোঙদা থিংলম্মী অমসুং খৃ: কু: ১৯৪৭ কী সেপ্টেম্বর তাং ১ দগী ২৪ কাওবা কোন্নুংগী সুখোঙ মমাঙদা কংগ্রেসনা

ফিরাল অমদি ছুপী চণ্ডহল্লবসী মাইয়োক্তা সত্যাগ্রহ অন্দোলন তৌখি। অসিগুম্বা লেন্না লৈতবা ঈহৌ কয়াদগী মহারাজনা লাংথোকপগী মতুং ইন্না সত্যাগ্রহ অন্দোলন খৃঃ কুঃ ১৯৪৭কী নবেম্বর তাং ২৬ তা লোইশিনলি।

খৃঃ কুঃ ১৯৪৮সী সেপ্টেম্বর তাং ২১দা মণিপু, ত্রিপুরা, কছার অমসুং মীজোরামঁ পুনশিল্লগা পূর্ব্বাচল শেম্বগী মাইয়োক্তা অচৌবা সভা অমা চৎনবা শেম শাই। অতুগুম্বা কয়াছুগী ইরাবত অমদি লোয়নবা কয়ানা মণিপুর ড্রামত্রিক ইয়ুনেল হোলদা প্রজাশিং অমদি কৃষক সভা, তিন্নবা শেম শারম্মী। মকম কয়াদগী লকদবা মীশিং অমদি পুংদোগুবমগী থৌদোকতা মীয়াম থিংনবা হোৎনবদা উপায় লৈত্রছুনা পুলিসনা নোংমৈ কাপ্পদা ও, সি নরাল বাবুদা পাল্লম্মী। অম্বিগুম্বা পাউসি তাবদগী করিগুম্বা থরা থোক্লকপা য়াই থলবদগী মরু ওইবা চে চাং কয়া লোইশিনম্বা নগুমনা খুদকতা পুলিসনা ফাদনবা সাইরকা তোংছুনা ময়বোল লোমদা হায়খখিছুনা কাইনথংদা মীয়োৎ ওইখিবনি।

মতম অতুগী ইন্টরীম সরকারগী কেপ্টেল এম কে, প্রিয়ব্রত (খি, এ,) চিপ মিনিষ্টরনা ইরাবতপু ফানবা য়ারেন ইগু তৌখিবগা লোয়নবা বাযু য়ায়া মরু ওই থনছুনা হিজম ইরাবতপু কাবা ওম্বা মীয়া লুপা লিশিং ছারা পীপনি হায়না লাওথোকলম্মী। মকম মকম কয়াদা চৎছুনা ইরাবত মীয়োত্ত ওইনা লৈরকই।

ইরাবতনা লমলাইদা লৈরা মতমদা মীশক অমনা অরুবা রা অমা জায়গাদমগী অমুকতা উনসি হায়ছুনা কৌরকপদা ইরাবতপু উনখিংবা মুপা কছুনা লকখাইদ্রা চংখি। অদুক্ত মুংখিজ উনবা য়াদছুনা হুদিয়াং উনবা তাক্কী। অহৌ অদু অগুকী মতিক গুকই, লম্বীথী নারক মেরু অনীমক উ রা কয়াগ্য লোয়নবা য়েনয়ৌ কয়ানসু পুরুকুপ মুখী, জোক্রিবা অক্তিয়া অমদি থাগী কছরুবা মডাম কাওবা লম্বীছুদা

অদু চাং অমতা য়াম্নদে অতেং অকুং খোজনা কয়া লৈ। হৌরিদাংখিবা চাকতাবা উচেক কয়ানা উজাও অমদগী অমদা শাইদুনা তোংলবা হোৎনরম্বা মরখাক লোইরবা উনা অমদি উগী মপাল থরদু পৃদং পদং ত্রুরক্লি। কেল্লবা উনা অমগী মথক্তা উনা কয়া মথং মথং নলশিন্দুনা মথকত্তা ত্তীর কয়ানা চংপদা শ্বায় শ্বায় লাওবা মথোল থরসু তারকই।

মমখিন্নবা ইশাবু ঈশানা উবা কাওবা ঙম্মজদে। রানা চঙলকতুনা মানা লৈরিবা য়ুমদু য়োরমদায়দা মী অমা ঙমাং মরাই রাইরবা লৈবগী মওং উরম্মী। ইথা থাজদনা থুন্না য়াংনা চঙলকতুনা কনা উনদোইনো হায়দুনা সুপা অদুনা হংলৈ। ইরাবত অমুকতা উনগে লৌকপনি হায়রবদা মানা য়ুমদু তান্না চঙমিন্নরম্নগা সুপাদু থোকথরে। লৈরম্লিবা ঈগী য়ুমদু হায়ফেং মমি শামি উবদা পৈতক তৌরে, ইমুংদা চঙলকপদা উরকই, ইরাবতনা কক অমদা ফমদুনা মরু লুকখনা রাখল তৌনা লৈরি। মমাঙদা অপীকপা মৈ অমসু থাল্লি, ইচম চম্বা মী অমগুম লৈরি। সুপাদুনা ইরাবতনা লৈরম্লিবা ওইরিবা ফিবমদু উবদা মশিংতগী মপী তাদুনা কপ্পী, অতুক চাওরমথ্রবা পঙ্কায় মেঙ্গল অমনা তৌরম্লিবা অদু উবদা, ইরাবতনা কপকসু হায়না সুপাদুবু থেমজিল্লি।

মাবু লৈবাক প্রজা পূম্বনা হুংশিনা তৌই, মাবু কানবা কোইশিন্দুনা থম্লবদা মী থরনা অশিবা পোলোইবা পুখোকপা শাদুনা 'কু' দা হাপচিন্দুনা নানথোকখি। সিকাইশিংনা লৈথরে চিংনদুনা কোইশিন্দুনা থম্বদা সুপী শাতুনা নত্রগা ষণ শেনবা শাতুনা মথল কয়াগী নালথোক্লবা উপায় কয়া শীজিন্নদুনা নালথোকনবা হোৎনৈ করিগুম্বা পাউ অমা হেক কংবগা থুঙ্গং অমদগী থুঙ্গং অমদা নত্রগা চীংমুং-মাঙ্গুং অমদা মকম হোং হোৎক্লমা লোথলি।

করিগুম্বা মঙ্গমদসু য়ুম অমদসু হেক্তা চঙলক্লগা করিমতা কোইদনা চাক লায়ৗ করিনো থরা চাগে হায়রৈ, মাবু সুনা অচুম্বক তৌনৈ।

মকম মতমগী মতুং ইরা শকলোন কয়া লোৱা মরক মরকতা তাংনা তৌবা ক্যাগিদা মীগী খমোইবু শুমহৎলি।

ইরাবতপু ফানবা চরাংনবা কয়াগী মরক্তা খৃ, কুঃ ১৯৪৭ আগষ্টকী তাং ১৫ দা বৃটিশনা ভারত থাদোক্তুনা চৎখরে, ভাবত মনীং তম্বা লৈবাক অমা ওইবগা লোয়ননা মণিপুরসু মনীং মথা তম্বা লৈবাক অমা ওইরে। অতুবু কুইখিদে মতম থরভগী ওইখি নীং তম্বা লৈবাক অমা ওইরম্বতু মাংখি।

মহারাজ বোধচন্দ্রবু শিলোংদা কৌখি, শিলোংগী 'রেদ লেন্দস' দা য়ানা চয়েংনবা কয়াদা মুমিং থবা লৈখি। খৃঃ কু ১৯৪৯ সেপ্টেম্বর তাং ২১ দা ভারততা মণিপুর তিনশিনবগী সহি শ্রীপ্রকাশ, আসামগী গর্বনর অমদি বোধচন্দ্র মহারাজগা আর্তিবল কয়া য়াওবা য়ানচে সহি তৌনখিবনি। সহি তৌনবা অদুদা ভারত সরকারগী ষ্টেটশিংগী মন্ত্রালয়গী এদভাইজর বাপল পানগুনি মেনোনসু সহি তৌবদুদা য়াওই।

মতম অদুদা মহারাজগী প্রাইভেট সেক্রেটরী শ্রীসনসম গৌরহরিনা ওইখি। মহারাজ বোধচন্দ্র নীংবা কায়বা অরাবা কয়াগা লোয়ননা গৌহাত্তিদগী 'দোভ' প্লেন মচা অমা তোংতুনা ইম্ফালদা য়ৌরকই।

মণিপুরগী চিপ কম্মিসনর শ্রিহিম্মত সিংহ অমসুং শ্রিইঃ পিঃ মুল্লা লৈবাক ওাকপগী মিংদা পোলিসকী অহেনবা শকতি কয়া শীজিন্নতুনা খৃঃ কু. ১৯৪৯-৫১ ফাওবদা কম্যুনিষ্টকী ঈহৌ কয়াবু নমথনবগী মিংদা খুপ্পাশিং কয়াবু ৬ৎ নৈখি। অমরোমদা মখোয়গী চান থক্নবা ফাওবা পুরক্লম্মী।

অসিগুম্বা কয়বা মতম অতুগী ইরাং মরকতা ইরাবতকী মাই-য়োক্তা পাণ্ড করাম্নু শন্দোকলম্মী মতুদি, "ইরাবতনা মণিপুরবু অরা লৈবাক্তা য়োরম্নে" অসিগুম্বা পাউ কয়া শন্দোরকপবু মানা মুংগাইরমদে

মহাক্না থজরগনদি অনীশুবা লাঞ্জাওদা মণিপুরদা জপানগী নোট মক্ষম কয়াদা লুপা কোটি কয়া চায়নুনা লৈরম্মী জপানগী নোট অহু ভারতকী নোটকা ওন্নবা য়ারবদি লৈবাক অসিগী ওইনা কারগ ন হায়রবসিনি। ইরাবতনা শেল ওম্থোক্লবগীদমক মন্দলেনচিংবদা চিঠি থাহনা তৌরম্মী। অসিগুম্বা অসিদা মাগী মাইয়োক্তা পাউ কয়া লান্না শন্দোরকপহদা মহাক্না য়ানিংখিদে মহাক্না হায়রম্মী,

"ইরাবতনা মণিপুরবু অরা লৈবাক্তা য়োল্লমলে" হায়বসি অচুম্বা নত্তে। হৌজিক প্রজা সখনা হোৎনরিবদি সিয়না থাইরকপা মতমদা মণিপুরগী সিম্বনা শেম্নকপদা কছারগী নোংপোকথংবা শরুক মণিপুরনা নম্না লৈবা লম মখৈ অহুগা মণিপুরগী ওইনা লৈবা অরা লৈবাক্কী কবো ভেলি অসি মণিপুরগী মনুং লৈহনবিয়ু হায়না দাবী তৌরি।"

অস্মুম্না লৈবাক প্রজা কয়াদা অরানবা পাউ কয়া শন্দোকপিদবগা লোয়ননা মহুগী মহুৎতা পুন্না থবক তৌমিন্নসি হায়বসিনি। মৈতৈ অনী পুনবা য়াদে হায়বগী মহুৎতা মৈতৈ অনী পুনদবা য়াদে হায়গদবনি হায়বসি কন্না হায়জরম্মী।

তানকন্না লুশিল্লকবা মপাল লমগা মরী কয়া থন্নবগীদমক মুন্না থন্নরবা মতুংদা খৃঃ কুঃ ১৯৫০ মেদা বারোল কয়া লৌরবা তুংবা ইরাবত মপাল লমগী বরমদা চৎপা তারম্মী। মহাক নত্তনদি রাগদবা কন্না লৈবনা মঙোন্দা থবক কন্না শীন্নখিবনি। জিরীগী মিটিংসি হেক লোইবগা থিন্দনা বমদিয়ার শমহুনা চঙাংগৈদা অহীং লেল্লগা অমুক. পোরোমপাৎ তোপ য়ৌখি। নোংঙাল্লগা তোপকী রেড গার্ডশিংগা উনরম্মী অতুদগী থৌবাল, থোংজোম, পলেন মথং মথং মশাগী অরাবা থিরুদনা উমং-রামং, চীং-তুরেল কয়া লানহুনা বরমা লানশিনখি।

মফমহুদা মীওই কয়া কয়া উননবা শেম শাখি। বরমাগী মোলাইক ডিপ্লিক কাওহুনা বরমাগী লানহৌ তৌরিবা থুদোংথিনিংঙাই

ওইরবা মকম খুৎলাই পাইথিবা পিপলস কময়েড পাটিগী মরুওইবা মীশক কয়াবু অহৌং মুংখিন নাইদনা মখোয়গা উনবল্মী, অমদি অনৌবা থবক থৌরম কয়া মুন্না থন্নচুনা য়াংথোকলম্মী।

বরমাদসু মতমচুদা খুদোংথিবা কযানা পীক থন্নম্মী, অমদি ইরাং কয়াসু লৈরম্মী। মতমচুদা বরমা সরকারগী মথক্তা অন্না-অনা তারবা নীংবা থুংলববা পুন্সি কয়ানা লানহৌ চংথবম্মী। লানহৌ অচুদা থাকিন থান্টুনা লুচিংবা কম্যুনিষ্ট পাটি ওপ বরমা হায়রবসিসু মরু ওইবা অমা ওইরম্মী। মসিদা নত্তমা বরমদা লৈবা খুৎলাই পায়বা কয়া কয়ানা লান হৌরম্মী। অচুবু খেন্নবা কয়ানা থনচুনা মখোয মশেনসু উনবা য়াথমদে। মখোয়শিং অচুবু অমত্তা ওইনা তায়শিন্নবা অহৌং মুংখিন নাইদনা মতম চঙনা ইরাবতনা কম্না হোৎনৈ। মাগী ভোপ ভোপ্পা মঙ্গল ভাঙথোকপা কয়াদা মহাক্না হোৎনখিবা কম্না মায় পাকখি। মফমসিদা লুচিংবা অমা ওইমগী চপ চাবা থোঁদাং য়ারম্মী।

মফমচুদা লানহৌবা অছুমচু পুনশিন্নবা হোৎনবদা মতম কয়া চঙখি। ইরাবতনা মফমচুগী লানহৌরিবা কযাগা লোযননা থন্নখিবা রাক্ষম য়ান্নখিবা কযাদা কবো ভেলিগী রাক্ষম কযাসু য়াওবম্মী। মহাক্না কবো ভৌলিবু পাম্মুজনা থজরম্মী, শোয়দনমক্কী অমুক হন্না হনজিনখা ভমগনি হায়বগী থাজবা থমজরম্মী। লানহৌরিবশিংনা মতম অচুদা মায় পাক্লবদি কবো ভেলি অমসুং অঙ্গো চীংনা কোম্লিবা লম থন্না মণিপুরগী ওইনা ইরাবততা শিন্নবা হায়র্বসিনি। অচুদা নত্তনা লমচুদা তারিবা মৈতৈ মচা কয়া খোমজিন্দুনা অরাবা কয়া মাইয়োক্নচুনা বেড গার্ড শাগৎলি

অসুম্না মায় পাক্লা ঈহৌ কয়া শাগৎলিত্তদা বরমা সরকারনসু লানহৌবগী ইরাং কয়া থিংনবা অশুম্বা পাম্বৈ শকতি কয়া হোৎনরকই। বরমা সরকারনা পি, সি, পি, গী হেদ কাটরদা অকনবা লামী কয়া

খোমজিন্নরকুনা লান্থরম্মী। মণিপুরদগী হেন্না মফমদুদা লানগী ঈহৌ কয়াদা মশীং থঙদনা অয়া চৈথেং নওহনা মোলাইবতগী অমুক লম্বী কয়া ফাওহনা মণিপুরগী ওমখৈবোমদা হন্দোকতবা য়াদত্তনা হন্দোবকখি।

অনৌবা অশা বয়াগা লেপ্পনা নীংতম্না ওনৈবা পাউ বয়া তমলুমবা থোবকতুনা অমুকসু অশুকপা উমং-রামংগী অঙোং চীংথোঙ তাংবোদা থোরকই। চীংনু মানুং শুক্রবা মফম লানগী চৈথেং চাবম থকলম থঙদবা অঙ্কং—অশাগী অবাকা, অতত্ং অথম নাইদবা নোংজুগী অকনবা শায়ু মবকতুদা লাইথেংবগী থুদেং চাদবা ভাঙ্গাদা মশাগী থন্মনা নারক্রা ফাওবা মাগী রাথলদগি কম্লি থবক কয়া লৈরি লেপ্পা য়াদে হায়বগী রাখলদা থুগোংথিবা মরকতুদা অহৌং মুংখিল নাইদনা ঈ পাউ লোয়থোক লৌশিন লেপ্পা লৈখিদে। কায়নথংদা মশা নোংমা নোংমগী শোকচিহ্নকখি, মহুগী মথন্তা অমুক টাইফোংনা নাকা অমুক হৌরকই। মশা ওমদা ওমদনা মফমদুদগী থোরক্লবা লেপ্পা লৈত্তনা হোৎনবকখি, অদুবু কায়নথংদা শোর ফাওবা হোনবা রাবকই মরিৎ অনী লুক্কথরকই থোঙ থাংবা রারকখি অদুবু হনবা লৈত্তনা মরমদম লোমদা য়ৌনিংবগী অশানা মাংলোম চঙ্শিনখি অদুবু হোৎনবা পুম্বা অরেম্বা ভারম্মী।

মাগী লোযনবী খোমদোনসনাবু উনরমন্দনা মাগী অপ্তা অনা বয়াবুদি মীযামগীনা লুই থন্দুনা লোইনবিবু য়েংলমদনা মওন্দা অরা মুংওাইগী মপাউ কয়া তম্মদা চংলমদাইদসু থমোযঙ্কংগী ওইবা পুকমেন পাউ-মেন্নবমদনা রাহৈ কযাসু হায়রমদনা মমা লৈবাক্কীদমক পাংনিং পাংনিং মীংলু অনীমক তপ্পা তপ্পা উইশিন্দুনা অরোইবা য়াহিপ তানখি। মহাক্কী থরায় য়াওরবা হকচাঙদা ইকায় খুম্মবা উৎপা ওইনা ইউনাইটেদ লিবরেসন বরমাগী লানমীশিংনা শেলুট নোংমৈ কয়া কাপত্তুনা মাবু ইকায় খুম্মবা উৎখি। মাগী মৎমদা **Hemango Biswas** না হায়রম্মী,

"I worte a long poem on Manipur which was included in my book of poems entitled "S'manta Prahari" The book was dedicated to the memory of Irawat. "Simanta Prahari means Sentinal of the Frontier. I call Irawat ' Sentinel of Eastern Frontier".

হেমাঙ্গ বিশ্বাস মীয়ামনা মশক নীংথিজনা খঙনা মতমত্তুগী ঈহৌ কয়া শাগৎপা অমদি ঈশৈ শকপা মরু ওইবা মীশক অমনি। মহাক শৈরেং ইবা য়াম্রেং অমদি ঈশৈ করাস্থু কমপোজ তৌবা অমসুনি। মহাক আই, পি, টি, এ, গী কাউন্সর ওইরম্মী অদুবু মহাক মতম শাংনা থবক কয়া তৌরম্লগা খৃ. কু. ১৯৮৭ ডা তাইবংপান থাদোকখি।

মহাক্না ইরাবতকা থেংনখি অমদি নকশিন্নরম্মী, মহাক্না ইরাবতপু মাগী গুরুমক্লি খঙরম্মী মাগী য়াথল মীৎয়েংগা চান্নরুবা পামজরুবা মীশক অমসু ওইখি। হেমাঙ্গনা "সীমান্ত প্রহারী" কৌবা ইরাবতকী মরুমদা কৎথোকচবা শৈরেং লাইরিক অমসু ইরম্মী। ঐথোয়গী লম-দমসিগী ওইবা কিথম মওং মতৌ চৎনবী কয়া অমদি ইরাবতকী মরমদা মানা নীংথিজনা খঙলম্মী। হেমাঙ্গ বিশ্বাসনা ইরম্বা শৈরেংদগী মণিপুরদা অনুবাদ তৌবা শৈরেং মতেক অমা লৌখৎচবি,

## ঙমখৈ ঙাকপা

ভাবতকী নোংপোক ঙমখৈদা শাস্ত্রীনি নহাক
লংলবা ফজরবা মৈরা
নহাক্কী লাইবক্কী অঙৌবা ফজরবা চন্দ্রণ
কনানা মুথৎখরে?

অতুগা কল্লবা য়োৎনা
ফাববা নহাক্কী চাউরবা মঙ্গোলগী
চাইকং অতুনা কনাবু অমুক শাঁওনরিবা ?

নোংমা উথি নহাকপু কুইরে
নহাক্কী অঙকপা শিল্পীগী মিৎকমদো
বসন্ত পুর্ণিমাগী মুমিত্তা শেংলবা মান্দোপ ময়ায়দা
পুংগী পুংলোন্দা বাসকী চালিগী খুৎথেক্তা
খিত্তা ধেন তা খিত্ত তেন তা
মন্দিলাগী নোরবা খোম্থোক্তা লোইননা
ঈহৌবকপা লোক্তাকী ঈথক্তা
নহাক্কী শাথেকতা
অমুকসু উথি
মিরাংশুম্না হৈ-শিংলবা নখুৎনা
লোল্লকপা ফনেক্কী ফিবান
মাংগোলগী ইয়োংদা পাঙনদেমগী তান্দা
থোকলকপা ইন্দ্রজালগী অঙকপা ফঙ্গরবা ময়েক।

অতুগা কম্বিশুম্বদসু
পাকলবা নিংথৌরবা সনাগী লৌবুক্তা মুমিৎ য়ুংবদা
নখুত্তগী থাঙ্গোলনা ইরং লংনা ওাল্লকই,
তাবকই খুজিগী মখোলগা লোইননা
কৌবোম খাওবগী, অনৌবা কৌয়োক লাকপগী।

লম্বীদা তারকই খঙহৌদনা চপ লেপতুনা
ইম্ফাল তুরেলগী তোর্বান্দা মুমিৎ য়ুংবা মতমদা
চীংগী লৈবাং ইঙেল্লৈগী ঈশৈ ;

চাংদা শাৎপা ইভেন্নে
ভাইহাক্তা ফাওবা পন্থরমদনা
শাৎপা ক।ওবা শাৎক্ৰিভেদা নিংথীনা কেনখিদকো নহাবপো ?
... ... ... ... ... ... ...

... ... ... ... ... ... ..

মহাক্না হোৎনরম্বা কয়াদগী মাবু মীয়াম্না কাওবা লৈখিদে, মাবু ময়েক শেংবা অম্সুম অম্সুম হেংগৎলক্লনা মহাক লৈত্ৰবা তুংদা খৃঃ কু ১৯৫৯ দা কছার লমদা হিজম ইরাবত মশামকী কোটো য়াওবা কেলেণ্ডর পুথোকলম্মী।

ৱেষ্ট বেঙ্গোল গোবরমেন্তনা ফোংবা "মুক্তির সংগ্রামে ভারত" হায়রিবা লাইরিকী লমায় ১৮৪ দসু মন্থংগী লানথেংনবা অক্।ওবা কয়াগী মরক্তা ইর.বতকী ফোটোসু য়াওরি।

জন নেতাগী মমিংদা ইরাবত পার্ক হায়দুনা হৌজিক ফাংবা লমলাই ( চান্দেল ) দা লৈরি।

ইরাবতকী মরমদা গৌহাটিদগী লৈবা অঞ্জলি লাহিরিনা হ।য়.
Only I saw him Singing and dancing on the Stage in Bombay's first party Conference. He was singing one of the famous mass singer song, Kaste tare Diojorey shan.

মতম অয়াম্বদা ইরাবতকা লোয়মনা থবক কয়া তৌমিন্নরম্বা জ্যোতিমায় নন্দিনা হায়,

মাগী থবক তৌবদা হুনবা লৈতবা নোকমি নোকমি তৌবা মাইথোং থৌজালগী লুম্নবা মীংয়োং মীক্লংশি চাউবা হুনবা না়ইত্রবা থৌনা, মাবু থেংনরুবা, খুদিংমকপু শুমহৎপা অহুবু মুপাসিগী শক্তোন য়াম্বা মরম্না মাবু থজবদি অরাইবা নত্তে।

অমুকসু অসামি য়ুনির্ভসিটিগী ভাইস চান্সেলর প্রোঃ মৃত্যুঞ্জয় ভট্টাচার্য্যনা ইরাবতকী মরমদা অসুম্না হায়,

"মরৈবাকী নীংতম্নবগীদমক্তা ভোল্ল-ভারবা মীয়ামগীদমক্তা মশাগী লৈজবা পুন্নমক অমদি অরাংবা ফম ইরায় লাম্বনা থাদোকপা ওমখিবা ইরাবতকুম্বা লুচিংবদি অত্তাঙবনি। মহাক্কা জাতি বিজাতি খায়দনা মীওইববু অমত্তা ওইবগী রাখলোন অমা ফিদম ওইনা থম্লিবসি ঐখোয়না কাউরোইদবনি।"

লোয়ননা মণিপুর মার্টিয়ারস মেমোরিএল কমিটিনা অথোবা কয়াগা লোয়ননা জন-নেতা ইরাবতকী নীংশিং মুত্তি থাংমৈকল্দ চৈরাও চীংদা খিনথ্রে। অদুদা নত্তনা ইরাবত মেমোরিএল ট্রষ্ট, কৈবি খুল্লেনা 'মানা' চীংগী চীংদোলদা (কৈবি খুল্লেন্দা লৈবা) জন-নেতা হিজম ইরাবতকী নীংশিং মুম্বি শানবা যাত্রা হুনখরে।

মণিপুরগী মফম থয়দা অমদি জিরিদসু ইরাবতকী মুত্তি লৈরি। অসিগুম্বা মাগী ভোরম্বা হোৎনরম্বা শিংথাম্বা থবক কয়াদগী মাবু মশক খংবা হেনগৎলকতুনা মণিপুর অমদি মপান লমদসু মাগীদমক মীওই কয়া কয়ানা খোরম কয়া ওসিদি লেপ্পা লৈতনা পাংখোরক্লি।

মণিপুর সরকারনসু জন-নেতা হিজম ইরাবতকী ইষ্টাম্প অমা অহানবা মণিপুর রাইফলদা সেপ্তেম্বর ৩০, ১৯৯৮ দা চিপ মিনিষ্টরনা ইরাবতপু ইকায় খুম্নবা উৎপা অমদি মানা হোৎনজরম্বা কয়াদগী ইষ্টাম্প পুথোকপিখি।

মাগী মরমদা প্রোফেসার মালিনি ভট্টাচার্য্য, লোক সভাগী মেম্বরনা অসুম্না হায়,

"ইরাবতনা জাতিগী ওইবা পুন্সিদা কুম্না য়েংজবা অমদি মতজরম্বা মত অসি মরা লৈবম্না নত্রগা লামা লৈবরা, মানা মতজরম্বা মত অদুদি

লাপ্পা লৈরি। মহাক্না তোঙান তোঙানবা সংস্কৃত অমগা অমগা চেপ্না তৌনবা অমদি নীংতম্না লৈবা সমাজ চানিংঙাই থকনিংঙাই লৈহন্না লৈরিবা হৌজীকী সমাজ অসিদগী থাপ্পা লৈরি। অচুবু মাগী মঙ অসিদি অয়ানবা নত্তে। ইরাবতনা তৌরিবা রাজনিতিগা মাগা তৌরিবা সংস্কৃতি অসিগা অনীসি নকশিন্নবা লৈবা উই। রাজনিতি লাম্হৌংনবগা সংস্কৃতি লাম্হৌংনবগা অনীসি তুনা চৎমিন্নবা অ'সনি। লোয়নদনা মীওইবগী অচুম্বা থুনাই অমা পুরক্নবা হোৎনরম্মী। লাম্হৌংনবদা মুংগী ওইবা রাথল থলবা ওম্বা অমদি পালগী ওইবা অনীসি মরু ওই।"

---

# অনীশুবা মতাং

**শানব-খোংনবগী লমদা ঃ**

অতৈ হীরম কয়াদস্তু নত্তনা হিজম ইবাবক্ত মতমত্তুগী শান্নব-খোংনবদস্তু অচৌবা খোদাং কয়া য়াত্থুনা লাকই। মথল কয়াগী মশানা অমদি করম ভৌরগা চাওখৎতগে হায়বগী লমদা শিল লাংথুনা হোংনরম্মী। শান্নব-খোংনবগী লমদা থরায় য়াওবশীংগী মচুংদা মহাকস্তু অমনি।

লমদমসিগী শান্নবগী ঈহৌদা শরুক য়ারথুনা শান্নব-খোংনবদা থরায় য়াওবা মীওই কয়াশিং পুনশিন্দুনা খৃষ্ট কুম ১৯২২ জুন থাদা টাউন ক্লব কৌবা অমা শেমলম্মী। হায়রিবা টাউন ক্লব অসি নত্তনা মমাঙদা ক্লব অমত্তুং টিমগী অপুনবা অমত্তা লমদমসিদা লৈরমদে। ইরাবত ক্লবত্তুগী ফাউণ্ডর মেম্বর ওইবত্তা নত্তনা ক্লবত্তুগী অকবা শান্নরোই অমস্তু ওইখি। মখোয় থরা পুনশিন্নগা পার্কটিস হেক হেক তৌবত্তা নত্তনা, মতম অয়াম্বদা টাউন ক্লবকা অসাম রাইফলসকি শান্নরোইশিংগা তৎতনা শান্নরম্মী।

খৃষ্ট কুম ১৯২৮ দা মতমত্তুগী অহানবা হোকি ফুটবল টুর্নামেন্ট অমস্তু অসাম রাইফলসকি লমপাক্তা শান্নৈ। হোকি ফুটবল শান্নবদা মহাকস্তু শরুক য়ারম্মী। হোকি, ফুটবল, বেডমিন্টন শান্নবত্তা নত্তনা টেনিসকিস্তু শান্নরোইনি। মশান্না কয়াশিং অমিদা নত্তনা অতোপ্পা কয়া শান্নবা লেপ্পা লৈতনা মীওই কয়াগা হোংনরম্মী। খৃষ্ট কুম ১৯২৭

তা অহানবা ক্রিকেট টিম অমা লিংতুনা ক্রিকেট নীংথিনা শানবতা নত্তনা বোলর অমসুনি।

অতৈ শান্নবতা নত্তনা মৈতৈগী ওইবা মশান্না মুক্না কাংজৈ শারিং-শারনচিংবসু শান্নরম্মী। শাইরোং কাপ্পা খুং চুমবত্তা নত্তনা কাং শান্নবদসু থরায় রান্না য়াওরম্মী, থেংলা ফাওবা ভোয়না হোৎনরম্মী। করিগুম্বা মতমদসু শান্নবগী শেম শাজনা লৈরম্মী, শান্ন-থোৎন বগী লমদা ইরাবত সিংহ মমিং লৈবা মীশক হায়রবত্ত ওইখি, কাং শান্নবদা মহাক রাওই হায়রবদি অয়েংবা মীনা পিক থস্লি।

মতমতুদা রান্না কন্না শান্নবা হৈসু হৈবা মীশক থরদি জহুরালী, ফনী, হুইরোম থম্বালঙৌ, চোংথাম ইবোয়াইমা, পাউনম সনাজাউ, হিজম অঙৌবা, শরোখোইবম সৌগীন্দ্র, ভাংবম শ্যামকিশোর অমদি হিজম ইরাবত সিংহনি।

ইরাবত ফুটবোলনচিংবসু অতুমক নীংথিজনা শান্নৈ। শান্নবগী পোথবা মতমদা মতাং চানা ফাগিসু ময়ক মরক্তা ভৌই।

ইরাবততি মতম তুদা শান্নবা কথগিদমক মথোয়বু পুক্লিং থৌগৎপা ওইনা মহারাজনা ক্রিকেট কাংবুদা রেনবা লুপা রাংথৈ পীবা জপানগী একাগাড়ী অমত্তু ক'লম্মী।

শান্নবগী লমদা থরায় কয়া রাওবিরম্বা চুরাচান্দ মহারাজনা থুপন্নবদা মহারাজগী মিংদা বোধচন্দ্র মহারাজনা সি, সি, মিট ফুটবোল টুরনামেন্ট খু কুঃ ১৯৫০ দগী হৌরকখিবনি।

### ওঝা অমা ওইরগী রমদা ঃ

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা লমনচিংবা পুথোকপিতুনা জোনষ্টোন সাহেবনা কন্না হোৎনতুনা ওঝানচিংবা থিজনা খৃষ্ট কুম ১৮৮৫ দা চিফ কমিসুনারগী ইংথোল মুংদা জোনষ্টোন স্কুল লিংখৎখি। মণিপুরগী নীংথা-তম্বা

মাংদুনা খৃষ্ট কুম ১৮৯১ সাহেবকি মতুং চনখয়ে অমদি লৈবাকী শাসন কয়াদসু অহোংবা কয়া লাকখয়ে।. জোনষ্টোন সাহেবনা লিংখৎলম্বা মিডল ইংলিস স্কুল খৃষ্ট কুম ১৮৯২ দা জুন অমদা জোনষ্টোন স্কুল হাংখি। প্রেটিগ্র্ সাহেবনা খৃষ্ট কুম ১৯০৩-৪ দা কম খাদোকপগা জোয়মনা অহাংবা কম অসিগীদমক শ্রীহট্টজেলাদগী মণিপুরী মচা শ্রীতোম্বু সিংহনা স্কুল য়েংশিনবগী থবক থৌরমশিং তৌরম্মী। মহাকনা অহানবা ওইনা মণিপুরগী ডিপুটি ইন্সপেক্টর ওইবিখি। অমুম্না মখং মথং লাকপনা খৃষ্ট কুম ১৯১০ দা ইড্কেসন ওফিস লিংদুনা লাইরিক লাইশু তম্বগী লমদা খুমাং চাওশিল্লকপা হৌরকখি।

হিজম ইরাবতনা অয়াম্বা মতমদা অঙাংশিং কয়াবু খোমজিন্দুনা মখোয়দা রাৱীনচিংবা হেক হেক লিখিরম্মী। মাগী মুংঙাইবা মশং-মতৌ কয়াতুদা অঙাংশিংসু রারী তাম্বা তত্রনা হেক হেক লাকই, মনাক্তা লাকতুনা পাউখোং চন্নবা অমদি শান্নবসু য়াওরম্মী। পীক্লিবৈদগী মখোয়দা লাইরিক লাইশু তম্মিংনবগী জ্ঞান অমদি অমতা ওইনা পুন-শিন্নবগী য়াখল য়ায়া ঙম্না অঙাংশিং অতুদা পীনবা হোৎনরম্মী। অঙাংশিং কয়াবু পুনশিল্লগা "বাল সংগম" অমদি তোপ তোপ্না মশকী করিগুম্বা খরা কগৎনবা হোৎনৈ।

খৃষ্ট কুম ১৯২৭ কি মতম মতুৰাইদা হিজম ইরাবতনা অহানবা ওইনা মোইরাংখোম লরার প্রাইমরি স্কুলদা ওঝা ওইরগী লিসফমদা চঙই। পীক্লিবৈদগী অঙাংশিংদা মহৈ মশীং তমহন্দবা ইয়ামক য়াদে, লৌশিং জ্ঞান য়াওরবতদা অকবা সমাজ হায়বতু ওইগদৌরিবনি খলখি মরমতুনা তৌদবা য়াদবা অমা ওইনা অঙাংশিংগী লেপফনা হোৎনৈ। ইরাবতনা ওঝা ওইরিবৈ মতমদা ছাত্রশিংগী কনয়া অমদি কান্নবা নীয়ম ইনৌ নোবা কয়াসু পুখোক্নবা হোৎনরম্মী।

মহাক্না লাইব্রেরিক তম্লিবা ছাত্রশিংদা খাতা ( বোর ) অমমম অতাং খুদিংমক্তা নীংখিনা শেমহল্লম্মী। শেম্লিবা খাতাহুদা ছাত্রগী ওইরিবা লাইব্রেরিক লাইওগী থাক অমদি ফিবম কয়া ইরগা অহল লমনশিংদা সহি তৌহল্লি। মতমতুদা ছাত্রশিংদা ইনৌ নৌবা মওং অমা ওইনা থোকলম্মী। মসিনা ছাত্রশিংবু কনবা মায়কৈ কয়া য়াংপা হৌখিরমই।

ইরাবতনসু ছাত্রশিংবু থবায় য়াওনবা অমদি প্রোগেস রিপোর্ট হায়বতু মশক থঙহল্লম্মী। মতুনা ছাত্রশিংদা কান্নবা কয়া ফংহনবত নত্তনা ছাত্রশিংগী ফিবম ফংত্রবা মতমদা অহলশিংদা প্রোগেস খাতাহ উহল্লি। অহলশিংনসু মচাগী অশোয়বা অক-ফত্তবা কয়া উবদা য়েংশিন্নবা অমদি চেকশিন্নবা অকবা পান্বৈ অমা ওইরম্মী। প্রোগেস খাতা অহলশিংদা উহনদবদি য়াদে সহি তৌবা মরম্না, মতুদগী ছাত্রশিংনা তুতিগী পারা কানবা হোংনৈ।

মহাক্না লাকপা খুদিংদা টাইম-পিস গাড়ী অমা পুরকলম্মী। ইরাবতনা স্কুলদা লাকতুনা মতম চানা ক্লাস তৌই, মতম চানা ক্লাস লোই। মতমতুদা মুমিং খুদিংগী ওইনা ফোর অসাম রাইকলসতা তুমিং য়ুংবা মতমদা নোংমৈ হেক হেক কাপ্পি। নোংমৈ হেক কাপ্পগা মহাক্কী টাইম পিস অতু চপ চানা পুং তরানীথোই তাবা অতুবু ছাত্রশিংদা য়েংহল্লি। মতম চানা থবক তৌবগী হৈনবী কয়া ছাত্রশি দা তপ্না তপ্না অতাং ওইরিডৈদগী তম্বীরম্মী। মতমবু পাম্মুনা চীন্না শীজিন্নরম্মী লোয়নমা কান্নগদবা মওং কয়া পুথোকতুনা হৈনবসু হোৎনরমই।

মতমতুদা মৈতৈলোনগী ওইবা তম্নবা লাইব্রেরিক য়াম্না তাংনা থোকলম্মী। ইবিনবা মীওইসু কয়া লৈরমদে। মতমতুদা লাইব্রেরিক লাইও হৈবা থরতুসু লৈবাক্কী মচিন চংপা ওইবনা রাজনিতিগী লৈবাক্কী

রায়েন-থৌদাদনা হেন্না থবায় য়াওজনা মীয়ামা মথোয়বু ইকায় খুম্নবন্মী। ইবা খোংপগী বাখল থোয়না হেন্না লৈরমদে হায়বা য়াই। ইরাবতনা ছাত্রশিংগী থন্দুনা মৈতৈলোন্দা তম্নবা লাইরিক অমা ইগে থম্লি, চহী ইকান কান্নদনা ছাত্রগী তম্নবা লাইরিক ইরম্মী।

মতমতুগী মণিপুর ষ্টেট দরবারনা খৃষ্ট কুম ১৯২৯ ডিসেম্বর তাং ৪ গী রারেপ ৯ শুবগী মতুং ইন্না ইরাবতনা ইবা লাইবিক "শৈদম শৈরেং" বু টেক্সবুক ওইনা মতমদুদা থম্লি। ষ্টেট প্রেসতা ছাপা তৌদুনা ষ্টেট লাইব্রেরীদা অমুক ফোঙলকই। লাইরিক অদুগী অনীশুবা খুৎনম ১৯৪৬ তা ফোঙখি।

মতম অদুদা বঙ্গ লোনদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোকতুনা লাইরিক কয়াসু তমবীরম্মী। ঐখোয়গী রাংলিবা লাইরিক কয়াবু মেনশিন্নবা হোৎনবদা খ্বায়রাকপম চাওবা "ছাত্র মচা" অমদি "কান্নবা রা" পুরুষম পবিত্রাংকি "মৈতৈ রারেং অরুবা" অমদি "মৈতৈ সাহিত্য" অরাম কমলগী 'শিনফম" চিংঙথম মযুরধ্বজগী "শৈরেং অনৌবা" রাংলিবা টেক্সবুক কয়া অসি মেনশিন্নবা হায়বিবা অইবশিংদগী খৃষ্ট কুম ১৯২৯ ডিসেম্বরদা অঙাংশিংগী তম্নবা কপিরাইট লৈবদা য়াওখি।

ড্রামাগী ক্ষেত্রদা ঃ

মৈতৈ হায়বা কাংলুপ অসি থায়নদগী মশাগী কলচর লৈজরকবা কাংলুপ অমনি। থায়নদগী হৌমা মশাগী খোইদোক্না পিথোরক্লবা কলাগী ওইবা জগোই-ঈশৈ কয়া পোকপদগী শাগোক্লজরক্লবা লমদমসিগী মীওইশিংনি। লোয়ননা হয়াও কুমহৈ পামজন্না, অমসুনি, মযাঙ্গৈদগী হৌনা লাই হরাওবগী থৌরম কয়া মচুগী চুংনবি কয়া অমদি থাজারবা

য়াত্রবা লাইগী থৌরম তোপ তোপ্পা লমদমসিগী থাং-তা হকচাংগী শাথেক কয়া লৈজরি। মসিদা নত্তনা হিন্দুগী প্রভাব কয়া চত্তশিল্পকপদগী জগোই ঈশৈ, গৌরলীলা শণশেনবা অমদি জগোই রাসকী মথক কয়াসু লৈরি মীওইবনা পুক্লিং তুংঙাইখা হয়াওবা মতমদা নোকই তোঙই, খুং-শা হাই হুমহুনা তৌই অসিগুম্বা কয়াদগী মশাগী তোপ তোপ্পা জগোইগী মওং-মতৌ কয়া থরমখেদি মসিদগী লাকই হায়বা য়াই। লমদমসিগী থোংজোমপর্বা পেনাগী নীংথিরবা শৈহেক অমদি রারী, লীলা, মোইবুঙগী তোপ তোপ্পা খোঞ্জেলগী সুর ফজবা, মশাগী কলচর লৈজরক্লিবনি। অমদি মমাঙতৈদগী নিংথৌ কয়ানা লেপ্তুনা চংথরকপা কুমহৈ অমদি লাইগী থৌরম কয়াসু লৈরি।

চন্দ্রকির্তি মহারাজগী মমাঙ কয়াদগী কুমহৈ কয়া ঈশৈ কয়া চংথরকপনা স্না হাকতকতা কাগিগী ওইবা লিলা ড্রামা মওং কয়া চংথরক্তুনা নিংথৌসিগী মতমদা দুর্গা লাক্তুনা পুজা চাউনা তৌদুনা লাইমাংদা হয়াও কুমহৈ কয়া পাংথোকই। অসুম্না চংথরকপনা চুরাচান্দ মহারাজগী মতমদদি তোঙানবা মশক কয়া থোরকখি.

মতম অসিদা তং তাবা ড্রামা শান্নবগী হোল অমতা লৈরমদে মতম মতমগী ওইনা শুমাঙদা লমহাংদা উ-রা নচিংবা কয়ানা খলদুনা শেম শারম্মী অমদি থরায় য়াওবা কয়ানা কন্না হোৎনদুনা শেমলম্মী। অমদি ফোপনচিংবা হাত্নুনা ভাবোক্নচিংবা য়েংনবসু করিগুম্বা মতমদা শেন্মী।

খৃষ্ট কুম ১৯০৩ দা বামাচরণ মুখোপাধ্যায় বাঙ্কবনা ট্যশালা কৌবা হৌনা কুপতুনা মনাই নোংপোক ওন্না বামাচরণ মুখজিগী ইংখোলদা শন্ডি অমা শাখি। মসিদা মেবার পতন শাদৈ। হোল অসি ওইনকরিদমক বাঙালী মচা থরনা হোৎনখি। মতমদুগী পোলিটিকেল এজেন্ট

কর্ণেল সেক্সপিয়ার অমদি মহারাজ চুরাচান্দগী মতেংদগী ইনা কুপ্পা শঙ অতুদগী "মণিপুর ফ্রেণ্ডস, ড্রামাটিক ইউনিয়ন" ওইখি। মসিনা মণিপুরগী অহানবা হোলনি। অহানবা ড্রামা তাকপি তম্বিরম্বা ওঝা কয়াদি মপালদগী সিলেট কছারলোমদগী লাকপনা অয়াম্বনি।

খৃষ্ট-কুম ১৯১০ অতুদাইদা জোনষ্টোন স্কুলদা সরস্বতী পূজাদা বংলা লোন্দা শান্নবা হোই। অসুম তৌনা বংলাগী লোন্দা ড্রামা কয়া মায় পাক্লা শানবা হোতুনা মীয়ামদা ড্রামাগী ঈহৌ কয়া পীবা হোরকখি। অতুবু মণিপুর থিয়েটর অমসুং ড্রামাগী খোংহৌ কয়াদি মপালদগী লাকপা বাঙ্গলী থরনা হোদোকপিরম্বনি হায়বা য়াই।

খৃষ্ট কুম ১৯১৮ দা থাইদেম নোংয়াই সিংহনা জোনষ্টোন স্কুলগী ওঝা ওইরিঙৈদা বংলা নাটক 'পার্থপরাজয়" হায়বস্থু মৈতৈলোনগী চপ চাবা মওংদা হন্দোক্তুনা মতাং চানা মৈতৈলোনগী ঈশৈনচিংবা ছাপতুনা মহাক্কী শজোয়দা ষ্টেজনচিংবা শেম শাতুনা শান্নখি। মসিনা মৈতৈলোনগী ড্রামা ইহান হানবনি হায়বা য়াই।

খৃষ্ট কুম ১৯০২ দা চুরাচান্দ মহারাজনা রাজা ড্রম্ব সিংগী ইংথোলদা শ্রীগোবিন্দজীগী নাট্য মন্দিরদা ষ্টেজনচিংবা শেমতুনা "প্রবাস মিলন" কৌবা লীলা অমা বংলা লোন্দা শান্নরম্মী। লীলা অসি মৈতৈ মচা কয়ামুক্লা পুনশিন্দুনা শান্নবনি

খৃষ্ট কুম ১৯২৮ দা য়াইস্কুলদা লৈবা চৈরাপকী মেম্বর ওইরম্বা থনমঞ্জরী মহারানীগী মোপরা শ্রীঙাংবম শ্যামকিশোর সিংহগী য়ুমগী মমাঙ শজোয়দা মীওই কয়া চঙতুনা ষ্টেজমচিংবা নীংথিনা শেন্নগা মৈতৈগী য়াউশংগী কুমহৈদা শয়োখাইবম ললিতমা ইবা "সতী খোংনাং" হায়বসি শান্নখি। লীলা অসিদা হিজম অঙাংহল অমদি অশাংবম মীনকেতনস্থু লীলাছদা য়াওখি।

লীলা কয়া মায় পাক্লা নীংথিজনা য়াইস্কুল ড্রামাটিক ইউনিয়ননা মায় পাক্লা ময়ামদা উৎপা হৌরকতুনা খৃষ্ট কুম ১৯৩০ এপ্রিলগী তাং ১৭ ঙাংবম শ্যামকিশোরগী য়ুমদা মৈতৈগী ওইব ড্রামা ইউনিয়ন অমা লিংনবা থম্নবা হৌরম্মী। মখোয়শিংদুদি চিংঙাখম ময়ুরধ্বজ, হিজম ইরাবত, নোংমাইথেম খানিল, শোবোখাইবম ললিত, ঙাংবম শ্যামকিশোরনি।

কাবুপরাদা লৈরিবা মণিপুর ফ্রেণ্ডস ড্রামাটিক ইউনিয়ন হায়না খঙনবা হোলসিদা বাঙ্গালী লোন্দা লীলা শান্নবা মতমদসু মরু ওইবা পার্ট কয়া মৈতৈ মচাশিংনা লৌরম্মী। মদুদা য়াওরিবশিংদুদি চিংঙাখম ময়ুরধ্বজ, নোংমাইথেম খানিল, ডাক্তর কীর্ত্তি, রাজকুমার বীরচন্দ্র অমদি হিজম ইরাবতনি

অদুগা মতমদুনা নুপীগী পার্ট অয়াম্বসু নুপাশিংনা অদুমক শান্নরম্মী। রানী দুর্গাবতীদসু হিজম ইরাবতনা নুপীগী মরু ওইবা পার্ট রূপামতী শারম্মী; শান্নরিবা প্লেনা "রিজিয়া" নি।

ইরাবতনা ড্রামাগী ষ্টেজনচিংবা শাবদসু থবায় য়াম্না য়াওরম্মী. অতনবা কয়া থাদোক্তুনা ঈশিংদা কুমথনুনা মখূৎতা হোয়াই পাইজা থেঙ্. নুংথঙ পায়দুনা ড্রামা শান্নবগী কাংখক অমদি সিন্নচিংবা শেম্বা শাবা য়াওই। অয়াবা থংদনা চোকথবা নাইদনা ময়ামগী নংনবা থবায় য়াওনা হোৎনৈ।

মশাগী পিথোবকপা য়েক-খোৎপা পামজবা অমা ওইনা এম, ডি, ইয়ু গী সিম্বোল ওইবিবা লাঙ্গোলসি মাগী অনীংবা অমগী মথাদা পামজনা থবায় তানা থরূগা পুথোকচরম্বনি। ঙহাক শংবদা মকম অমদা নীংখিনা ফমদুনা মখূৎমক্তা কুয়াওদা খুজিনথাংনা হকতুনা শেম্নম্মী। মসিমক মাগী মাঙগী তুংগী ওইরকদবা পামজবা থমোয়গী নুংগী ওইবা সিম্বোল অমনি। মহাক এম. ডি ইয়ুগী কাউণ্ডর মেম্বর অমসুনি।

খৃষ্ট-কুম ১৯২৫ এপ্রিলগী তাং ৩০ গী হুমিদাংদা শ্রীগোবিন্দজীগী মান্দবতা ষ্টেজ শেমদুনা মণিপুরগী সেসন জর্জ ওইরম্বা শ্রীএল ইবুংঙোহলনা গৌহাটিদা লো তম্লিঙৈ মৈতৈলোন্দা ইখিবা "নরসিংহ" শান্নে। মসিদা মৈতৈগী ওইবা চংনবী য়াঙাঙ-শাঙাঙ, ফিজেৎ চাকচা, খোম্হোক্লা শান্নখি। মসিদা মরু ওইবা পার্ট লৌখিবদি খোমদ্রাম ধনচন্দ্র নরসিংহ, ময়াংলম্বম যাত্রানা গম্ভীর সিংহ, নোংঙাম্না গোকুলচন্দ্র শর্মা. একান্ত সুবেদারনা অন্না সেনাপতি শাই। অদুগা ড্রামাদুদা মরু ওইবা পার্ট লৌদুনা মরৈবাক মজাতি হুংশিজবা কুমুদ কৌবা মুপা অমগী শক্তমদা ইরাবতনা কুমখি। "ভক্ত বিলবমঙ্গল" লীলাদা ইবাবতনা বিলবমঙ্গলগী শক্তমদা কুম্লম্মী। খোমদ্রাম ধনচন্দ্রগী "দেবলা দেবী" হন্দোকপা ঐতিহাসিক ওইবা লীলাদুদা মহারাষ্ট্রগী চীংলৈবাক দেবগিরি কৌবা লৈবাক মচা অমগী নিংথৌ বলদেবগী শক্তমদা মানা কুমই লিলাদুগী ডিরেক্সন পীবনা এস ললিত সিংহনা ওই। মতম খায়দা ড্রামাগী অকনবা শাফু কয়া লাকুনা লীলা কয়া লেপ্পনা শান্নরকই। মথং মথং লেপ্পনা কুমলকপনা মণিপুরী সমাজিক প্লে সোরোকথাইবম ললিতকী "অরেপ্পা মরুপ" তনা মরু ওইবা পার্ট চন্দ্রসিংগী শক্তম লাংখি।

ইরেংবম তিলোক্লা চন্দ্রসিংহগী মরুপ শাই, অসামগী থিকাদারনা সোরোকথাইবম ললিতনা শাই অদুগা রজনীনা অথোকপম রসমীনা শাই অদুগা চন্দ্রসিংহগী মপানা খোমদ্রাম ধনচন্দ্রনা শারম্মী। লীলাসিগী ডিরেক্সন পীবসু ললিত সিংহনি। ড্রামাসিদা চন্দ্রসিংহ ইনাক কৈরাক খুনবা শেংনিংবতা লেৎপা চানিংবতা চাবা লমছেনবা মচানি। মহাক্না মশক মতৌ ফজবি রজনি কৌবী মৌ অমদা পূক্লিং হকচাং লুপনা ডাওজরম্মী। মঙোন্দগী ইরাপ-লাপথোকপা ওম্লমদে। নোংমদি রজনিনা মঙোন্দা লুপা চানি পীদবা য়াদে করিগুম্বা থবক অমগীনি হায়রম্মী। অ,ক য়াম্বা শেলকমতুদি

চন্দ্রসিংহদদি লৈরমদে, অদুগী মথক্তস্তু রজনিবু উত্রবসু লৈবা ওয়মদে, অদুগা লুপা চানি অদুসু পুজনদি মাগী মনাক্তা চঙবা ওয়মদে। শেলনা ঙাওদুনা মহাক্না তৌফম খঙদা কোইচৎ চং মচিন্দা মুরুম-মুরুম শোন্দুনা লুপা চানি চানি হায়দুনা অঙকপা কংনা থরায় য়াওনা একটিং তৌদুনা মায়থোংদা অরাবগী মমি. উংথোরকই, মদুদা য়েংলিবা মীয়াম পুম্নমক হায়নরুবা খাঙলুবা য়াওদা চেক মুক লাওদনা তুমিন তুমিন মাবু য়েংদুনা লৈনখি।

মাগী মওং উবদা ড্রামা য়েংলিবা চুরাচান্দ মহারাজনা হায়নিংঙাই লৈতনা মাগী অরাবা অদু উহদগী ড্রামানি হায়বা থোয়না খল্লুদনা "শে নঙগী লুপা অদু লৈরে" হাযদুনা ষ্টেজদা শেল য়াওবা খাও অদু লংশিনখি। লোইশিল্লকপদা চন্দ্রসিংহ মণিপুরদগী চেনখিদুনা ব্রমাপুত্র তুরেলদা চোংথদুনা মথায় থাখি।

মরমদম থাদোক্লমদায়দা ইমা পোক্লফম নভমবাক্তা শিবা ফংদরেদো ইমা হায়দুনা ইরাবতনা মপি শিন্থনা থমোয় শোক্লা পোক্লফমবু থুকম-জখি। ড্রামা য়েংলিবা পুম্নমক মুন্নিংতু থমোয় কায়খিদবা য়াওদে। মহাক্না মমা লৈবাকপু মুংশিজবগী রাখল্লোন কয়াদি ঙললিঙৈ মতমদগী হৌথ্রবনি। অমুম্না মহাক্না তৌরিবা য়াওবিবা অদুদি মথায় খুৎবাক্তা হাপতুনা হোংনরম্বা ঙাক্তনি। মতমদুদা অফবা মীয়াম্না পান্নবা য়ানবা অমা ওইবভা নত্তনা তেল্লবা মতম থরদুদা লীলা কয়া লেপ্তনা য়াওরম্মী।

অসিদা নত্তনা মতম অদুদা চুরাচান্দ মহারাজনা "গৰ্দ্দভ লাইয়া নাকল" হায়বা বাঙ্গলী রারীদু মৈতৈলোন্দা হন্দোকতুনা ড্রামা ওইনা শেমদোকুনা গোবিন্দজীগী মান্দবতা শানহল্লি লীলাসিদসু ইরাবতনা গাধা মপুগী মচানিপাদু শাই। সার চন্দ্রকীর্ত্তি মহাক্তভা প্রকৃতিক দৃশ্যদা লীলা উংখিবগুম চুরাচান্দ মহারাজনসু 'কালিয়দমন' চীংমৈ-রোংদা তৌহল্লম্মী। কৃষ্ণ শাবনা শগোলশেম ইবোচাউববু কালিয়দমন

হায়না তুংদা কাওবা খঙনখি। "অরেপ্পা মরুপ" শান্নবগী থোদোক অমদা চন্দ্রসিংহনা রাজনি হায়বি মুপিতুগী ময়ুমদা লাকপদা মোরা ফমতুনা খোঙগী কৈথক্তা থাংগৎতুনা হিদাক থকপনচিংবা য়াওই। মতুদা য়াওমিন্নরিবশিংনা হোরেল শ্রীযুৎ চুরাচান্দ মহারাজ লেংশিন্দুনা য়েংগনি থৌগল্লোন কাই চুন্নতা কক অমদা ইচম চম্না ফমসি হায়

মতুদা ইরাবতনা মশামক হোরেনগী লীলাসি য়াওজররোই মাগী পার্ট অসি অতোপ্পা অমদা শাহল্লো হায়বদা ময়াম তুমিন তুমিন লৈনখি, ময়াম উপায় লৈত্রতুনা কোন্নথংদা মহাক্না হায়বা অতুদা য়ানতুনা অতুম উৎলম্মী।

খৃষ্ট-কুম ১৯৩২ এপ্রিল, শজিবু চৈরাওবগী ছুটি মতুংদা য়.ইস্কুলদা "সতি খোঙনাং" অমদি সমাজিক প্লে "অরেপ্পা মরুপ" প্লে অনীসি টিকেট লৌতুনা শান্নরম্মী। অনীমক মমিং চৎলবা মতমতুগী প্লেনি।

ইরাবত অমসুং ললিতকী কুমহৈ য়েংনবগীদমক অমদি হিদাম তোম্বী দেবী, সাইরেম কন্যা দেবী, অমসুং মুংশিতোম্বী দেবীগী আর্ট এক্তিং য়েংনবগী লাকপা মীয়াম্না পীক থললম্মী, মতুবু লাক্লগা য়েংবা ফঙদবা মীওই কয়াসু য়াওরম্মী।

করিগুম্বা মফম থরমা শান্নখিবদসু থুদোং চাদবা রা ভাঙবগী শরক শিবা মী থোরকতবা অহাংবা কয়াদা অশোয়বা কয়া মেনথৎতুনা ইবাবতনা মমাই মমীৎ য়েকশিন খোচিন শেগায়বা ফিজোল অচৌবা অমা ইনশিনতুনা থোরকলগা নোকফেং-নোকফেং ভৌতুনা হায়দোরকই, 'য়েংঙু ভৌরিবসিনি' অসুম ভৌনা বাবোক কয়াসু কাবা ঙম্মী।

লমদমসিদা থিয়েটবগী শফু অমা কয়া ফুজিন্নকপা হৌখিবনি। মমাঙদসু ভোঙানবা থিয়েটরশিংগী আটি ষ্ট কয়া পুনতুনা "কর্ণার্জুন" লীলা শানৈ। মতুদা মণিপুরগী সি, এম, মোইরাং কোইরেংনা কৃষ্ণ, ধনচন্দ্রনা ভীম, ললিতনা শকুনি শারম্মী।

এম: ডি: ইউ: অসি ভাংবম শ্যামকিশোর সিংহগীদা লৈরিঙৈ মতম খৃ: কু: ১৯৩১ দগী খৃ: কু: ১৯৩৩ অহুরাই ফাওবদা শান্নখিবদি "অরেপ্পা মরূপ" অইবা ললিত সিংহ "সতী খোঙনাং" অইবা ললিত সিংহ "থাবল চোংবী" অইবা অঙাংহল সিংহনি।

অহুগা অমুক খৃ: কু: ১৯৩৩ মতমসিরাইদা এম: ডি: ইউ: অসি ভাংবমদগী চিংঙাখমদা হোংলকই। ড্রামাগী অমদি হীরম কয়াদা শিল লাংনবগীদমক মথাগী মীওইশিংসি থল্লি মখোয়হুদি. চিংঙাখম ময়ুরধবজ সিংহ খোমজ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ ড্রামা ইবা অনুবাদ তৌবা অমদি ললিত সিংহ, লীলা শান্নদগে থনবা, নোংমাইথেম থানিল সিংহ রিহ্যাসেল ডাইরেক্সন. লোয়নননা হিজম ইরাবত সিংহ পার্ট য়েনথোকপা অমা ওইনা অচৌবা থৌদাং য়াখি।

ঐখোয় মসুংদা নত্তনা মপালগী মীওই কয়াবুসু য়েংহন্নবা থৌরাং কয়াসু তৌরম্মী। 'নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা' অহানবা মীকম অহুগা মরী লৈননবা মফম কয়াদগী লাকপা ডিলিগেটশিংবু য়েংহন্নবগী-দমক অচৌবা মেলা অমসু চহীহুগী মে তাং ১ দগী হৌনা পাংথোকই। মেলা অহুদা মে তাং ২৬ নিংথৌকাবা মুমিংকী মুমিদাং পুং নিপাল মথাই তাবা মতমদা এম: ডি: ইউগী ড্রামা "দেবলা দেবী" উৎলি। মহুগী মরুওইবা পার্ট ললিত সিংহনা কাফুর রোলদা কুমই অমদি ললিত সিংহনা ডিরেক্সন পিখি।

অসুম্না মণিপুরদা ঈহৌ অমা লাকতুনা ড্রামাগী হোল কয়া কয়া থোরকই মখোয়শিংগী মসুংদা, এম: ডি: ইউ: খৃ: কু: (১৯৩১), এরিয়ান থিয়েটর (১৯৩৫) চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির (১৯৩৬) সোসাইটি থিয়েটর (১৯৩৭) রূপমহল থিয়েটর (১৯৪৩) মখোয়শিংসি পনবা য়াই।

## মমাংবোগবু চাউথ্রংহনবা হোৎনবগী অমা ওইনা :

মৈতৈশিংনা লাইরিক-লাইশু তম্বা অমদি ইংরেজি তম্বিংবগী অপাম্বা থোইনা লৈরমদে হায়বা যাই। মচুগী মহুৎতা থাম্নদগী অশুনবা মতমদগী মুপা অমগী হৈকম থোকপা চৎনরকপা থাংশুলা তম্বা শগোল তোংবা হকচাং কনবা মুক্না কাংজৈ শান্নবা মসিনা পান্না তৌরম্মী, অমদি মথল মথা কয়াগী পুং ঈশৈ জগোই ওথা থলহুনা মতম নাইনা তম্নরম্মী। অছুবু মতমগী মতুংইন্না অমুম চৎথরকপনা মীপুম খুদিংমক বঙ্গালোনবু যান্না পাম্নবা অমদি খঙনরবা মকমসিগী মীওই কয়াসিনা শিজিন্নরকতুনা লেপ্তুনা চৎথরক্লবনি। মৈতৈ সমাজদা অমদি রাঙাও শাঙাওদা বঙ্গলা লোনবু হাপ্পগা ভাঙনবনা অচৌবা অহৈবা অরেম্বা লৈবাক মচা তাবা ওইনা লোনরম্মী। মতম কুইনদগী বঙ্গলোনবু মকমসিগী লৈবাক লৈহাওদা চুশিনগ্রবা অমদি নীংথৌরোন থরদগী হোঠুনা লমদমসিদা মন্না চেৎনা তারম্মী। ধর্মগী ওইবা থৌরম কয়াদা বঙ্গলোনবু শীজিন্নরম্মী।

লোন অসিনা মফমসিদা নোংমা নোংমগী কনথংলকুনা এল, পি, ইউ পি, মিডল স্কুলনচিংবা কয়াদা নীয়ম নাইনা তমথিবনা ঐখোয়গী লৈজরিবা মৈতৈলোনগী মহুৎতা বঙ্গলোন্না লেপ্তুনা চঙশিনখিবনি।

শ্রীমকর সিংহগী "মৈতৈলোনগী অহানবা" অমদি শ্রীমৃনাল সিংহগী "মৈতৈলোনগী অনীশুবা" লাইরিক মচা অনীতমক লৈরম্মী। ছাত্রশিংনা পরিক্ষা ওমছুনা মথং মথং পাস তৌরবদা মৈতৈলোন তম্বা তোকতুনা "শিশু-শিক্ষা" হায়বা বঙ্গলীগী লাইরিক তমলম্মী। মথং মথং কারকপদগী বঙ্গলা লোন তম্বনা বঙ্গলা সাহিত্যবু অমদি বঙ্গলা লোনবু নীংথিনা খঙনরম্মী।

মমৈথংদা হায়স্কুলনচিংবদা ইংরেজী, বঙ্গলা সংস্কৃত লাইরিক তম্মরম্মী। লোন অসিনা ঈশৈ-নোংমাই থৌদোক ৱাখোক অমদি নাটকনচিংখা করাদম্ম বঙ্গলা লোন্না শান্নবা তৌরম্মী লাইরিক তম্বা হায়রগা বঙ্গ সংস্কৃত তম্ববু মতমমতুদা খঙনরম্মী। অদুবু কাম্নথংদা মৈতৈলোনবু সুংশিজবা মীওইশিংনা মতম কুইনদগী বঙ্গলা লোননা কুপশিন্দুনা থমবদগী নানথোরক্লবা হোৎনবা হৌখি.

খৃষ্ট-কুম ১৯০২-৩দা বঙ্গলোনগী মহুৎ-শিন্নবা কন্না হোৎনরম্মী। অদুবু ছাত্র অমতা স্কুলদা কারকখিদে হোৎনবা পুম্বা অরেম্বা তাদুনা মতম কুইনা অরেম্বদা স্কুল লেপ্পা তারম্মী। শিক্ষিবশিংনা মতুংদা উপায় লৈত্রদুনা মৈতৈলোনগী মহুৎতা বঙ্গলোনবু অমুক হন্না মৈতৈ-লোনগী মহুৎ শিন্দুনা ছাত্রশিংবু লাইরিক অমুক হন্না তমহনবা তাখি। অমুম্না য়াম্না শাথিনা বঙ্গলোনগী কোকপা য়াদনা লমদমসিদা চুশিন্দুনা লৈখি। লেপ্তুনা মথং মথং লিশাং-শিংনা হীরম খুদিংমকতা মখোয়গী প্রভাবনা য়োমশিন্দুনা লৈরম্মী।

হিজম ইরাবতনা লোনসিবু চাওখৎনবা হোৎনবদা নত্তুনা লম-দমসিগী অঙনবা মতমদগী লৈরক্লবা ঐখোয়গী লৈজরম্বা মৈতৈ ময়েক অসিবু চাওখৎনবা হোৎনবদম্মু থরায় য়াওরম্মী।

মরম অদুনা মহাক্না ময়েক অসিবু চাওখৎপা অমদি ইশাগী লৈজরিবা ময়েক অসিবু শিজিন্নবা পাম্লম্মী। মসিদা থরায় য়াওদুনা "অনৌবা যুগ" চেকোঙ অসিদা মৈতৈ ময়েক অসিগী অরুবা মশক কন্না অমদি ময়েকচিংবা চেকোঙ অসিদা তোম্মনা অদুমক হাপলম্মী।

পাবগী মথং মতৌ মৈতৈ ময়েক্কী মশক কন্না মৈতৈ ময়েক ইরগা নাকলদা বঙ্গলা ময়েকনচিংবা ইদুনা অনীমগী মশক মঙংবু হেন্না মরীক চুম্না থঙনবা অমদি মতম অদুগী 'মীতৈ মরূপকী থৌ পুবা কাংবু"

করাবু খোঙহপা ওইনা মখোয়না ইরকপা হাপলকপা ময়েকী কায়রবা অমুক মওং কয়াবু অরাম্বা চেফোঙ অসিদা হাপলম্মী।

"ময়েকী মতাংদা 'অনৌবা' যুগ" চেকোঙসিনা "মীতৈ মরূপকী খো পুবা কাংবু" না অস্নুম্না হায়,

"অনৌবা য়াওন অসিদা মৈতৈ গ্রীখোয়গী চহী চনী চাহুম রোম মাঙলুরবা ময়েক অমসুং লোনবু পুখংপিয় ......। অমুকসু হায়রিবি মীগী খোঙ্হোক তাংলুরখদি ঐগী ওইবা য়ারোইযে ময়েক হায়রবসি লোনগী মচেং অমনি হায়না অস্নুম্না পল্লি। মতম অদুগুম্সু লোন অমসুং ময়েকপু তুংশিজবা মীওই কয়া কয়া লৈরম্মী।

মণিপুরদা মৈতৈ ময়েক হুপা তৌহনা পুখোকপা খিবোধজনগী সভাদা অহানবনি। মকমসিদা নত্তনা মপালগী চোইনা তাপ্রবা লম হোজাই, আপর অসামগী মকম কয়ামুকতা কছার, সিলেট, ময়েক অসি অতুম অহলশিং খঙনরম্মী। সিলেটকী মীতৈনা মীতৈ ময়েক অ'সবু পামই। তাং ১০, ১০, ৪৬ তা লক্ষীপুরদগী সিলেট ফাওবগী মনুংদগী মীওই ৪০০ মচিংথরোম তিন্দুনা শ্রীধনেশ্বর সিংহনা সভাবতি ওইহনা মিতিমচিংবা পাংথোকখি। ময়েকী মতাংদা থমোই শোক্লা অস্নুম্না পল্লি, মীতৈগী মশাগী ময়েক লৈ হায়বা খঙদবা থরনা জাং অসিবু মীগী ময়েক ভাংহনা হৌরকপা ফত্তবা জাং অমা ওইনা লৌনরম্মী হায়বনচিংবা কয়া মীফমহুদা থম-নৈনখি। হায়রিবা চেফোঙ অসিদা মথরাই পান্দবা ময়েক মথরাই পানবা করিগুম্বা মশক ওন্নকপা, হায়বনচিংবা কয়া মতীক চুম্না হাপলম্মী। অমদি মৈতৈ ময়েক খোঙসাল মরূপনা কোঙখিবা মৈতৈ ময়েক অহায়বা কয়া মতম "অনৌব, দুমজা" হৌংশিজনা হাপজনা মসিনা মীয়াম্দা কাওফমবা কয়া লীবনু ওন্নম্মী।

অমরোমদা অমুক লোন্দগা ময়েকা লোন্দনা হান্নগা ময়েক হায়বসিনা কোনজনা তাইবং মীওইবা ঐখোয়গী কপিগুম্বা থম্মা কাওফদবা লেমজবা

মরমদা ঐখোয়না Rangoon University দা তা থরা লাউজনিংই।"

অসুম্না মহাক্না মণিপুরগী মনুংদা লোন অসিবু চাওখৎনবা হোৎনবদগী হেন্দোকুন্না অমাক্না মপাল লমদা লৈরিপা মৈতৈশিংগীদমক অরাবা কন্না উরম্মী। ককচিংভাবম লালফদা শর্ম 'পৌনা বক্তি' মন্নাজেদা লৈবা মহাক্না থারকপা চিংদগী খত্তবা ভমখি, বর্মাদেশতা মৈতৈ মীওই লাক অহমলোম লৈরিবা মকমতুগী মীওইশিংনা লোনসিবু চাউখৎনবা লঙী লমথাজদা মণিপুরি মজেন য়া ভাওনবা মতমদা মৈতৈ-লোন্দা ভাওনবা ইরাবতনা পামজখি।

লোন অসি চাওখৎতনদি জাতি অমবু চাওখৎপা কৌবা য়ারোই হায়বসি মহাক্না খলখি, মসিবু ঐখোয়গী ইশাগী ইরম্নি খলত্নুনা মুংশিনা পামজনা পাক শন্না শীজিন্নবা তাই হায়বসিনি। মসিনা জাতি অমগী মশক তাকপা ভমগদৌরিবনি হায়বসি মাংজৌননা উরম্মী।

বরমদা লৈরিবা মৈতৈশিংনা ঐখোয়গী ইরোল্দগী বরমা মরোম্না ইশাগী লৈজরিবা ইরোল থাদোক্নুনা বরমা মরোম্না হেন্না ফজনা ভাওনবা উবদা মহাক্না থমোয় শোক্না মুংভাইখিদে। মকমতুদা থুন্দারিবা মৈতৈশিংনা মশাগী মিং থোনবা মতমদা মৈতৈগী মিং নত্তবা অরাগী মিংনচিংবা থোনবা য়াওবদা মহাক্না পামজখিদে। মতুগী মহুৎতা মৈতৈগী শুইবা মিং থোনহন্নিংবগী অপাম্বতু ফোঙদোকচখি। লোয়নবা লোনসিবু চাওখৎনবগীদমক অত্তম্বা মতেং পাংতুনা হোৎনরম্মী, অমদি চেকোঙ, শৈরেং বারেং মখল কয়াগী লাইরিকস্থু পুথোকলম্মী।

খৃষ্ট কুম ১৯২৬ দা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়না ঐখোয়গী ইরোল মৈতৈলোনবু মেত্রিকুলেশন ফাওবা রিকোগ্নাই তৌখিবগী লোননমা লমী থরগী মুংদা য়াই, এ ফাওবা তৌখিবি।

অসুম্না লেপ্তুনা হোৎনবা কয়াদগী মথং মথং চাওখৎলক্নবা চুরাচান্দ মহারাজনা মৈতৈলোন্দা হোলি ঈশৈ শ্রীগোবিন্দগী মরুমদা কৎপা হৌখি।

অসুম্না লোনসিংগী চাওখৎলকপগা লোয়নবা চৎনা পথাপ কয়া অমরু শেমলম্মী। বনালগী মতাংদা মীয়ম অমা থমবগী মতুং ইন্না খুইকুম ১৯৩৫ দা মণিপুর রাজ দরবারনা হেন্না কনবা শেমদোক্লম্মিন তৌদুনা লাইরিক পুন্না নীয়ম অমগী মখাদা ইন্নবা হোৎনরম্মী। মসিদা মতুনা প্রুফ বিডর কয়া অমসু হাপকম্মী। কবি নবদ্বীপচন্দ্র মশামকসু প্রুফ লিডর অমা ওইনা থবক তৌবা য়াওরম্মী।

সাহিত্য অমসুং ঈশগী লমদা ঃ

লমদমসিংগী মীওই খরদি অরাংবা থাক্কী মহৈ-মশীং তমবগী মতম মণিপুরগী রাজ্যদা চৎথুনা লাইরিক-লাইশু তম্বা হৌরকই। মপাল লমগী মীওই কয়াগী পুন্সি মহিং, অরাবা মুংঙাইবা কয়া থেংনরকই অমদি মমিংমরা উরকই, অনৌবা রাখল কয়াগী মশক লেপ্তুনা চঙশিন্নকপা হৌরকই। অসুম্না মীওই কয়ানা খাংঙমদনা হায়দোকনিংবা ইনিংবা কয়াগী ইথিল কয়া কাওরক্নবা চেকোংও কয়া পুথোক্লবা হোৎনরকই।

মণিপুরি সাহিত্য চাওখৎলকপগী মরু ওইবদি চেকোংশননি, লমদমসিংগী চেকোংও কয়ানা অচৌবা থৌদাং চাওনা য়াখি। চেকোংওদা মথল গুনা শৈরেং-রাগেং কয়া হাপত্তুনা অমগা অমগা পানথুনা খমোকদা নহৌনা ইনিংবগী ইনোং কয়া হাপতুনা মীওই কয়ানা মশাগী শৈরেং-রাগেং কয়াবু লৌথুনা হাপনরকই। সাহিত্যবু মুংশিবা পাক্লবা মীওই কয়ানা চাং "মাইমা হাপনরক্নবা চেকোংশিংবু মপুং ফাহল্লকই। মতমদুদা চেকোংও কয়াসিবু পায়না পানথি, চেকোংশিনা মণিপুরি

সাহিত্যগা থাদোক্লবা য়াত্রবা সাহিত্যগী অচৌবা মরু ছুনবা হৌখি। চেকোঙসিংদগী থোরকই মপুং ফাবা লৈরেং বারেং বারী মচা উপন্যাস অমদি মথল শুনা হীরম খুদিংদা ইনরকই।

হিজম ইরাবত সিংহ সাহিত্যবু পামজবা মুংশিজবা মীওই অমা ওইনা হৌরকই। পৌক্লিগৈঙদগী অয়াবা কায়নবা কয়ানা মশীং খঙদনা নাক-য়েং য়োমশিন্দুনা হৌরকই। মসিনা মঙোন্দা হীরম খুদিংদা অমদি সাহিত্যগী করিগুম্বা থরদি ওন্নিগৈঙদগী লৈবা হৌখরে। করম তৌনা হোৎনরগা চাওখৎকদগে হায়বগী রাখল থলবা হৌরকই। অঙনবা মতমদা নহা ওইনা মশামক্লা সমপাদক ওইদুনা অরাবা কয়া খাওদুনা থৃংনা ইবা "মৈতৈ চানু" খৃষ্ট কুম ১৯২২ দা মহাক্না পুরোরকই। চেফোঙসিগী মমিংশিমক য়ায়া অর্থ লৈবা মুংশিবা মিংথোলনি। মতমসিদা মসি পুথোক্লবা হোৎনবদা থওইনা থৃং ফজবা মী নেকতুনা ইহল্লম্মী।

ইরাবতকী সাহিত্যগী লমদা হোৎনবা কনবা থরায় য়াওবা হনবা লৈতবা কযা উবদগী পৈশা থরনে মসিগী অচংবা মুক কাওবা বীর টিকেন্দ্রজিৎকী মচা ইবুংঙো ঙাংবম চন্দ্র কুঞ্জমলানা পোকপা সনথ্যা বীরচন্দ্রনা পিরি কোপিসি য়ায়া পুথোকখিবা নত্তে, মশীং অনীরক অহুম্নকুগী হেনখিদে পুথোকইবা "মৈতৈ চানু" চেকোঙ থরদি থায়। মতমতুগী অহানবা চেকোঙগা ওইবনে কোপি অনী অহুমতু পানিংবশিংনা মথং মথং রায়নরগা কোইচং চংনা পানবা ঙ.ক্তনি লাইবক থিবদি তাংবা পুথোকইবা 'মৈতৈ চানু" হৌজিক্তি ফংগনি হায়বগী থাজবা লৈতরে।

খৃষ্ট-কুম ১৯৪২ মেগী তাং ১০ নোংমাইজিং তুমিংকী তুমিং মুং-গ্রিডৈ মতমদা জাপানা ইম্ফালদা অহানবা ওইনা বোম থাদৈ, অংগা অমুকম্নু হন্না তাং ১৬, থাংজ তুমিত্তা থাদতুনা ইম্ফালদা মতমসি

কাং-খোঙ চায়বা মতমনি। মীশি মীনা অশোকপা কয়া অমসু য়াওখি। অনীশুবা লানগী কল্লবা মৈরিলক্তা অনকপা অয়াপ্পা মকম কয়াদা য়ুম কয়া থাদোকুনা থরায় হিংনবা চেন্নবা মতমনি। কল্লবা লাপ্পাও মনুংদা মমাঙদা লৈরম্বা পোৎ চৈ কয়া মকম মরাং খঙখিদবনা অয়াম্বনি, অহুনা "মৈতৈ চানু" কোপি থরহু থিবা ফঙখিদে

অহুবু লেপ্পা লৈতনা সাহিত্যগী মায়কৈদা কয়া হোৎনবা হৌরক্লবা, সাহিত্যগী লমদা মীওই কয়া লেপ্তুনা চঙশিনবা হৌরকই। লমদমসিগী ওইবা সাহিত্যগী পুনশিনবা অপুনবা অমা লিংখৎনবা কয়া হোৎনরম্মী।

লাইরেলময়ুম ইবুংঙোহল সিংহনা সভাপতি ওইহুনা মণিপুর সাহিত্যগী মরীদা সভা অমা মণিপুর গার্লস হায়স্কুলদা ফম্মী। তাং ২৩।৬।৩৫ ইংদা খ্বাই ব্রহ্মপুরদা মণিপুর সাহিত্য সম্মেলনী শেম্মমি। সম্মিলনী শেম্নবা তুংদা সম্মেলনী অসিগী মিং "মণিপুরী সহিত্য পরিষদ" হায়না কৌহুনা তাং ১০।১০।৩৫ দা মণিপুর সাহিত্য পরিষদকী অহানবা অধিবেসন অমা ফমখি।

অহুবু পরিষদ অসিগী মশাগী শঙ লৈজদবগী অয়াবদি অহুমক মায়য়োক্লবা তারম্মী। মকম কয়াদা হোৎহুনা লেল্লকলগা মতম কুইনা পব্লিক লাইব্রেরীদা লৈরম্বদগী য়াইস্কুলদা লৈবা ডা: য়েংখোম ভাগ্যগী য়ুমদা মতম কুইনা লৈখি। অহুবু খৃষ্ট-কুম ১৯৬৮ দদি পাউনা রোডতা মকম অমা কংহুনা মশাগী ওইবা শঙ শাজহুনা শংগাখি।

হিজম ইরাবতনা ময়ামগী থবক তৌহুনা সাহিত্য পরিষদকী কার্যকারী সমিতিগী সদস্য ওইনা খৃষ্ট কুম ১৯৩৫ অমসুং ১৯৩৬ কাওবা ওই। মখোয়শিংহুকী মনুংদা অয়াম্নম ইবুংঙোহল, হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ, খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ, সরোকখাইবম ললিত সিংহ, হিজম অঙাংহল সিংহ, অয়াম্বম দয়েন্দ্রজিৎ সিংহ মখোয়শিং

মমিং পনবা য়াই। মণিপুরগী শরাইরবা অইবা অমা ওইরিবা খ্বাইরাকপম চাউখ্রগা ইরাবতকা পোকপা চহী অমতদা পোকমিন্নখসি। অনীমক (১৮৯৬) তা পোকই অদুবু ইরাবততগী চাউরমা খা খরদি হল্লি।

হিজম ইরাবতপু অমুকসু হন্না "মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ" কী জে: সেক্রেটরী ও.না খৃষ্ট কুম ১৯৩৭ তগী ১৯৩৮ অনীরক হন্না জে: সেক্রেটরীগী থবক থোরম কয়া লেপ্তুনা পুরম্মী। অকোনবগী অসিদা থবক কয়া পুমিন্নখিবশিংদুদি, শ্রীহিদংময়ুম দ্বিজমণিদেব শর্ম সভাবতি হিজম ইরাবত সিংহ জে: সেক্রেটরী থোকচোম মধু সিংহ এসিষ্টেন্ট জে: সেক্রেটরী. অমদি চিংঙাখম পীশক সিংহ, শ্রীরা: কু: শীতলজিৎ সিংহ. লাইশ্রম যোগেশোর সিংহ, অরাম্বম নরেন্দ্রজিৎ সিংহ. নোংমৈকাপম নবকিশোর সিংহ, শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ মখোয়শিংসিনি। অধি-বেসন মথং মথং ফম্নরুবসু খৃ. কু: ১৯৪৩ দগীনা ১৯৪৫ কাওবদি মণিপুরদা অকনবা অনীশুবা লাঙ্গাও থোকখিবা চরাংনবা কয়া লৈবদগী অধিবেসন ফমখিদে।

ইরাবতনা ওল্লিঙৈ মতমদা "শৈদম শৈরেং" (১৯২৯) কৌবা শৈরেং লাইরিক অমা পুথোকই। অসিদা নত্তনা শিলেটকি জেল মনুংদা "ইমাগী পূজা" (১৯৪২-৪৩) পাক শল্লবা মীৎয়েং কয়াগা লোয়ননা ইরম্মী। খেল্লবা কয়ানা থল্লবা মতমসিগী অচৌ পীশক থায়রিবা কয়াগী মরক্তা ইংমই. "কেপিটালিজম" (ফোওবা ১৯৮৭ সেপ্তেম্বর) লাইরিক অসিদা মহাক্না মার্কসিজম অমদি লেনিজমগী মশক কয়া নীংখিজনা উৎপত্তা নত্তনা সম্রাজ্যবাদিগী মওং-মতৌ হোৎনকপা অমদি লান কয়াগী মশক চঙথোন্না নৈনবা কয়া উবা ফংই।

মসিদা নত্তনা হৈবগী মওং-মতৌ কয়াগী মরমদা হৈরিরম্মী। "দলিন অমসুং দরফ্কাস হৈবা" চুরাচান্দ রার্কতা ফ্রিন্ট তৌরম্মী। মসিনা ইবৌ নোবা অমদি কান্নবা কয়া মকমসিগী মীওই কয়াদা পীরম্মী।

মতম অতুগী য়াম্না কন্না কিনবা অমদি প্রজা কয়াদা অরাবা পীরম্বা মাংবা-শেংবগী মবমদা মতুগী কান্নবা কান্নদবা অমাং অতোং কয়াগী মরমদা "হৌজিক্কী অমাং অশেং অশেং অমসুং মতুগী কন্নবা উপায়" হায়বনচিংবা কয়া ইতুনা থমখিরম্মী।

মহাক্না মতমতুগী চেকোঙ কয়াদসু অচৌবা থৌদাং য়াতুনা সাহিত্যগী সেবা তৌবা লেপ্তুনা য়াওরকই। মণিপুরদা কোঙবা মৈতৈলোনগী ইহান হানবা থাগী চেকোঙ "য়াকাইবোল" (১৯৩০) আক্টোবর থাদা পুথোরকই। চেকোঙসিদা মথল শুনা শৈরেং রারেং কয়া হাপলম্মী, মতমতুগী মীয়ামনা পাম্নবা চেকোঙনি। চেকোঙসিগী অহানবা সমপদক ডা: নিংথৌজম লৈরেন সিংহনি অহানবা চহীগী ১১ শুবা মশীংদগী মথং-মথং চাং নাইনা ইরাবতনা ইবা উপন্যাস 'মোহিনী" তৎতনা হাপ্লা হৌতুনা সাহিত্যগী অচৌবা পোরম অমা য়াৎপা হৌই। মসিদা নত্তনা চেকোঙসিগী অনীশুবা চহীসিদা মশামক্না ইতুনা হীরম কয়াগী কান্নগদবা রারেং কয়াসু লেপ্তুনা হাপতুনা সাহিত্যগী লমদা চাওরবা থৌদাং য়াবা হৌরকতুনা মতুগী ফবা-ফত্তবা কন্না মীয়ামদা অমত্তা ওইনা থননবগী তাঙ্গা কয়া পীনবা হোৎনরম্মী।

"ললিত মঞ্জরী পত্রিকা" মসিনা মণিপুরীদা পুথোকপা অনীশুবা থাগী মরু ওইবা চেকোঙনি। চেফোঙসি শ্রীদরেন্দ্রজিৎ সিংহনা সমপদক ওইবগা লোয়ননা খৃষ্ট-কুম ১৯৩৩ দা চুরাচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস ইম্ফালনা ছাপা তৌবা মতমতুগী য়াম্না মরু ওইবা চেকোঙনি। মসিদা ইরাবতনা পামজবা রাথল মীৎয়েং কয়াদা চান্নজবা "লোকমান্য তিলক" হায়বা বাল গঙ্গাধর তিলককী পুন্সি রারী কয়া মথং-মথং হাপ্লা হৌই। মতুবু কোন্নথংদা মতুদা হাপথিবশিংতু পুলপ পুনশিন্দুনা লমাই কুম্নিথোই পান্দুনা চুরাচান্দ ৱার্কসত্তা ছাপা তৌই। ইরাবতনা লোকমান্য তিলকপু রাম্না মুঙ্কং নুকশিন্না থঙনা ইবগী মওং কয়া থেংনৈ।

অসুম্না চেকোঙ পুথোক্নরক্লবদা মতমগী মতুং ইন্না মণিপুর সাহিত্য পরিষদসু চেকোঙ অমা পুথোক্লবা কন্না হোৎনবা হৌরকতুনা পরিষদনা "মণিপুর সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা" হায়বনা থা অহুম থুক্কিংদা চেকোঙ অমা পুথোকলম্মী। শ্রীথোকচোম মধু সিংহ বি, এ, না চেকোঙশুগী সমপদক ওইদুনা খৃষ্ট কুম ১৯৩৭ কি নবেম্বরদা চুরাচান্দ প্রিন্টিং রার্কস ইম্ফালদা ছাপা তৌদুনা পুথোকই। চেকোঙসিগী নবেম্বর ১৯৩৭ কি অহানবা মশাংদা 'মন্দলেগী খোঙফম' হায়বা লমকোই রারী ইরাবতনা ইদুনা চেকোঙশুদা হাপলম্মী। মহাক্না চৎলুবা থেংনরুবা কয়া লাকশিন্দুনা অঙনবা মতমদগী হৌদুনা লমকোই রারীদা থুং থাবা হৌরকই।

"অনৌবা যুগ" হিজম ইরাবতনা সমপদক তৌদুনা পুথোকপা মতমতুগী য়াম্না মরু ওইবা চেকোঙ ওইখি। মহাক্না ফোঙনিংবগী ইথিল কয়া থমোয়দা তৎতনা কাওবা হৌরকখি। অসিগুম্বা চেকোঙ অসি খৃষ্ট কুম ১৯৫৭ মার্চকী তাং ১৯ গী দরবার রেজোলুসন নং, ২৫ গী মতুং ইন্না ফোঙবনি। চেকোঙ অসি রানা হোৎনদুনা সাইক্লোষ্টাইল তৌদুনা খৃষ্ট কুম ১৯৪৭ এপ্রিল থাদা পুথোকই। কোপি অমগী মমল অনা অনী ওইদুনা কোপি খরদি অসামগী মফম খরা অমদি ত্রিপুরাদা থাই।

"অনৌবা যুগ" লমায় নিপাল পালবা চয়োলগী চেকোঙসিদা মতম মতমগী ওইবা মরু ওইবা ঈ পাউ লমদমসিগী ওইবা কয়া হাপ্পি। মিটিংগী মতম লৈবাকী ওইবা ঈ পাউ, লমসিগী ঈশিং-ঈচাও রাজনিতিকী চয়াংনবা মওং মতৌ প্রজাগী রাকৎ কয়া পোৎ মাং চৈয়াংবগী পাউ থোদোক রাথোক কয়া বঙ্গলদেশতা ঈশিং চাওবা কয়া হাপলম্মী। মশামক্তা ইরম্বা কয়াসু হাপলম্মী। মফমসিদগী রত্তনা অতৈ মপাল লমগী পাউ কয়াসু হাপলম্মী। কলকত্তা হাৎলা-গুনবা মহু থংনবা

রাজনীতি দল পুন্নমক মিত্তিংনচিংবা তৌবা কোহিন্নাদা নাগাশিংগী থৌদোক কয়া অতুদা নত্তনা লৈবাক্কী কম্নাইবশিংগী মথোয় মরক্তা লানথা চুম্বগী রা, নক্কনা লৈবা লৈবাকশিংগী রাক্সম কয়াসু য়াওবন্মী।

অতুগা "অনৌবা যুগ" পুথোক্কবা হোৎনবদা রাখিবা খুদোংথিবা শেল-থুমগী অরাবা কয়া নওখিবা কয়াতুগী মবমদা অসুন্না হায়, "এডভান্স লুপা ১০০০ পিতুনা প্রেস চেম্থোক্কুনা ডিমাপুবদা থুংলতুনা লৈরে। লুপা শুদবনা প্রেস লৌথোকউবা ঙমদ্রে। হাপ্তা অমদগী হেল্লবদি প্রেস অসি হনখিবা তারে।" অসিগুম্বা চেকোঙসি পুথোরবা হোৎনবদা অরাবা কয়া থাওতুনা হোৎনরম্মী ঐখোয়গী লমদমসিগী থৌদোক-রাথোক থবক কয়াগা ইবাবতকী পুন্সিগা থাদোক্কবা ইয়া রাদনা লোয়নতুনা চৎলি। মণিপুরী লোন্দা চেকোঙ কয়া কোঙবগী ঈহৌগা মহাক্কী পুন্সিগা নকশন্ননা উবা ফঙই। অতুগা মহাক মণিপুরী জর্নেলিজমগী লময়ানবা অমসুনি হায়বা রাই। জর্নেলিজমগী কান্নবা কয়া ফঙখি, মসিনা মীওই কাংলুপ কয়াদা খুৎলাই ওইনা শীজিন্নখি। জর্নেলিষ্ট অমা ওইবগী মশাদা চপ-চাবা গুণ কয়া য়াওবা অমসুনি।

ইরাবতনা মফমসিগী চেকোঙ কয়দা মত্তনা বরমাগী 'তুরিয়া" (মুমিৎ) দা মশাগী ওইবা কয়াসু ইতুনা হাপলম্মী।

মহাক্না খুৎনা ইতুনা থম্মীরম্বা হৌজিক ফাওবা থেংনরিবা কোঙ-ত্রিবশিংদি বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী উপন্যাস "কৃষ্ণকান্তগী উইল" মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লম্বা অমদি "জয়মতি" (ড্রামা) ঐতিহাসিক য়ুমফম ওইবা ড্রামা অসি তাংকক ময়ি থোক্লা থায়দোক্কুনা থম্মী। মসিদা নওুনা "কাউরোই" কৌশা অমসু ইরম্মী। রামায়নগী রারীদা য়ুম্ফম ওইধংগা ইবা "সীতা" অমদি "হৌজিক্কী অমাং অশেং অমসুং মতুগী কয়নবা উপায়" হায়বশিংসিনি। মহাক্না অমাং-অশেংগী মবমদা মাংলে নঙ্গ্রগা তিন্নদবা ইনথোকপমচিংবা কয়াগী মরমদা কুপ্পা পাল্লি। মণিপুরী

মুপীশিংনা অতৈদা ওংলবসু মুপানা অতোপ্পা মুপী থোরবসু ভাং তারম্মী। ঐখোয়গী ধর্মবু লৌতুনা সমাজদা ভিন্নবগী লম্বীদা মায়া খুবগী মরমনচিংবা মচা-খায়না পল্লি। ঐখোয়গী চৎরিবা ধর্ম অসিবু পামজতুনা লৌনিংবা চৎনিংবা কয়াতু ধর্মগী অহকপা, চৎনবি কয়াতুনা চঙলকতে হায়না কোংদোকই অঙকপা ফংনা রানরিতৈ চানিংঙাই শেংনিংঙাইগী অরাবা কোকতা খুং হাপতুনা চেন্নরিতে মতমদা অমুকসু মাঙবা শেংবগী অরাবা খুদোংথিবা কয়া, অসুম্না অমাং-অশেংগী মরমদা কৈ যত্তে তৌতুনা লৈববা সমাজ অমনা জাতি অতৈগা চাওথৎ লম্বীদা মান্নগনি হায়বদি অরেম্বনি হায়বা অইবনা পল্লম্মী।

হেমাঙ্গা বিশ্বাসনা ইরাবতকী মরমদা অসুম্না হায়রম্মী,

"Irawat was not only a mass leader but also a pioneer in the movement for a new literature and journalism in Manipuri language."

ইরাবতনা মশাগী অমদি মীযামগী ওইবা ঈশৈশিং হন্দোক্তুনা অমদি মশানা ইতুনা কযা থমবিরম্মী। অকে অমৌ, ঈশৈ নোংমাই, পামজবা মৈতৈ জাতিনি হায়বা মহাক্না মুন্না থঙলতুনা মুপা মুপী, অহল-অঙাং লাইরিক হৈবা হৈতবা ঈশৈসিনা মীয়ামদা লায়না খঙহনবা ঙম্মী। মাগী ঈশৈনা লৌমী শিনমী কয়াগী মানকোং য়োংহনখি।

অসিগুম্বা কয়া অসিগী ঈহৌদা নজরুল ইসলাম পনবা য়াই। খৃষ্ট-কুম ১৯২৫ দা নজরুল ইসলামনা চেকোঙ অমা লতমতুদা পুখো-রকই, মতুদা তোঙানবা মথল অমগী নীংতম ঈহৌ কয়াগা লোয়ননা অকি-তুজুং রাহৈ কয়া লেপ্তুনা শৈথারকই 'বিদ্রোহিনী' মহাক্কী মখিং চৎপা শৈরেংনি।

ইরাবতনা পুন্না ওইবা ঈহৌ কয়া শাগৎতুনা মাগী ঈশৈনা পুন্নমক্কী থমোয়দা ইনোৎ কয়া লেপ্তুনা হাপলকখি। মতমতুদা ঈশৈনা অচৌবা থৌদাং কয়া য়াতুনা মতমতুগী লৈবাক্কী ফম্নাইবা অঙম অথৌ, লৌয়াম চাবা, শেল পায়বা কয়াগী মনাকোংদা মাগী ঈশৈনা অরাবা পীখি। লমদমসিগী কাচিন কোয়া য়ৌনা শন্দোরক্তুনা মীয়ামগী পান্নবা শাফু লৈবা ঈশৈ ওইরকই।

মাগী ঈশৈদা লৌমীশিংগী মশক নীংথিজনা য়েকতুনা মখোয়গী অরা অনা কয়াগী মশক ফজনা মমি তারম্মী। লৌমীগী থরায় লৌফমবু নীংবা অমদি থাদোক্লবা য়াত্রবা থাঙ্গোলবু চেকশিন্না থমবা থাদোক্লবা য়াদবা কয়া উবা ফংই। ঈশৈ থরদনা মমা লৈবাকপু তুংশিজবা নীংজবা লোয়ননা অমত্তা ওইনা পুনশিনবনা পাঙ্গল ওইগনি হায়বগী মশক উবা ফংই।

জাতি খেন্নবা লৈতবগী মশক কয়া মাগী ঈশৈদা ঐখোয়না থেংনবি, মহাক্কী ঈশৈ থবদি,

১। লৈবাক লৈবাক খুদিংদা মীয়াম্না ওইবি জয়,
মুক্তিগী লানবন্দা, পাইরিনে ফিরাল।

২। শকউ শকউ জয় জয় অপুনবগী জয় জয়
কিগনু অপুনবনা ওইনি জয় ওইনি জয়।

৩। চেকশিন্নু হায় চেকশিন্নু হায় চেকশিন্নু হায়
ফোদো থাঙ্গোলতু ময়া থাংউ
লৌমীলী থরায় লৌমীগী মায়।

৪। হাইগৎসি রাংনা কিরামসি ভাংলবা।

অসিনচিংবা মথল শুনা ঈশৈ কয়া ইতুনা লৈবাকসিগী অচৌবা থৌদাং কয়া হনবা লৈতনা য়ারম্মী। অমত্তা ওইনা পুন্সিনবগী অপান্বা অমদি নীং-থা ঙমনিংবগী মশক, লৌমীগী চন্নবা পুন্সি লৌথুপ-লৌকোয়

লৈত্রবা চমজরবা পুন্সিবু ভোটকি মতম য়ৌরকপদা লৌমীগী পুন্সিবু ফগৎনবগীদমক মখোয়গী তুংগী পুন্সিবু জ্ঞান লৌশিং ভানবগীদমক নমথাক-লৌনম কয়াদগী নালথোক্লবগীদমক ঈশৈ কয়া ইরম্মী. ঈশৈ ওইনা শকলম্মী মতুদি,

মীশক খঙনা ভোং পীরুনে
হে লৌউবা লৌউবা
লাকলে ঙসি মীয়েপ মীৎল,
... ... ... ... ... ...
... ... ... ... ... ... ।

লুপা পীগে হায়ররে
নিংথৌগী মনাই শাররবা
লৌমীগী ওৎলমবা কাংবুদো
লৌমী থুনিংগাই লৌমী লুরাওবা
চৈরম্বা কাংবুদো
ভোংকী মতম অসিদা
লৌমীদা মরুপ শাররে।

হিজম ইরাবতনা স্বাধীনতগী ঈশৈদা অসুম্না কোওদোক্লকই,

দেশ দেশ খুদিংদা লৈবাক্ ওইরি জয়
মুক্তি লানবন্দা পাইরিনে ফিরাল;
স্বাধীনতা মুমিৎ থোরক্রে
মৈতৈ মচা নখোয় চদায়
রাবনা পূক্নিং হল্লবরা
... ... ... ... ... ... ।।

মতমতুগী মৈতৈ মচা কয়া মুংশিজনা য়েংবগা লোয়ননা থৌনা লিংজেল কয়া হাপতুনা মশাম্রক ময়া লৈবাকপু মুংশিজবগী মশক কয়া উবা ফংই। অসুম্না ঈশৈ কয়া ইতুনা মতমতুগী মীওইশিংবু

পাকশন্না, মীংকপ থোকহন্দুনা ভেন্নবা মতম খরদা হনবা লৈতা মীয়ামগী থবক কুয়া ভৌরম্মী। ইরাবত ঈশৈ ইবা, ঈশৈ শকপা, সুর নীংথিনা প্যানবা হৈবা অমসুনি।

মতমতুদা অরাম্বম চন্দ্রকলা দেবী নগামপালদা লৈরিন্না মাম্বু ঈশৈগী লমদা চঙশিন্দুনা ঈশৈ শক্ককপা মতমনি। মহাক্না ত্রিপুরা অম'দ শিলচরনচিংবা মফম কয়াদসু চৎখি। মহাক্না ঈশৈগী রেকোর্ড লৌবা মুপীশিংগী মনুংদা অহানবা অমসু ওইরম্মী। ইরাবতনা কছারদা লৈবা মতমদা চন্দ্রকলাসু কছারদা লাকপদা থেংনহুনা ইরাবতনা ইচা লাকই হায়হুনা মাবু লুনা ভৌবি। ইরাবতকা চন্দ্রকলাগী অপোকপ-গসু লুনা থিন্নবা মতমনি। চাক চাখিসি হায়হুনা ইরাবতনা খামখি, মথোয় অনী চাক ঙাইবা ওইনা ঙহাক কম্মিন্নহুনা লৈবদা টেবলদা ঈশৈগী বোই অমা লৈরিবহু চাওরাক্না চেনা মক্ৰ মরিরোম পাল্লি। মহুদা য়াওরিবা ঈশৈ কয়াহু ইরাবতনা চন্দ্রকলাদা য়েংহন্দুনা মহুদগী ঈশৈ অনী খলহুনা হৈত্তানচিংবা পানমিন্নহুনা চন্দ্রকলানা শকহল্লি।

চন্দ্রকালানা ঈশৈ অহু শকপগী মরমদা মেলদদি লৈত্রবসু ঈশৈহু শকপা থিংহুনা মতম খরদি থনখি।

হেমাঙ্গা বিশ্বাসনা অসুম্না পল্লি,

Thangol Adu Maya Thangu Thouna,
He Lou-uba 'and the other is" Houro Awaba Ahinggi,
The above two Songs were recorded by Chandrakala Devi, the then leading female voice in HMV disc, which had a record sale in Manipur. Actually Irawat launched the new mass song movement in Manipur.

# অহুমশুবা মতাং

ইরাবতকী শৈরেং ঃ

কবিরত্ন হিজম ইরাবতনা অণ্ডনবা মতমদা ইরম্বা "শৈদম শৈরেং" (১৯২৯) শৈরেং কুনগহুমদোইথক য়াওবা শৈরেংগী লাইরিকনি। শৈরেং থুনিংমক তোপ তোপ্না ফজবা মশক অমদি লমচৎ মসিগী ওইনা রাহৈশিং কয়া মতাং চানা শীজিন্নবগী মওং অমা উবা ফংই। অদুগা শৈরেং খরদনা পাবদা তান্থ চাবা অমদি নুংঙাইবা পোকহনবা প্রকৃতিগা নকশিন্নবা থম্বা ওম্বা মহৌশা লাইরেন্বগী ফজবা কয়া শীংথবা তোঙানবা মগুণ কয়া য়াওই। শৈরেং খরদনা ইতিং তিংনা থমদবা অরুবা মুংগী রাখল কয়াদগী ওহাকতং পোথহনবগুম থম্বা য়াওই, খরদনা থমোয়গী চুংগী ওইবা রাখল্লোন কয়াগা ইরোয়ননা চংনবা হোৎনৈ।

মীওইবগী অরাবা নুংঙাইববু করিগুম্বা পোৎশক অমদা থাহনা চাংনমবা অমসুং মতাং চানা সিমখোল কয়া শীজিন্নবা শৈরেংসু য়াওদবা নত্তে। শৈরেংশিং মতমতুগী ছাত্রশিংগী অমবা ইবা মরম্মা লোৌপ লোকোই কয়া মাওদবা অমসুং ঈশ্বরদা চঙজবনা মপুং ওই হায়রা য়াই।

"শৈদম শৈরেং" হায়বা লাইরিকসিদগী শৈরেং খরা লৌখৎচরি। ঁহানবদা 'অয়ুক অণ্ডনবা' হায়বা শৈরেং অসিদা অহিবনা অমুন্না কোঙদোক্লি,

ইমুংগী শোরা তৈথরে
পোম্বী চেকলা য়াহৌরে
য়েন লাবা অমোমনা
খোংলকলে কে-ক্রেক কে হাইনা।
(অয়ুক অঙনবা)

শৈরেংসিদা কোওদোকলিবসি য়াম্না ইতিং তিংনা চম্না কোওদোকপা থেংনৈ। নোংঙাল্লকদবগী মওং মতৌ তাকপা, মতমসিগা মরী লৈনবা মহৌশাগী জীব কয়াগী শাক্তং পুম্নমক উৎতুনা অয়ুক অঙনবগী মতৌসিবু শীংথাই। উচেক রায়া অমদি জীবশিংনা খোংলক্লগা নোংঙাললে হায়বা খঙই। মকমসিগী ওইবা তোঙানবা নোং ঙাল্লকপগী মশক অমা তাকই। নোং ঙালবগা করি করি তৌগদগে হায়বনচিংবা শৈরেং অসিদা অমুকসু কোওদোকই,

হে ইচিল ইনাওশা!
হৌগৎলো মতমসিদা
মপুগী কোলোই শোল্লগা
পাইনরো নওগী নওগী মশিন।

'অয়ুক অঙনবা' হায়বা শৈরেংসিদা ঈশ্বরগী কোলোই শোল্লগা মাগী মাগী মথৌ পাংথোকপা চুম্মী হায়বা উৎলি। মীওইবসি তাইবংসিদা লাক্লবনিনা শুদবা নোমদবা য়াদে শুক্রবদি ঐথোয় করম ছিংগনি, শুবা নোম্বা হায়বসি পুন্সিসিগা থাদোক্লবা য়াক্রবনি। মী খুদিংমক ঈশ্বরনা শেম্বিরকপনি. অমসুং মাগী মতিক মগুণ শক শোনসি হায়বম্নিনি। ঈশ্বর নিংবা হায়বসি মীওইবগী অন্না মুংঙাই, অক কত্তা কয়া কাজিনবা লাকশিন্নবা পাম্বৈ অমসুনি। মস্তাংসিদা থবক শুবা স্তারবসু ঈশ্বরবু কাওশুমসি মাগী মকমদা চঙকবা হায়বসি মীওইবগী য়াইকনবনি হায়না তাক্লি।

মথংদা অতেনবা মথলগী শৈরেংদি মরু ওইনা 'খোম্থাং' 'অয়ুক' 'নোকনবা' 'উনা' 'মৈতৈ ঈশৈ' শৈরেংশিংসিনি। শৈরেংশিং অসিদা রাহৈ থরত্মক শীজিন্নদুনা ফোঙদোকনিংবা হায়নিংলিবা কয়াদু মপুং ফানা ফোঙদোকপা থেংনৈ। 'উনা' হায়বা শৈরেংসি তেল্লবসু তেন্না অইবগী রাখল অম্না কুমত্থুনা থম্বদা অমদি মপুং ফানা ফোঙদোকপা হৈবগী মশক অমা উবা ফংই,

তাইবং মিং পেল্লম্বা ইশং শংনা
পামেলগী লৈতেং ওইরম্বা নীংথিবা
হে উনা! পুনসি লোমলমাল্লে,
উফুল্লক্তা তাইবং থোংগাওনরেদো!
('উনা')

মতম অমদা ফজবা কয়াগা লোয়নন্না মীওইবদা কান্নবা পীরম্বা মহাক অদু মতমগী মতুং ইন্না পুন্সি লোমথরে। অরেম্বদা শীজিন্নফম থঙদনা মালেম লৈমায়দা তারে, কাওনথরে মাবু থোইনত্থুম মুংশি হৈতবা মওং কয়া উংলক্রে। অসিগুম্বা কয়া অসি পেনত্রত্থুনা অমুকসু থমোয়দা লৈবা কয়াদু হায়বক্লি,

মকম লেঙত্রিদৈ নপাল কয়িদৈ,
মালেম মুংশা মৈনা চাকলিদৈ,
শাইদাংলম্বা ঙাকলি নহাকী
তৌবিম্মল লমন শিংলরে নেংপনা,

মাগী পুন্সিদা থেংনখিবা অমমি উখিবা মশাদা কাওখিবা কয়াদু উংথোরকই। মতম অমদা পামেল মাগী উথাদা তাইবং মীওইবশিংনা মুংশা মৈশা থাওনখি। মীওইবা থুনাইগীদমক মতেং কয়া পাংখি। অদুবু ওসিদি উনা মাগী মতম লোইরে, লৈমায়দা কেম্রে। কনানসু মাবু মুংশিনা তৌবিদরে মমাঙদা কান্নবা পীরমবদু কাওনথরে, মুংশিনা তৌবিবগী মহৎতা অহোইনত্থুম মীরাইখিরে।

অস্থুম্না মীওইবগী তৌবিমল খণ্ডরবা শেম্বিবকপা মীবু মপাল কইরক্লগা কাওথোরকপা মীওইবগী মীহুংশি পোকত্রবা মশক কয়াহু তশেং-তশেংনা শৈবেং অসিদা উংলি। লনাইগী মীংয়েং চঙনরকপা হুং শক্ত লৈত্রবা কয়াগী শক্তম খঙ্বা ঙমত্রবী মোংলবা সমাজগী মশক অমা হৈশিংনা 'পুথোখকই। 'তেল্লবস্থ তেল্লা য়াহৈগী শাফু' নীংথিনা লৈবা মখলগী শৈরেংনি উনা'। পাবদা চপ চানা খলহনবা ঙম্বা তুংগী মীরোল করাদা জ্ঞান লৌশিং পীনবা লাকনৈ। অইবনা খমোয়দা ফাওখিবা ইহনশিং অহু মমি উংনবা হোৎনবদা 'উনা' না সিথোল শীজিন্নরকই।

অইবগী 'হুমিং থোরকপা' শৈরেংসিদা মীওইবগী চংনবিবা কয়াগী মওং পুশিল্লকতুনা ঈশ্বরদা চঙজবা কয়াস্থ য়াওরি। মীওইবগী পুন্সিসি অরা-হুংঙাই অনীগী খুহুং ইনহুনা চংলি। মহুনা অরা হুংঙাই অনীগী মওংদা খুৎবাক খুৎনমগা চাংদমহুনা অইবনা লৌরি।

মতমহুদা মহাক্না থাজরিবদি ঈশ্বরদা চঙজবা, মহাক্না তাইবং-পানসিবু শেম্বিবা মপুনি। মাগী থৌশিন ইন্না তাইবংপানবা লেংলি পাল্লিবনি হায়বসিনি. অসিগী য়াখল খল্লুবদা মাগী খমোয়দা অঙকপা ফাওরকই ঈশ্বরনা শীল্লিবা কয়া উরগা অস্থুম্না ইথোরকই,

রাহল্লগা অমবু হুংঙাইহল্লি অমবু
থমদে খুৎবাক খুংনম মায়না
সংসারগী হৌনবী খল্লুবদা ঙকই. .
থুরম্বৈ ঈশ্বরবু অসি উরগা
(হুমিং থোরকপা)

"শৈরেংসিদা (কোঙদোক্লিবদি মীওইবসি অরা হুংঙাই ফয়ানা মায়কৈ কয়াদগী কোইশিন্দুনা লৈ। মানা তৌবনা মানা ফংবা ঈশ্বগী শেংলবা রায়েন্দা মানা ঙকই। মীঙ বঁদি চাওথোকপা 'নাপল কাথা য়াদে,

নাপল কারবদি মতুগী চপ চাবা অরাবা নঙই। তস্বা ন্নুস্বা নত্তে চাউথোক্লা হিংবা য়াদে, নত্রবদি অরাযা কুয়া নঙগনি হায়না পন্নি। ঈশ্বরগী খুৎশেমসি খস্বরুরগা মথস্তা ওরূচৈ. উদবা খঙদবা করিগুম্বা থরদি লৈরি। পুন্নমকসি ওন্নবা মাগী থৌশিল্লি হায়দুনা মীওইবা ঐখোয়দা পাউতাক লৌশিং পীনবা লান্নবা শৈরেংনি।

'অয়ুক অঙনবা' শৈরেংদদি অয়ুক্কী ফজবা শক্তম মালেম লৈমগী নীংথিবা কয়া থেংনৈ। পোস্বী চেক্লা কয়াগী মুংশিবা খোজেল মালয়া মুংশিংকি হৈনম-লৈনম কয়াগী শক্তম উন্নি। 'মুমিং খোরকপা' শৈরেংদসু মুমিংকি ফজবা ওাঙ্ানবা সনা মহি চেন্নকপা কয়া থারি। থেংলবা অহীংদা লাইজা লীক্লা কয়াগী তিংথৌ মতোম্দা পকপা কয়াগী নীংথিবা ফজবা কয়া য়াওরি। অতুবু 'অহীং' হায়বা শৈরেংদদি মথক্কী শৈরেং অনীসিদগী তোঙানবা থেন্নবা কয়া উবা ফংই। অহীংগী ওইবা শক্তম কয়া থাতুনা অতিয়াদা থরানমিচাক কয়ানা খোরকপা তোঙানবা অতিয়াগী শক্তম অমদি উচেক রায়া কয়ানা মকোন্দা চঙথিবা পুককি খন্নুনা ফোইচং চংতুনা লাম্হেংনরিবা হিংনবগী লানকমদা; চাক্লিবা কয়াসু অহীংগী মতমদদি উখিদয়ে,

মপান্নী মৈনা চাকলম্মী
মমোম মৈচাক খাংলম্বী
লাইবকথীবি
য়াঙাখ্রে নিত্রাগী তম্পাক্তা

('অহীং')

অস্নুমা মুংখিলগী মতমদা মচাগীদমক হোৎনরম্বা কাংবু কয়া রাবা মথৈ রাক্লরবসু মীৎকুপ অমতং ওইরবসু অহীংগী মতমবু খক খাদোকর্তনা মাগী মশাইগোন্দা পোথানবা ওাক্তনি। অহীংগী মতমদা তৌনিংবা কয়া তৌতুনা লৈনরিবা ওারি। মীপুম খুদিংমক অহীংগী মতমবু খওইজা

অকিবা কয়া পোকনৈ। অতুবু মতাংসিদা অইবনা হায়নিংলিবদি অসুক মুংওাইত্রবা অকি-তুজুং কয়ানা খল্লবা হৈনত্রবা কিরবা অমম্বা মানা য়োংশিল্লবা তাইবংসে মসিবু পামজবা মসিবু ঙাইজবা কয়া অমস্ু লৈতবা নত্তে তাক্লি. অনীগী থেন্নবা মশক অতুবু অইবনা অস্ুয়া থারকই,

লাইনিং চেৎপ্রে কাংবু অমনা
থোকপিখিনু, কোয়ৌহনবা।
নিজয়কলে কাংবু অমনা,
থোকপিরকলো কোয়ৌহনবা।
ওকই লিচৎ সংসারগী
ওকলবা খুজিন্নি মপুগী।

অহীংদা চাকতাম্নিবশিং চিচেক থরদি কোয়ৌহনববু থোরকপা পান্নদে। অহীংদা চাকতাবা জীবদা নত্তনা মীওইরক্তুসু অমম্বা অহীংবু পাম্বা লুনা তৌবা খৌয়াংনা ঙাইজবা অফ-ফত্ত অকি-তুজুংবা কয়া তৌনবা হোৎনবদা অহীংসিবু য়ানা ঙায়নৈ। অয়ানবা পাম্বে অয়োন-অথুপ কয়া শীজিন্নতুনা অমম্বদা মথল মথা কয়াগী থশক পাংথোকই, মথোয়শিংনা অমম্বা অহীংবু পাম্মুনা লৌতুনা লৈতা লাইরা চাকথাওগী-দমক তৌদবা ঙমদবা লৈত্তে অমম্বা অহীংদা।

অতুবু মীওই থরনদি অমম্বা অহীংবু লোইবিতুনা অঙানবা কোয়ৌহনবা মাবুতা ঙাইনরি। অঙানবা মতমদা নোংমগী তৌগদবা মপুগী শিম্বা কয়া কয়ানি। জীব কয়ানা মাবু ঙাইনরি কোয়ৌহনবা মাবু থোরকপা মকম অমদগী মকম অমদা চাকতানবা মচিন্নাক থিজনবা। মীওইবগী লিচৎতা মাগী মাগী কানবা কয়া লৈ হায়বা অনীগী থেন্নবা চাংদম্নতুনা উৎনবা হোৎকনদা শৈরেংসিদা অইবনা ঈশ্বরগী তৌবা ওম্বা কয়ামা মজোম্বা চঙৈ। মাগী থেন্নবা থমলিবা অমম অঙাব থায়রিবা মপুগী থৌশিলবু মহাক্না ওকতবা ওমথিদে।

মথক্তা পনখিকশিংকী থবা খেন্নবা শৈরেং 'কোজেং কোকফাই' সিদা উৎথা ফংই। থবা তোপ তোপ্পা 'কোজেং কোকফাই' শৈরেংগী ইরোল লোইবা মাহৈ পরেং থমসিদা অইকনা হংবা পাম্মী মাহং কয়াদা জীব মতৌদা।

নপাখি মঙ্গো পোরিবা
করি খোঁদোনো তৌরিবা ?
শিঙ্খোং খংনা শিস্থাত্রবদি শিল্লম মখো পোকসি,
তাকে থোরাংবোই নঙদি।
( 'কোজেং কোকফাই' )

শৈরেংসিদা করিগুম্ব মুংগী ওইবা তোঙানবা অর্থ অমা লোৎতুনা কবিগুম্বা থবা ফোঙদোক্লবা হোৎনৈ। মীওইবনা করিগুম্বা থবক অমা তৌবা মতমদা থবকতুগী মাং-তুং য়েংহন্নিংবা, মফম মতম খঙত্রবদি কান্নবা ফংদে খুদোংথিনিংঙাই কয়া ওই হায়বত্তু তাক্লি। অমুকস্তু মীওইবা ঐখোয়দা শিঙ্খোং খঙনা শিস্থাত্রবদি অরাবা কয়া নঙই হায়বত্তু উৎনবা লাকনৈ। ভাব অসি উৎনবা হোৎনবদা কোজেং কোকফাইগী মওং-মতৌ কয়া পুশিল্লকতুনা মীওই কয়াগী মহৎ শিনবা সিঙ্খোল অমা ওইনা পুথোরকই। হৈশিংনা চৎত্রবদি অরাবগী মশক কয়া নঙগনি শুবা মখৈ শুবগা মারগতা তোকপা কান্নদবা অরেম্বা তাবতু শৈরেংসিনা খঙহল্লি। অমত্রোমদা মীওইবা ঐখোয়দা নাকোইননা পাউতাক কয়া পীরি। মীওইবদা পাউতাক লৌশিং জ্ঞান কয়া পীবা অতুগুম্বা মথলগী শৈরেংনি। অইবনা অসিগুম্বা জীব অসিগী মওং মতৌনা তাইবং মীওই দা করিগুম্বা থবা তাকলি হায়না লৌরি।

অতুগা অমুক 'লুপা' কৌবা শৈরেংসিদা লুপাগী অঙকপা তৌবা ওয়া কয়া শিংথাতুনা ইরি। লুংশাগী শারবা মৈশা থাওতুনা অরাবা করিগুম্ব থবুকনা থুংতা শনথোং লাকোয় পামতুনা তোবুকতা কুমতুনা

মী কয়ানা লৌ উরি। মুংশিন্নবা মমা মপা, মচা মশু থাদোক্তুনা অরাপ্পা মফমদা চৎতুনা থবক শুনরি শুক্রবা অঙল মীনা কিনরবা মফমশিং থরাম্নবু পাম্মুদনা অকি-তুজুং মকম কয়াদসু চৎনরি লুপা মাবু ফংনবগীদমক অমুকসু চীং মান্দা লোক-তাইদা কুমছুনা অরাবা কয়া খাণ্ডতুনা হোৎনরি। নোংজু নোংশা খণ্ডদনা লোম্না ললোন পোৎ কয়া পুত্থনা অরোনবা লম্বী অফোঙবা লম্বী কয়াদসু চৎনরি, কনাগীদমক লুপা মাগীদমক মানা ঙমদবা থবক লৈত্তে অইবনা অসুম্না হায়রি,

হে লুপা! নঙদি মপোক অসিমগীদমক্তনি
হিংলিঙৈগী মতমদা লৈমিন্নগদবা ললনি।

( লুপা )

মীওইবনা তাল্লিবা হোৎনব্রিবসি লুপা মাগীদমক্তি মাবু ফংনবগী, অদুবু অমুকসু মানা হায়নিংলিবদি লুপা হায়বসি হৌজিক্কী মতমদা মরু য়াম্না ওই মাবু হিংবা চঙই অদুবু লুপাদি হিংলিঙৈ মতম থন্নাথকতগীনি, অরেম্বনি ঙহাক্কীনি। লুপা-পৈশা মাগীদমক হোৎনরিবা মীনমবা কয়া ঙাঙনরিবা নৎতবা লমচং কয়া চৎনরিবা ময়ামসে পেনজদে, অমুকসু লুপাগী তৌবা ঙম্বা কয়াবু শৈরেং অসিদা উৎলি,

শিরগা লোইনগদবা অমাং অতা লৈত্রবা
লন খিবিক্তগী লেংদবা লনবুনা
হে লুপা! কাউহল্লে মীওইববু নহাক্না
সংসার পুম্বসি লোইনা ঙাওহল্লে নহাক্তনা।

মীওইবনা শিরবা মতমদা লোয়নগদবা অমাং-অতা লৈত্রবা লুপাদগী হেন্না মমল য়াম্নবা পোৎ অদুবুদি খিদরে; মদুবু মহাক্না খিহল্লিংই। লুপাগীদমক মীওইবনা পুমঙাও ঙাওদুনা মুংশি হৈত্রবা লমচং নাইদবা কয়ানা মচা কাওবা কল্লিসু খন্দবমথৈ ইজং সন মান কল্লিসু চিংমদে মাগীদমক তম্নথিবা থবক কয়া তৌই, ইকায় ইকি

থাদোকই মাতবু ফংনবা হোৎনবদা। মীওইবনা শারমচৎ কয়া চৎলকই পৈশাগীদমক, অমরোমদা পৈশা হায়বসি মতমচুগী অওম-অথৌশিং অমসুং নিংথৌগুম্বনি; মথোয়না ওমদবা থবক কৱিম্ন লৈতে।

পৈশাগী লাংদ পুম্নমক কাওথোকপা ওম্বা মথোয়শিংদা মুংঙাইতবা অমা ফোঙদোক্লি। কৱিগুম্বা পোংশক অমদা কা হেন্না অপাম্বা কল্লকপা মীহৌবা য়াম্না হেন্না থমলোইদবন্নি হায়না পাউজেল অমা পীরি। শৈরেংসিদা মীৎকি ওইবা ওহাক্কী ইরাংদা কান্নদবা অরেম্বদা তাওতুনা লৈরোইদবনি, মতম কুইনা লৈহৌগদবা পোং অতু তানগদবনি হায়না ফোঙদোকই।

শৈরেংশিংদগী খেন্নবা ইত্তোপ তোপ্প শৈরেং থরা য়াওরি। বাল্মীকিগী রামায়ন্দা য়ুমকম ওইরগা শাগৎলকপা শৈরেং অনী য়াওরি। অনীচুদি 'সীতা হুখিবদা রামনা তেংথাবা' অমনা 'সীতা হুবদা জটায়ু' নি। শৈরেংসি রামায়ন্দা য়ুমফম ওইতুনা ইরবস্থ নিংখিবা শেম-শাতুনা মফমসিগী লৈহাওদা শাগৎনবা হোৎনরকই। রাহৈ-রাতা অমসুং মওং-মতৌ কয়াস্থ লমদমসিগী মহাও হাপতুনা পুথোরকই, শৈরেং অসিদা রামনা সীতাবু কয়া য়াম্না মুংশিবগে হায়বগী মওং মতৌ কয়া অম্নুম্না ফোঙদোরকই,

মপাং কংতুনা থম্বালশিংনা
লোংখ্রমালে থম্বাল মরক্তা
কুইনা থৌরাংনা ঙাইরবা
থানি নিংনা উমগ্রবরা রাহুনা

('স‍ীতা হুখিবদা রামনা তেংথাবা')

সীতাবু উবা ফংলক্ত্রবদা রামনা লৈরম্লিবা উরিবা পোংশক খুদিংমক তংতনা নীংওমদবা রাহৈনা তেংথারকই। থম্বাল উরবস্থ মফমচুদা মথোয়না লোৎতুনা থমগ্রবলি থল্লকই। কুইনা মতম চুপ্পা রাহুনা থাবু ঙাইরকপদা থঙহৌদনা সীতাবু উরকপদা রাহুনা সীতাবু

খুন্নি খুলদুনা উমথ্রবনি হায়না খল্লি। খাগ্রা সীতাগা মখোয় অনীবু চাংদমলকই; কজবা কয়া শীন্নিনদুনা অমত্তা ওইনা শেমদুনা পুথোরকই,

মুনাপী টব্বিরিনে সীতাদো,
কনানা থদংগুবগে উন্নিদো,
তুম্মিং খা থরানমিচাকনা
মাংহল্লি লাইনা অমম্মদি;
ঐগী পুন্সিংগী অমম্মদি
কোকলরোই সীতা নত্তনদি।

সীতা কায়নবদা রামনা কয়াম তাবগে হায়বত্তু অইকনা মত্তাং চাকা অয়েবি থাকতা পুথংলকতুনা সীতাবু অস্নুকপা উমংগী উরি ওইত্রুবনু রামগী থমোয়দদি অচবা নত্তে সনাসীনি। মাগী থমোয়দদি রাম্না মমল লেবা ওইনা থজখি। অইকনা চাংয়েং কয়া মথং মথং তোন্নকই, অমকবু তুম্মিং, খা, থরানমিচাকশিংনা তাঅহল্লি।

রামগী থমোয়দদা সীতা মহাক নত্তনদি অমম্মা তাখোকপা ওমথে; বায়িত্তনা প্রকৃতিগী কজনা মীংথিবা মাগী মকমদাদ পুরমক অন্নেহনি সীতাবু অরাংবা থাকতা পুথংলকই। রামগী অরাবা তেংথাবদা পোং কয়া পুশিল্লকুনা চাংদমহল্লি। শৈরেংসিদা মীওইবগী ওইবা মীসুংশি কয়া হাপ্লবা হোংনদুনা কাওবা উমগ্রবা থাদোক্রবা য়াদবা থমোয়গী ওইবা সুংশিবা সংসার অমদা তাওদুনা চংহল্লি। শৈরেংসিদা চানবা বাহৈগী মুত্তি কয়া শেমদুনা রামগী অরাবা অমসুং সীতাগী কজববু শং শংনা মীংমাওদা উহনবা হোংনরকই।

মথংদা অইবগী 'খোইহাং' হায়বা শৈরেংসিদা থমোয়গী ওইবা বাহৈ কয়া চাদিনকই,

ঐনা ঈথৈ লাক্রা শক্লিনা
ঐনা কাওগগী খাওরিবা,
('খোইহাং')

শৈরেংসি খোম্লাং হায়না কৌজুরবসু তোঙানবা অর্থ অমা পীনবা হোংনৈ। মসিদা উংজিবদি মতমতুগী মৈতৈগী মশক অমা উৎতুনা অচুম্বা চুমদবা খঙদা, মীনা ত্থোরগা ত্থোবা মতমতুগী মশকতুনি। থবক অমা ত্থোরবা অমসু কৈ ফত্তে খঙদনা হেকতা মতৌ তমগনবগী মশক অমা থেংনৈ।

অমুকসু মহাকা য়ানিংবা য়ানিংদবা করা লৈরবসু খোয়কতুনা অচুম-চুমদা ক্লগংনবা হোংনবগী মহুৎতা তুমিন্না মীবু হুনবুনা মীনা ত্থোবা থবকতা য়া ফাওনবা মহাক্না পামখিদে। মহাকী পুন্সিদা থেংনখিবা মীনা মীবু হুনবা য়েংথিনবা মুংশিনদবা মীওইবগী মিচং মহাক্না য়ানিংখিদে। তুংদা খাঙবনা মুংশিনদবা লোম্না হুজিন্নবা মতমতুগী সমাজগী মমি কয়া তাই। মখোয় মশেন য়ান্নবা য়াগী য়াগী মী শেমজুনা অরানবা পাউ কয়া শন্দোকতুনা মীবু মাঙনবা শিনবা অমদি মীনা ত্থোবা শিংথানবুনা মীবা খাঙনবা কয়াতুনি। অসুম্না 'খোম্লাং' হায়বা শৈরেংসিদা মীওইবগী মুংশিনদবা মহুংগী ওইবা তোঙানবা মশক কয়া পুখোয়কই। শৈরেংসিদা মতৌ তম্বা য়েংথিনবা হুনবা কয়া খ্রাদোকতুনা অফবা লোমদা চঙশিন্নসি হায়বগী অচেৎপা খাকমনি। খুঙ্কপা মী হায়মম্বিদি য়েংথিনবা লৈতবনি য়েংথিনবা থম্বা মহাকতুদি মুশিংবা মত্তে,

খোয়রকই লাও ঐঙা য়ারী থাদি।
খোয়রকই লাও লক মখাংনদ্রি
মশক্তি উদে হে মোকনচাউবা।
হৌনদবন্নি ( মীগী ) মতৌ তমদা নোকপা।

অকংদা অঙাওবা শৈরেং 'কৈরেং চৈনে' হায়বসিদা লৈবাক নিংথৌ অমসুং তাইবং পানবগী মপু অমা ওইনা লৌরিবা শ্রীগোবিন্দজিগী অকুপ্পা চঙনবা অমসুং নুংশোকপগী মমি উবা।

তাইবংপানবগী মপু ৺ শ্রীগোবিন্দজিউগী চরনদা,
মৈতৈ ঐখোয়না নীংজরি।
লৈবাক প্রজাগা লোইননা মৈতৈ নিংথৌরেন য়াইফবনা
পুন্সি তোলোইনা পানবসি
পীনবিয়ু হাইনা খুরমজরিনে ইবুংঙো।

('মৈতৈগী ঈশৈ')

অইবগী মতমদু লৈবাকী মপু ওইবা নিংথৌবু কিনা লুনা চৎচবা ঈশ্বরমকনি খল্লবা মতমনি। লৈবাক নিংথৌগী ফগদবা ওইরবদি মশা ফাওবা কৎথোক্কে খল্লবা মতমনি। লৈবাক প্রজানা য়াইফনবা মৈতৈ নিংথৌরেনবুসু য়াইফনবা লৈবাক মরা তপ্পা পুন্সি মুংশাংনা শাল্লবা ঈশ্বরদা হায়জরি

ঈশ্বরদি তাইবং পানবগী মপুনি মহাক্না মালেমগী লেংলি পাল্লিবা থরায় পাল্লিবা জীব খুদিংমকপু শেম্বীরিবনি। মথোয়গী মথৌ মওম পুন্নমক মহাক্না পীবিরুনা পুন্নমকী অক ফত্ত, অচুম অরান লোয়না খঙই। মফম খুদিং শিনবা থুংনা শন্দোক্লুনা লৈরি। অসিগুম্বা শেম্বিবা ওস্বা মাওহনবা ওস্বা তাইবংপানবগী ইবুংঙো মঙোন্দা অরোইবদা চঙজরি। লৈবাক নিংথৌগী ফনবা খনবগী মশক অমা শৈরেংসিদগী খঙবা ঙম্মী।

'খম্বাল' শৈরেংদা খম্বালগী করবা মশক কয়া থারি। অদুবু খম্বালনা শাংপা কেনবা অসি তাইবংপানবগী ছৌনশানি মীওইবস্মু ওহাকীনি পুন্নমক অরেম্বনি' লৈরাংনা লোইবগুম লোইগনি হায়না শল্লি।

'নোংঙাল্লমদাই শজিক' 'পূর্ণিমাগী থাবল' নচিংবা শৈরেংসিদা মথোয়গী মওং মথৌ পূর্ণিমা থাবলগী পুক্লিং হনা করবা কয়া মথং মথং থারি। 'বসন্ত' শৈরেংদদা বসন্ত ঋতু চঙলকপগী মালেম পুম্বা হৈরাং লৈরাং অনৌবা ময়োল চোংলকপা প্রকৃতিগী করম্বা মোংফা

পূক্কিং হয়রবা উ-রা পুন্নমকসু অনৌবা মরোল চোংলকপা বসন্ত ঋতুনা লাকপদা উচেক রাঁয়া কাওবা হরাওবা গোক্কিমু কয়ান্না ঙংনা ঙংনা পাইবা পোদ্দী কয়ানা লাংতক্কবা উৎলবসু অরোইবদা পূন্নমক অসিগী ওয়া-তৈনবদা করিগুম্বা থরা কোঙদোক্লি,

মহাকী শৈরেং 'কোকিল' অমসুং 'তেনরা' হায়বা শৈরেং অনীসি উচেক ওইনা পুশিল্লবসু কবিগুম্বা থমোয় মুংগী ওইবা রাহৈ কয়া কোঙদোকখি। 'তেনরা' হায়বা শৈরেংসিদা পোন মন্নুংদা ফাজিন্দুনা অহাওবা চিঙাক অরুবা লাইজা কয়া পিথকতুনা পোন মনুংদা ফাজিন পুনশিন্দুনা লৈবগী অরাবা মুংঙাইতবা কয়া কোঙদোকই। মতুগী মতুংতা নীং-তম্না অফা অপুন য়াওদনা পাইনিংবা মথমদা পাইদুনা মপালগী সংসারদা তিন্নিংবা কয়াগী মশক অমা উৎথোরকই। অহাওবা চিঙাক কয়া পিজত্নুনসু পোন মন্নুংদা লৈনিংদবা নীং তম্না লৈবনা থ্বারদগী মুংঙাইবনি হায়বতু তেনরা' শৈরেংদা উৎলি, অমদি নীং তম্না হিংনিংবগী মমি নীংথিনা তাবা শৈরেংনি।

অইবগী 'পোড়রা' শৈরেংসিদা তোল্ল-ভারবা মীওই অমদি জীব ফাওবনা রাঙাঙ ফজবা ঙাঙগদবনি অমদি অথিবা রাহৈ হায়বসি মতুংদসু লমদমনৈ ঙম্লিমথৈ অচুম্বা ফজবা ঙাঙগদবনি, অথিবা রাহৈ তোরনা ঙাঙরবদি করিগুম্বা মীয়াম তিনবা মতমদসু তৌরকই হায়বসিনি।

'লাইরবা' শৈরেংদা শেলনা মাংহল্লম্বা শেলনা মীকাহনতুনা মীঙোন্দা অথিবা রাহৈ কয়া শীজিন্নথিবা মতুঙ্গী কোম্নথংদা অরাবা কয়া লাকই হায়বতু 'লায়রবা' শৈরেংসিদা উবা ফংই। 'মৈচাক' তনা পোকপা শিবা হায়বসি মীওইবগী মহৌশাগী চৎনবিনি থিংবা থাম্বা য়ারোই, হিদাক অমত্তনসু কামরোই তৌরিবা পুম্বা ঈশ্বরগী ময়ানি হায়বা কোঙদোক্লি। অরাবা কয়া থাঙবা ঙম্মবা মসিবু ঈশ্বরগী থৌশিল্লি হায়না মঙোন্দা শিন্নখোকই।

'মণ্ডম' হায়বা শৈরেংদা মণ্ডমসু কনামসু থিংবা উমদবা অমদি লাইরা ইনাকখুনবা থায়দনা চপ মান্নবা ৱেংবা মীওয়েং কল্লাহুনি ৷ 'নোকনবা' দনা মীমা নোক্লবত্তু পুন্নমক থন্নুদনা ভোগদবা থবকপু তানবা হোৎনবহুনা অফবনি মীনা হায়বা কল্লা তাদনা ঐনা তৌরিবহুন্না মায় পাক্লবা হোৎনগদবনি হায়বসিনি। 'মরুপকীদমক তেংথাবা' শৈরেং সদা মাগী মুংশিজবা মরুপ অমা লৈখিদবগী থমোয় শোক্লা নীংঙমদনা কায়নখিবগী অল্লাবা কল্লাহু কোওদোকই য়াম্না চম্বা মথলগী শৈরেংনি।

"শৈদম শৈরেং" মথল মখা কল্লাগী কান্নবা পীবা ওম্বা শৈরেংনি হায়বা য়াই। শৈরেংগী অহানবা মণ্ডণ অমদি মুংঙাইহনবা, অপাবশিংদা সুর, ছন্দ অমসুং লোনগী মতেৎনা পুক্নিং শুমহৎনবা হায়বসিনি। হিজম ইরাবতকী শৈরেং পুন্নমক ভাব, ব্রাখল য়াওই, কান্নবা য়া, মীওইবগী পুন্সিদা মরী লৈনবা য়াকম কয়া শৈরেং থুদিংদা অথোই-অহেন নাইনা য়াওরি। অহুবু অসিগুম্বা পাউতাক য়াওবা অয়াংবা য়াথলশিং অসি মহাক্না কবিগী ওইবা য়াহে-য়াতা শীজিন্নদুনা শৈরেংগী হকচাং ওইরিবা ছন্দ অমসুং তালগী মতেৎনা কজনা কোওদোরকই। অহুনা শৈরেংশিং অসিনা অপাবশিংগী পুক্নিং কাজিনবা ওন্মী।

হিজম ইরাবতকী "ইমাগী পুজা" খৃষ্ট-কুম ১৯৪২-৪০ দা মণিপুরগী য়্যাংমা শ্রীহট্ট জেলদা ইপ্রবসু মশা লৈত্রবা মতুং চহী কয়া কান্নরগা অহানবা কোওবদি ডিসেম্বর ১৯৮৭ তা কোওই। কবিরত্ন হায়বা মিংথোল পিহুনা ইকায় খুম্নবা উৎপ্রবা কবি অমনি। "ইমাগী পুজা" হায়বা লাইরিকসিদা শৈরেং ৪৯ থক য়াওরি। অহানবগী "ইমাগী পুজা" হায়না মীংথোনবা শৈরেং অমগি মমিংনা লাইরিকসিগী মীংথোননি। লাইরিকসিদগী শৈরেং খরা লৌখৎচরি।

অহানবা শৈরেংদা অইবনা মমা লৈবাকপু মুংশিজবা মতৌষা চঙজবা মমা লৈবাকপু সেবা তৌজনিংবা কয়া কোওদোক্লি। শৈরেংসিদা

হৈশিংনা বাখল লৌশিং জ্ঞান কয়া পীজিরহনা অসুং তম্বাংনা থমদে, ঈরোং কয়া কাংনা চংহল্লি। শৈরেংশিদা অমুমা কোঙবোল্লি,

চিল্লবা অহৌংগী
থেংনবা ত্তাংদৌগী
ইংলবা থাবলগী
মিন্নবা খোজেল্লা
'ইমা' কৌরিবা
কনানো ?
('ইমাগী পূজা')

অইখনা থাজদনা খোজেন অমা তারকই ; ইমা কৌবা অমথক ফোঙনা কৌজখদি শুমদা অচীকপা অথেংবা মতমদা মুংশিবা খোজেল্লা থমোয় শোক্লা কৌরি। থল্লকই মহাক্তা নত্তনা মীওই কয়াসু মমাবু চুংশিজবা মহাকপু থিজবা কয়াসু লৈরি হায়বা। মহাকপু অথেংবা অহৌংদা মমা লৈবাক্তীদমক খন্দুনা চাবা-তুম্বা থঙদনা লৈরি। থঙ-নিংজুই মহাকসু মমা লৈবাক্তীদমক থল্লিবা মখোয়রন্থবু হংলি, থমোয়দা কনায়নো হায়না। অমুকসু অসুমা পাউদমলকই,

থমোই লাইহুমদা
কোক্তবা মচুনা
য়েকচহৌরে খঙম ক্ষেনা
য়েংবগী পেন্নবা
'ইমা'– কৌরিবা
চেংজোনো।

অরোইবদা মমা লৈবাকপু হুংশিবা মমা কৌরিবা মীশকতু থমোয়না কাবদা অশিরে। মমা উল্লোয়বগী চৈনা থাজলিবা মমা কৌরিবা মীশকতু রাখী থমোয়বা য়েংবগী শকঙমতু কাওনবা হোংকল্লই।

মমা লৈবাক্কী থজিবা হোৎনরিবা পুম্নমক য়াম্না মুংশিবা মীৎয়েংদা য়েংতুনা মখোয়বু লুনা চান্না খল্লি। মতম পুম্নমক্তা কাউবা ঙমখিদে।

'জেল' হায়বা শৈরেংসিদা মহাক্কী পুন্সিদা থেংনখিবা জেলগী তশেং-তশেংবা মওং-মতৌ কয়া য়াম্না মরীক চুম্না খারি। মশামক জেলগী তাইবং, জেলগী মশক মচু কীংখিনা থঙলবা হকথেংনবক্লবা অইবনি। হকথেংননা লৈরক্লবা জেলগী পুন্সি করিনো থঙলবা জেলগী ওইবা শক্তম কয়া নহৌনা য়েংলকপদা মরীক চুম্মী,

> বাংইদা চেকপনসিদি
> ঙকলিহুম নাই।
> মতোম্দা ইঙৌ ঙৌরিবসে
> মিংশেল মচেৎনি।
> ('জেল')

খুদোং হেন্না খিবতুগী অমুক্তা হেন্না খিবা ঙমখিবা কয়াগী মশকনি। পুন্সিদা অমগী মথৎদা অমা, অমগী মথৎদা অমা, হেন্না রাখিশা কয়া উৎলহুনা জেলগী মওং মতৌ কয়া থারকই। মশানা উরকপা অউবা কয়া ইশেং শেংবা কয়াহু হায়দোক্লকই, রাংলবা চেকপলতুগী মথক্তা অমুক মুংশেল মচেৎ কয়া কয়া য়াম্না ঙমখিবা চেকশিনবা মীয়ুংশি য়াওব্রবা কয়াহু উৎলি। শৈরেংসিদা য়াম্না রিয়েলিষ্টিক ওইনা ফোঙ-দোরকই। অমুকসু জেল মযুংগী ঙৌরিবা মওং কয়া পাউদম্লকই,

> থং থং ঙারিবা মখোনসি
> খোংজাও থিংবনি
> ইন্সপেক্সন তৌবা পুংকমগী
> অফিসার চত্তবনি।

জেলগী মীয়ুংশি খ্বায়দগী লৈত্রিবা খোঙজাও অমদি মতুংদা য়েং-লিরিবা মীওইশিংহুনি। অচুবা কয়াহুগী শার্ট মরীক চুম্না তশী।

সিপাহিগী মওং মতৌ কয়া ভাকই সজিনরী মতোম লংলবা অদুবু ছুমিংনা য়েংবদা অরংবা কয়াবু মতাং চানা পাম্লি।

অমুকসু জেল মনুংদা লৈবিবা মীওইশিংগী অরাবগী মশক হায়নিংঙাই লৈতনা মখল কয়াগী মীওং মীনৈ, মীওইবগী পুন্সি অর্থ য়াওদবগুম থম্মী অদুবু পুন্নমক হায়নিংবা তমনিংবা কয়া অরেম্বদা মাংই। মখোয়গী ফিবম ফত্তে, নীংথিনা য়েংশিনবিদে অরাংপগী অরাংপা ঙাকত্তা কনানসু থওইবিদে, মখোয়গী রা থল্লবিদে। হায়রক্তে লাওরক্তে অরাবা ফনা হায়রক্লনসু অঙম অথৌ কনাসু তাবিদে।

মখোয়গী পুন্সি মখোয়গী ফিবম হায়না হায়রগদবনি। অসিগুম্বা জেল মনুংগী অরা-অনা কয়া মখোয়না তৌরিবা কয়াচু নীংথিজনা ফোঙদোকপা ঙম্বা শৈরেংনি। থমোয়গী ওইবা জেল মনুংগী ওইরিবা মওং মতৌ মরীক চুম্না তমগ্লনা হায়রকই,

ফাদোক্লা কনা লাওজে;
ঙাবিনবা কনা লৈতে।
মনুংগী রা মপান য়োমে
সিপাহী ছত্রিদগী হেন্দে।

'মিনা কুপ্পদা' শৈরেংসিদা য়াম্না নুংশিবা থমোয়গী ওইবা করিগুম্বা ইহুন অমা পিল্লবা মশক অমা ফোঙদোক্লি,

লেংলগেরনে!
অসুক কুইবা
ঈশিং মনুংদা লৈতুম হন্থবগুম,
উসিদা কোং লাওনা,
লেংলগেরনে?
('মিংনা কুপ্পদা')

কনাগুম্বা অমগী অম্না নুংঙাই থমোয় লোকপা কুয়া ফোঙদোকচবনি। ঙসি হয়েং থওজবা নুংশিনা অমগী য়োলন লাকনি হয়েং

লৈরকশি থগৎলবা করিগুম্বা মতমদসু মরম অপাউ অমত্তা তাখিদে। করিগুম্বা মতমচুসু লৈরকতা নুংকপা ঈশৈবশী মমম থগৎলবা পুন্সি কয়া লুপ্লোনা চাকরুককপনি। থমোয়গী ওইবা ভাংনা কংবা মতমদু নীংঙম-লবা করা লোকলোম্নি, অনুকম্পা ক্রমাগত হায়রে,

থরক্সিং

লেংখৎলা ঐদা খুইগদবা
খুমোয়দা চাকহৌগদবা।
লেংলগেরনে— নত্তেদা
লেংশিনখো।

মহাক্না ভুংলা ওইশদবা খেংনগদবা মৈচাক কয়াছুনি, ইকায় খুংশি য়াম্না থমোয়গী অরোইবা শাফুপা লোয়ননা লেংশিনখো হায়জবকই। মতমনা য়াদনা লাপনথ্রবা থমোয় অনীগী পুন্সিগী নিংতাইনি, নিংঙমদবা কয়ানি। খুংশি খুংশিনা মনাক চঙখিন্না মৈথদি য়াদবা করিগুম্বা অপুনবা লেঙফত্রবা পংথৈ অমনা থাজিন্দুনা থম্বা মতমনি। হীরম খুদিংদা চঙশিন্নবা হৌরবা ঈহৌ কয়া শাগৎপা হৌরবা মতমনি। ওহাক লৈতনা মীয়ামগী থবকতা চেনবা অমদি পুন্সিদা চয়াংনবা লুববা তানকম কয়াগী মমি তাবা শৈরেংনি। মাগী মওং-মতৌদা কনাগুম্বা অমা নিংঙমদনা হায়জবা কয়াছু কোকদোখকই। য়াম্না সেন্টিমেল ওইবা অমদি রোমান্তিক ওইবা শৈরেংনি।

মথংদা অইবগী 'মখোইসিনি' হায়বা শৈরেংসিদা য়ানা থবক ওয়রিবা কয়াগী মওং মতৌ কয়া উৎলকই। ওমা ওনা হেনন্দুম শোক-চিন্নবা নোংমগী খুৎওমল থরত্তা ওইরবসু কংনবা হোৎনরিবা মখোয়গী ওইরিবা ফিবম কয়া ময়েক শেংনা পারিবশিংগী মীৎমাঙদা উহল্লকই, থম্মোয় শোক্না পাউ তম্লকই,

অমুকী মুশিং অমা উবদগী
তারমদাইগী [illegible] উবা [illegible]
[illegible] [illegible] [illegible] লেপনি,

অভিরাগী শঙাংবনা য়াওরকপদা
মথুংনা লাইবক্তগী হুমাং তৈথোকনি।
('মখোংসিনি')

হৌজিক্কী মতমদা অকনবনা অশোনববু তুহংপিবা থবক শুরিবা মীওইশিংবু থওইনা তৌবিদবা মখোয়বু মী ওইনা থনবিরমদে। ভুমিং অমা উবদগী মুমিং অমা তাবা কাওবা লেপতে মখোয়গী থবক অহুবু শুনা-শুনা ওহাকতং কাওবা পোখদনা হোৎনৈ, অহুবু মখোয়গী ফিবমদি ফগৎপা লৈতে। মখোয়গী পুন্সি মতম অয়াম্বদা থবক শুনা লাক্লি। অইবনা থবক শুরিবা কয়ানা খেনরিবা অরা অনা কয়া উৎথোরকতুনা মখোয়গী ফিবমবু ময়েক শেংনা হায়রকই,

মুংশানা অমুক ইরুজগনি
নেংংদা অমুক হুমাং শানগনি।
তিক্কা কাকফৈনা য়াওরগনি।
তুমিং কাংনা শাগোম্নগনি।

ফিবম কত্রবা লৌমী কয়াগী ফিবমবু ময়েক শেংনা খঙহল্লকই, মীয়াম পুম্বদা মুংশা শায়, নোং তায়, অরাবা কল্লা খাওতুনা লৌমী কয়া থবক শুই। নোংশা শায়, নোং তায় হায়তুনা লেপ্পা লৈতে অফ-ফংবা খঙদা অরাবা খঙদনা শুরি। অরা-অনাতনা মখোয়গী শরুক ওইগনি। থবক কল্লা শুবগী হুমাংতনা মশা পুম্বা ইরুজখঙুম পুংলুপ লুপকনি। হেন্না তমথিবা শুবা নোমবা অমরোমদা ওংপা দগি পানবগী মশকনি মখোয়গী পুন্সিদি।

নোংজুদগী ঙাকথোকচনবা লৈতবনা অমুক চোংকনি। লৈতখনা ফত্তবা অমোংপা মুংঙাইতবা মখোয়গী শরুক ওইগনি। কল্লা শুরকপগী মুংঙাইবগী মহুংতা মবুক শিংপদনা মখোয়গী শরুকনি ফি খুংত্রবা মখোয়গী হুকচাংনি। লমদমলিদা থবক শুরিবা নোমলিবা কয়াবু থওইনা তৌবিদবা শুদবা-মোমদবনা হেন্না হেন্না মপাল কারকপা তায়োনবা কয়াগী মশক অমা উৎলি।

'শিলং' কৌবা শৈরেংদদি মুপীগী অন্না-মুংঙাই চৎনরিবা কয়া মশক খঙনা ইথোরকই। মুপীগী অন্না-মুংঙাই মশক মুন্না খঙবা মতমতুগী মুপীশিংগী ফিবম কয়া ফগৎনবা হোৎনবগী অমসুনি। মুপাগা মুপীগা খেন্নরিবা নীংথি মুংঙাইনা তৌবিত্রবা কয়াদু শেংনা ফোঙদোরকপনি। মুপীগী অন্নাবা মশক কয়া অসুন্না থারকই,

মুপীবু থম্লিগদ্রা পোনগী উচেক্কুম ইমুংতদা ?
চাক লুখাক থরদংতা চারগা
মীনাইগুম্না থবক পুন্নমক তৌরিগদ্রা ?
খজিক্কুং শোয়বদা মীচৈ তাদুনা থাংলিগদ্রা ?
( 'শিলং' )

মহাক্না মমা লমদম থাদোক্তুনা অতোপ্পা মফমদা চৎলবসু কাওবা ওমথিদে মরমদমগী মুপীশিংবুদি। মথোয়গী ফিবম ফরিগদবা ফরম্লোইদ্রা তোয়না হংলি। মতমতুগী মুপীবু ইমুংদগী হেন্দোকহন্দবা মথোয়গী হিংবগী পুন্সি থুদোংথিবা কয়ানা থল্লম্মী। মতমতুদা অথিংবা কয়ানা ফোইশিন্দুনা থমতুনা মুপানা হায়বিমথৈ তৌগদবনি হায়বগী মওংদা য়াথং ঙায়তুনা হিংলম্মী। চাবা শেংপা তুম্বা মতম নাইদে, মীচৈ কয়া তৎতনা তাগনি। মুপাগী মথা পোম্না অরাবা কয়া থাঙতুনা লৈগনি।

অমুকসু মুপানা ল,ইবক ফরিঙৈ শেল থোক্লিঙৈ মথোয়বু থৌশাবিদে, মথোয়বু য়েংবিদে। অইবনা মুপাশিংগী তৌশিন্নবা তাং কয়াদা করম্নবু থাঙলিবা হংলি, মুপাশিংনা মথোয়গী মুংঙাইরগা লোইরে থল্লি। মুপীবু থায়ননিংবা মতমদা থায়ননি লৌনিংবা মতমদা লৌই। লমদমসিদা মীওইবগী ফনবা হায়তুনা মথল কয়াগী চৎনপথাপ রায়েন কয়াদি শেম্লি পুথোরকই। মীহাৎ-মীপুন হুরান চিংথি কয়াগী রায়েনশঙ মথোয়বু থিংনবা অমদি মথল কয়াগী দণ্ডি পীনবা লৈরি।

চাওখৎলে মতমগী আইন কয়া শেমদুনা লৈরি। অদুবু মুপানা খওইদ্রবা মুপীবু খান্নবা মতমদা মপামদা হনবা য়ারোই হায়বা আইন লৈরমগদরা হংজৈ। মহাক্না কোণ্ডদোক্নি চাওখৎলে হৌরম খুদিংমক্তা অদুবু মুপীগী ফিবমদি মতমদুদা খোইনা ফংত্রি তাকলি।

মুপানা থাও পল্লিঙৈ হন্না স্নেংদবা
কোল্লগা লুনা তৌসিন্নদুনা লৈরিত্রা ?
মুপাগী ওৎপা নৈবা খাংনবা
মপাম চংপদা আইম্না ফারিগত্রা ?

মমা লৈবাকপু মুংশিজবা অইবনি, মমা লৈবাক্কীদমক অরাবা কয়া খাওদুনা মীরমগী জেলদা কয়ারক লৈদুনা মহাকপু মফমসিদা চঙবা য়াদে হায়না থিংদুনা অরাবা মুংঙাইতবা চৈথেং কয়া ফংখি। অদুবু অরাপ্পা মফম কয়াদা লৈদুনমু মমা লৈবাকপু উজবা ফংত্রবমু পাউ কয়াদি ভৎতনা তানিংখি। মহাক্কী শৈরেং 'উচেকমক্তা ওইরম্লবমু' হায়বসিদা অসুম্না পল্লি,

চহী ফনা কায়নরবা,
খাবুম কয়া পাউ ফংত্রবা
ঐগী মুংশিরবী মাতৃভূমি;
ঐগী মুংশিরবা দেশবসী
কনাদনো হংগদবা ?
কনাদগীনো তাগদবা ?
( উচেকমক্তা ওইরম্লবমু' )

মুম্রিং থা চহী কয়া উত্রবা মাগী মুংশিরবা মমা লৈবাক মরমদদগী মীশিংনি। লাপ্পরবমু মুংশিদবা খনদবদি ভমখিদে মহাক্না। অদুক কুইনা লৈরবমু মমা লৈবাক্কী পাউ কনাদমু হঙনিংঙাই লৈত্তে, কনামু মাগী মনাক্তা লৈবা উখিদে। তানিংলি খঙনিংই মাগী

মরমমমগী অরা মুংঙাই রারী কয়াদি থমোয় শোক্না থাওজখি। মমা লৈবাক্কীদমক্তা ওইরবদি মহাক্না কন্নিমত্তা পাম্মুবা লৈতে হায়না টংলকই,

গ্যাস বমগী মৈথুনা পুরক্রকস্সু
এগী দেশবাসীগী বার্তা। অহু.
চিংশিনগনি চিংনবা লৈতনা
মুংশিরবা হৈনয় লৈনমগুম্না।
কনাদনো হংগদবা ?
কনাদগীনো তাগদবা ?

মমা লৈবাক্কীনি হায়রবদি থরায় কাওবা থাদোকপা পামমুদনা তমথিরবা মীবু মাংহন্নবগী মশক ওইরবা গ্যাস বমগী মৈথু কাওবা তরায়া তৌবা ওদ্মী ! মমা লৈপাক্কীনি হায়রবা মুংশিরবা মবমদমগী পাউ তাগনি থল্লবা মানা ওক্লোইদবা থবক অমত্তা লৈখিদে খুদক্তা শিবা কাওবা ওমগনি মানা চিংনবা লৈখিদে। অরা মুংঙাইগী পাউ তানিংবা তাবা কংব্রবা নালথোকপস্সু ওমদরবা কোয়ত্তাওনা মায়কৈ য়েংছনা লেনখি। শৈরেংস্সিদা মমা লৈবাকপু কাওবা ওমদবা অওকপা কংনা মুংশিজবা কোওদোকপনি।

মথংদা 'ঠিকনা' হায়রবা শৈবেংস্সিদা থমোয়গী ওইবা রা কয়া তশেং-তশেংনা ময়েক শেংনা পাউ তম্লকই,

য়েংতা য়েংই হাংই,
ওইদা কংই হাংই,
নিংমাও পুমহাং হাংই,
কনাদনো ইংগদবা ?

('ঠিকানা')

শৈরেং মতৈক অসিদা অইবনা মাগী পুন্সিদা থোক্লিবা কয়া মরীকচুন্না পাউ ওমথোরকই। মাগী পুন্সিদা থাইতোম তারকপা

পুন্সিগী মুংঙাইত্রবা মশক কয়াথুনি। অরাপ্পা মফম কয়াদা চংলবসু মাগীদি পুম্নমক অয়েম্বনি. পুম্নমক পুমহাংনি। মাগীদি মচা-মশু, মরী মত্তা কনামত্তা লৈতবা কয়াথুনি। হায়নিংই ভন্নিংই কনাদনো ছায়গদবা হায়ফম খঙদে, মাগী কনা লৈতবগী মওং কয়া শৈরেংসিদা উবা ফংই। অমুকসু কনা লৈতবা কয়াথু থমোয় শেংনা ফোঙদোরকই,

মীদি পংই ইনৈ,
দাগঘরদা পংথা থানৈ
মাগী মীদা পংপি পিনৈ।
কনাদনো ইগদবা?

সংসারদা মচা-মশু মুংশিবগী মতৌ কয়া উরি খেংনরি, অল্লা মুংঙাই মারী কয়া শাররি। অরাপ্পা মফম কয়াদা লৈপ্রবসু ঈ-পাউ কয়া লেপ্তুনা থানবি; হরাও তয়াম কয়া ফোঙদোক্নি। পুম্নমকশিংসি উরি তাইবংদা ভৌরিবা ময়ামসি অইবদি কনাদা ইরুগনি, পিরুগদ্রি পিফম লৈতে; পুম্নমক মাগীদি অরেম্বনি পুম্নমক পুমহাংনি কনাসু লৈতে। লৈরু লৈরুবা থুংলু-থুংলুবা মফমথুনা মাগীদি য়ুম ওইরবা অইবনি, মাগী মফম খঙত্রবা অকরুবা ভং তাবা লৈফম লৈত্রবা কয়াশিংথু উবা ফংই। মাগী পুন্সিদা য়াম্না নীংঙমদবা মপাং মাওরকত্রবা নাইতোম তারকপা থমোয় শোক্লবা পুন্সি কয়াগী মশকতুনি।

অইবনা 'টেলিগ্রাম' হায়বা শৈরেংসিদা ভশেংবা খেংনরিবা থমোয়গী রা কয়া ফোঙদোরকই,

পিল্লবা চেক্লা অমা
মিহুত্তা পাইশিল্লভুনা
ভোংলরি টেবিল মথক্তা
পুমঙাং ঙাংলে ঈনা
শিকারিগী গুলিনা পাল্লত্রা?
('টেলিগ্রাম')

অইবনা পিল্লবা চেক্লা অসিবু করিগুম্বা থরা ফোঙদোক্তুনা সিমবোল ওইনা হৈ শিংনা শীজিন্নত্নুনা পুথোকতুনা থম্মী। মতমতুগী খুদোংথিরবা অরাবা নংলবা শোক্ল পল্লবা মশাদা মতমতুদা মাগী ওহাক্কী উপাই থিত্নুনা চঙল্লকই য়ুম অমগী মনুংদা।

তমথিল্লবা নোংমৈ গুলিনা শোক্লবা অতুগুম্বা ফাজিন পুনশিন্দুনা মীওইবগী নীং তম্বা মুংঙাইবা কয়া থমদনা ফাজিন্দুনা থমলি, নীংবা থুংদবা পেনদবা কয়াগা লোয়ননা। অতুবু লৈবাকত্তা খুংতুম্মা গুরি মিংকী পি ভারতুনা অমুকতদি হায়না খুংতুম শিংলি অতুগা হায়রক্লি কবিনা,

লুহোংবগী বর কন্যা
শিন্বরকপা পি মতুম্মা
ভারি অতৎপা লৈতনা।

অমুকসু অইবনা মীওইবগী চংনরিবা হিংলিবা সমাজ মুপা মুপা অনী থাদোক্লবা য়াত্রবা মরী কয়া মথোয়গী মওং-মতৌ কয়াদা অমুকসু হায়রক্লি,

লুহোংবগী বর কন্যা
খোইরুম মোমোন ভৌতুনা
মুংশি ঈপাক্তা তাওরে
মুংঙাইবা অহীং লেল্লি
ঈনা লৌখোং চেনবা
মীশানা লৈখোম থোকপা।

অমাবগী মরকত্তা মীওইবগী হৌনশা চংথরক্লিবা চংনবি কয়াগী মরকতা মুংঙাইবগী ঈপাকতা তাওরি। বর কন্যা অমদি মথল কয়াগী লমদমসিদা হরাও কুমহৈ কয়া লৈরি। য়াওরি লাংলি শিগনি থনদা হিংলি মুংঙাই ঈপাক্তা তাওরি কোইরি চৎলি। মকম কয়া কয়া

শাগৎলি মুংঙাইবা সংসার ইনথৎলক্লিবা মীওই কয়া মথোয়দা অরাবগী মকম লৈতে মুংঙাইবা ঙাকতনি নোংমা নোংমগী শোকচল্লক্লিবা তাইবংসিদা।

অদুবু লমদমসিদি অরাবগী পংথৈ লোময়লে হীরম খুদিংদা শ্রেংনিংঙাই চানিংঙাই লৈরকতবা অণ্ডম্বা কয়াগী মথল কয়াগী আইন, ইয়াং নমথনবা হোৎনবদা তমথিরবা মথল কয়াগী চৈরাক পিব্রিবা মীশি মীনা কয়ানা ঈনা লৌথোং ওইনা চেল্লবা লমদমনি অদুনা ইরাবতনা অসুম্না হায়রক্লি অনীগী মুরুবা কয়াত্তুদা,

লাঙ্গাও কয়া থেংনব্রি
অণ্ডম ঙমদা লেপ্পব্রি।

অমুকসু অইবনা টেলিগ্রাম হায়বা শৈরেংসিদা নীংঙমদবা রাহৈ কয়া পুশিল্লকতুনা থম্মী, অমদি ফজবা রাহৈ রাতা কয়াসু শৈরেংগী মওা–মতৌ কায়হন্দনা হায়নিংলিবা রাকম অদু মরীক চুম্না হায়নবা হোৎরকই,

সংসার লৈকোনমুংদা
নীংথিবা মপা লৈতনা
ঙরাং শাৎলম্বা লৈরাং
ফজনা পাল্লম্বা হৈরাং
অতিয়া তিনথি
কয়া অমা পোয়কলি।

অইবনা শৈরেং অসিদা অরুবা মুংগী ওইবা কয়া পুশিল্লকতুনা থম্লবা লাকনৈ। তাইবং সংসারসিদা কনানা লাইরবা কনানা মুংঙাইবা মীওই কয়া কয়া লৈরি। ঙসিগী নীংথিরবা মপুগী তাইবংসিদা মুংঙাই য়াইকবা থুকন পাঙলবা তৌবা ঙম্বা কনথোরবা মীওই কয়া কয়া লৈথি। অমদি ফজবদা মপা লৈতবা মীকু শুমহৎপা ঙম্বা মীওই কয়া লৈথি। হায়রিবসি মতম থরতগীনি কয়িমংঙা কায়রমত্রবা,

কন-থোবা শক ফজবা পূম্বা নোংমদি ভাইবংসিংগী চংথিনি। মৈ থাদোকত্তুনা মৈথুনা অভিয়াদা তিনখিনি. হায়না অইবনা থমোয় শোক্লা ফোঙদোকলি, অদুবু ভাইবংগী হৌনশা শিবা পোকপা মাইবসিদা কয়া অমসু পোক্লকখিনি হায়না অইবনা ফোঙদোকলি।

মহাক্কী শৈরেং খরা মরুওইনা 'অত্তুম অত্তুম' 'নাংসীগী ফিরাব' অমসুং 'মং অমা' হায়বসিদা মতমত্তুগী অকি তুজুংবা লানগী ওইবা মশক কয়া নীংথিজনা ফোঙদোকপা থেংনৈ। লানগী মশক কয়া এরোপ্লেন সাইরেন মখোল এন্টি এয়াক্রাপ, বোম তোপ শীজিন্নবগী মওং-মতৌ সঙ্গিনগী লংলবা মতোন নোংমৈ মখোল তাবা বোম থাদবনচিংবা কয়া মমিংমক্লা উৎিবা কয়া শৈরেংশিংসিদা পল্লম্বা থেংনৈ। মীওই কয়ানা শিঙমদনা শিবা মীশি মীনা লানগী অরাবা তমথিবা চৈথেং কয়া উংলি! লানগী ফলনা মমৈদা পীংবা মীওইবগী ঈনা ঈখেং তারিবা মচা মপুরোইবা কংয়াগী অরাবা থমোয় শোক্লবা কয়া. কাংখোঙ চায়রবা পুন্সিগী মশক অমসুং ফিবমবু ময়েক শেংনা শাগৎতুনা পুখোরকই।

'শরৎ' 'কোকিল' অমসুং 'থাবল্লৈ' শৈরেংসিদা মহৌশাগী ওইবা মশক বসন্ত ঋতুগী ফজবা কয়া পাউ তম্লকই। মখোয়গী ফজবা কয়া থমোয় শুঙ্কংপা ওম্বা প্রকৃতিবু শৈথাবদা অইবগী পিথোরকপা তোপ-তোপ্পা মশাগী ওইবা মশক অমা উবা ফংই।

মসিদা নত্তনা অইবগী 'মিংনা কুপ্পদা' 'মদনগী লাঙং' 'শক খঙনবা' হায়বা শৈরেংশিংদা অরাংবা থাক্কী মুংশিবা অমা মাঙদা থম্নবা হোংনৈ। 'মিংনা কুপ্পদা' হায়ফম তমফম থঙদবা তাংনা ফংবা থমোয় অমগী নিংঙায় অমদি ওইনজবা কয়া তপ্লক ঈপোম কাংথোরকই। 'মদনগী লাঙংদা' বঙ্কিমচন্দ্রগী "কৃষ্ণ-কান্তগী উইল"দা মুক্ষম ওইবা শৈরেংনি। মসিবু অইবগী কল্পনাগী শক্তিনা ছপচিন্দুনা য়াম্না হৈশিংনা মুংশিবগী লম্বীদা রোহিনীগী অরা-ভেংথা কয়াগুবু মথং মনাও নাইনা ফোঙদোকপা ওম্বত্তুনি ফজরিবা।

'শক খঙনবা' শৈরেংদনা মফমসিগী মোইরাং কংলৈরোনগী ভাংনা কঙবা খম্বা-থোইবী অনৌগী খমোয়গী ওইবা সুংশি ইহুন কয়া পুশিল্লকুনা খয়বা লাকনৈ। মৈতৈগী ওইবা শৈহেক শৈদা লোন্দা পুদা মপা চাবা রাহে কয়া হাপচিন্দুনা নীংখিনা শেম্বদা মখোয়বু শৈখাবদা নীংথিনা মায় পায়বা শৈরেং অমনি।

'ডিখৌগী তোর্বানা' 'কহিমা লম্বাদা' শৈরেংশিংদা মৈতৈ নিংথৌশিংগী মতম অহুগী তৌবা ওবা শক্তি অকন অথৌশিংগী মশক কয়া য়াওবা শৈরেংনি।

'কারখানা' শৈরেংদনা খবক শুরিবা শিনমী কয়াগী অরাবগী মশক পাক শন্না রেংলকই।" মখোয়বু খওইদবা রাবনা মশরুক ওইরবা চাদবনা হকচাং কয়াং শোকচিল্লবা ফিবম শোল্লবা কয়াগী মশক কয়া উৎলি।

'মৈতৈ লৈমা' সিদবা অইবনা ইন্নমদমদগী হেন্দোকুনা মপান লমদা চৎতুনা হেন্না জ্ঞান লৌশিং ফংনবা হোৎনহননিংবগী মশক অমা উবা ফংই। মখোয়বু মফমসিদা কোনশিন্দুনা খমহন্নিংবগী মওং অমা থেংনৈ লমদমসিগী মীওই 'কন্নাসু মপাল লম কয়াদা চৎতুনা হেন্না ফবা খবক অমদি জ্ঞান-লৌশিং তানহন্নিবংগী মৎংতুনি।

'ডিসেম্বর ১২' শৈরেংসিদি খৃষ্ট কুম ১৯৩৯গী মতমদা মণিপুরদা চেং তাংবগী অরাবা কয়া লমদমসিগী প্রজাশিংনা নওখিবা মসিদগী সুপী লান থোকখিবা মরমদা পল্লি। মতমতুগী সুপীশিংগী মশক থোনা লিংজেল কয়া উবা অমদি মতহুগী সমাজগী মমি তাবা শৈরেংনি।

'সন্ধ্যা' অমসুং সমুদ্র শৈরেংশিদা মপাল্লগী পুঞ্জিদা থেংনরিবা কয়াতুনি।' মসিদা অইবনা মশামক্কা মন্দলেদা চৎখিবা থোঙচং অহুগী

মমি তায়। মপাল নাইত্রবা ঈশিং-ঈপাকী নীংথিবা অহাজগী মশক কয়াস্থু পল্লি। তশেংনমক মানবা চংনুবা থেংনরুবা অমদি উরুবা কয়া অতু তশেংনা উৎথোকলি।

কবিরত্ন হিজম ইরাবতকী "শৈদম শৈরেং" লাইরিকসি ক্লাস কাইপকি টেক্সবুক ওইনা লৌশিল্লবস্থু মসিদা য়াওরিবা শৈরেং খরদি ১৯২৯ দগী খরা শুনথংনা ইবা শৈরেং কয়ামুক য়াওরি। মতমদুগী ছাত্রগী ওন্নবা লাইরিক ওইবা মরম্বা মীৎয়েং পাক-চাউনা য়েংবগী মমি খরা তাবা রাংলি। মতমতুগী চান্নবা অচম্বা রাহৈ রাতা মওং মতৌ কয়া হাপ্লি। মতোন্দা য়াম্না কন্না মতমতুগী অরা চৈথেং ঈহৌ কয়া শাগৎপা রাজনীতিগী মওং মতৌ অতুক হান্না তাত্রিবা মতমনি।

শৈরেং অয়াম্বদা প্রকৃতি ওইবা মশক অমগা লোয়না খুংশেমগী ওইবা পোৎ বয়াদগী লাপথোক্না লৈ। লোয়নবা মহৌশা লাইরেম্বীগী তমপাক্তা লৈরিবা ফজবা কয়া শীংথাজবগা নকশিন্নবা থমোয়গী ওইবা হুন্নন কয়া হাপ্লবস্থু মমৈথংদা ঈশ্বরদা নকশিন্নকপগী মশক অমা উবা ফংই। অইবগী শৈরেং খরদস্থু ভক্তি রসকি মশক অমদি প্রকৃতিগী ফজবা কয়া শৈথাবা থেংনৈ। লৈরাং থম্বালগী মওং, উচেক্না নুংশিরবা স্থুরদা খোংবগী নহৌননা অপাবা কয়াদা য়োৎহন্নবা হোৎনৈ। তাইবং মীওইবা অমদি প্রকৃতিগী অনীগী নকশিন্নবা মরী থম্নবা হোৎনৈ।

অহৌং কয়াদা থাবলগী পুক্লিং হুৎবা মঙাল বসন্ত ঋতু লাকপদা উপাল রাপাল পুম্বা অনৌবা য়েনিং চোংলকপা সংসারগী ফজবা কয় বু নহৌংা পুশিল্লকই। মহাকী শৈরেংদা মীওইবদা কান্নগদবা পাউতাক কয়াস্থু য়াওরি। অমদি রাহং হংজবা কয়াস্থু থেংনৈ। হিজম ইরাবতকী শৈরেং খরদনা ঈশ্বরদা চঙজবা মাগী মফমদা

খুরুমজবা মঙোল্দা কংথোকপা ঈশ্বরগী খুৎশেম বয়া উরগা গুকচবা, মঙোল্দা থৌজাল নিজবা মাগী মফমদা পুক্লিংগী চন্নবা কয়াগা লোয়ননা নহৌনা অমুকসু পাউখুম কংলরোই থংলমকতদা রাহং কয়াদি হংজরি।

তোপ তোপ্পা অনৌবা মহাও পিনবা হোৎনবা নাকোইননা হায়বা ফুমত্তুনা থমবা অনৌবা শৈরেংগী ঈহৌ অমা শাগৎনবা হোৎনবা হৌবে। অদুগা শৈরেং খন্নদদি তনৌবা শৈরেংগী যুমফম অমা থোনবা চপ চানা মতাংসিদা হৌরে।

কুনগুবা চহী চানা লোইখৎবা কুন্মাথোই শুবা চহীনা লাক্লবা মতমসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস অমা নহৌনা অমুক ইনৌ নৌনা নৈনবা তারক্লবদি কবিরত্ন হিজম ইরাবতপু হৌজিক্কী মতমসিদা খাদোক্লম্বা ইয়ামক য়াত্রবা অইবা অমনি। সাহিত্যগী লমদা চিল্লবা মতমত্তদা অচৌবা থৌদাং কয়া য়াবিরম্বা মাগী শৈরেং মখল কয়াগী খুৎইদা মাবু ইকায় খুম্নবা উৎতুনা কবিরত্ন মিংথোল্লা পিগ্রবা অমসুনি। পুক্লিংগী থৈবা তশেং তশেংনা অচুম্বা কয়া ইথোরকপদা পাউ তম্নকপদা তোপ তোপ্পা মশাগী পিথোরকপা গুণ কয়ানা য়াওরবা থাজদনা ইথোরকপদা থমোয়গী মুংহিক্লবা পাউ তম্নকপদা মীওইবদা মীনুংশি কাওহনবা ঙম্মী।

## অইবগী অনৌবা শৈরেং গ্রাইবিক

"ইমাগী পূজা" (ইবা শ্রী হটজেল ১৯৪২-৪৩) সি ফাজিন পুনশিল্লবা জেল মনুংদা ইবসু মাগী থমোয অমসুং রাখলদি কাজিন পুনশিনবা ঙমখিদে। শৈরেংসিদা রাখল মীংয়েং পাক-চাউনা অমদি নিংতম্বা সংসাব অমদা মীৎযেং থম্লগা ইরকপা কয়া থেংনৈ। শৈরেংগী হীরম খুদিংমক্তা মরু ওইনা অবা মুংঙাইগী ইঙ্গিৎ, কপ্পা নোকপা, মুংশি-মুংওল, মমা লৈবাকপু মুংশিজবা, লানগী অন্ন-লৈথেংনচিংবা

কুয়াবু অহৌকপা অকি তুম্মুং কয়াগা লোয়ননা ওইবকরা হৌরুনা শাফু কয়া অয়োরি থাকতা পুথুংলকতুনা লোন্নগী শক্তিনা লিংখিজনা কোঙলোরুবা লাকনৈ। হরকথেংনবা জেলগী পুন্সি, লৌমী শিনমী বয়াগী অবাবা ছুপী লানগী মশক কয়া মমীৎমক্তা উরুবা মপাল লমগী মশক কয়া মখল কয়াগী লাইরিক পাকবা থেংনকবা মীওই কয়া কয়া মীওইশিং অহুনা অচুম্বা চৎপা অমদি ত্যাৎ, অমসুং নমথাক্কী মীওইশিং কয়া থমোয় কায়নিংঙাইগী ছংশি মশক অয়োন-অথুপ বৃটিস অমসুং নিংথৌগী লৈঙাক শাসন ওৎপি নৈবিগ্রবা মীকপথোল কয়া ঐথোয়দা শৈরেংগী মহেংনা য়োহল্লকই।

ভশেংনা হায়রবদা "ইমাগী পুজা" দদি মখল মথেল শুনা য়াওরবা লাইরিকনি। মতমসিদদি রাজনীতিগী খুরুপ থাবা হৌরকপা মথল মথা কয়াগী চয়েংনবা লৈরকপা, য়াম্না লুববা ফিবম অমগী মতমনি। অইথনা মসুং মপালগী লুব্রবা লন্দী সংসারগী ফিবম থমোয়গী ওইবা নীংঙাদবা অমদি নিংঙায়, চংলৎনবা পেল্লক্তবা হিকথরবা থরায় কয়াবু উকরগা অনৌবা মশকী ওইবা শৈংেং কয়া লেপ্তুনা থোরকতুনা পেন্দবা উরিবা তারিবা কুয়া থমোয শোক্লা কন্না কল্লা হায়রকই।

মোৎলবা তুকচববা ভমথিরবা সমাজগী মশক কয়া জেলগী ফল্লাংদা খুতুম্না শুজতুনা মথং মথং লাওরকই থেন্নবনা থল্লবা অচৌ মচা থমোযগী ওইবা। রাহং কয়া মথন্না হুংলবখিবনি পিখিনুবা। লৈত্রবা পাউথুম রাংলবা চেকপলমুংদা। নহা ওইনা ভল্লিভৈ মতমদা শিলেটতা লৈরুবা গোহাটি, ত্রিপুরা, শিলোং, কলিকতা, বোমবে অমদি চিতাগোং রেঙ্গুনগী মন্দলেন-চিংবা বফমদা য়োরুবা থেংনরুবা অয়া-মুংঙাই মপাল নাইত্রবা লৌশিং জ্ঞান কয়া মাগী রাখলদা ভত্তুনা চঙশিনবা হৌরকখি। তোঙান-তোঙানবা নাক রেংকি মশক কয়া উবা ওল্লকই। মাং-ভুং, অফ ফত্তা থায়দোক থায়জিল তৌবা হৌরকখি। থমোয়গী মনীং তম্না ফোঙলভুনা খুং থারকই অয়াবা থঙদনা।

অইবগী অহানবগী লাইরিক "শৈদম শৈরেং" খদি প্রকৃতি, কজবা লৈরাং খোইমু মহৌশাগী পিথোরকপা কজরবা কয়া, পাউতাক কয়া ঈশ্বরগী অওকপা খেন্নবা লৈত্রবা খুৎশেমদা ওকচবা, ঈশ্বরদা চঙজরা অমদি খুংমজবা কয়াহু অনীশুবা শৈরেং লাইরিক "ইমাগী পূজা" লাইরিকতদি অহানবগী লাইরিকসিদগী নাখৈ শেংবা নাথৈরকুনা খ.লাপ লাপথোরকখিবনি। অহ-ঙৈনবদা থাজদনা অওকপা কংবা সংসার অমদা খোঙ থাংজিনবা লেপ্তুনা হোরকই। মীনা মীবু থৌশাবিত্রবা; অকনবনা অশোনিববু তুহৎপিন্নবা হিংবা রারক্কবা, চাদবনা কংশি শিরগদবা চাদবনা মীৎ ফাওবা লুথমদা পান্নবা শুনা শুনা হিংবগী পুন্সিগী কোমনুংদগী কাখৎনবগী পাম্বৈ উৱকত্রবা, মীওই কয়াগী চৈনাখোল লেপ্পা লৈতনা উৎথোরকতুনা অপাবশিংগী মীৎমাঙদা থোকখিবা থৌদোক কয়াহু শং শং উহল্লকই।

ফোঙ-ফোঙ শারবা ঈ, মথৌরশিংতুনা কাল্লবা অশা লোইরবা মীওই কয়াগী কোক্তগী চেম্বরকপা কয়াহু লেপ্তুনা উৎলকলি। য়েংহৈত্রবা কয়াগী চাবা ফংলকতবগী লায়বা য়া পরেং মরক্তা মীমুংশি য়াওদ্রবা থোরবা সঙ্গিন কয়া কয়াগী মতোন্দা মতোন্দা গতি লৈত্রবা শক মথৈনা কপ-লাওনা তেংথাবা কিবম শোক্রবা পাজল য়াওদ্রবা শেগাইরবা মীওইবগী মৈথু চুন্নবা মীৎকী 'পা' কয়া মথোয়গী পুন্সি লাক্লাং চুন্নবা মশক মথোয়না থমোয় শোক্লা হায়জ লাওজবা তাখিদ্রবা কয়া লেপ্পা লৈতা থমোয় শোক্লা পাউদমলকই।

অমুকস্তু বৃটিশকি লোয়লম শাসন্দগী মনিং মখা তম্না লৈজনিবগী মীথা পোন্দ্রবা হিংনিংবগী মশক কয়া উবা ফংই। ওসিদা নত্তনা তোপ তোপ্পা লানগী মশক থানবা লোৎনরদা পুশিন্দুনা থম্মী, লোংস্রৈ সঙ্গিন সিপাই কয়াগী লেপ-লাইট, ত্রিল চৎপা. সাইরেন খোংবা, এরোপ্লেন পাইবগী মওং মতৌ. লোম থাদবা এনতি এয়ারক্রাকতগন অমাদি, লানগী অকি তুজুং তমথিবা কয়া মীৎমাঙদা উহল্লকই।

মণিপুর সমাজদা লানগী মরমদা শৈথাদা সাহিত্যগী মরু ওইবা শৈরেংগী জগৎতা অইবা য়াম্না তাংনা থোকই। মহাক্কী পুন্সিদা উহৌবা তারিবা হকথেংনহৌবা লানগী মশাক কয়াগী পরিং অমা শাগৎলকপদা মরীক চুম্মী।

মতমসিদা অহানবা ওইনা হিজম ইরাবত লানগী মরমদা শৈথাহুনা ইবা অসিনা মণিপুর শৈরেংদা অনৌবা মফম অমা ওসিঁ যাওবা কনহুনা থম্মী। তমখিবা পেন্সবা কথা হায়নবা হোৎনরকপদা কোইথোকপা রাহৈ লৌরুদে। কোঙদোক্লিংবহু সং সং হায়দোরকই শাজিন্নবা খুৎশেম কয়া য়াওরকতে, মহুনা অনৌবা শৈরেংগী মশক কয়া ওসিদি ওইরকই।

মহাক্কী পুন্সিদা খেংনখিবা কয়াহু অমুক নহৌনা লাকশিন্দুনা থন্নবা হোৎনরকপনি ইরাবত মহাকতি অনৌবা যুগকি অনৌবা শৈরেং ইরবা অমনি। "ইমাগী পূজা" লাইহিকসিমক পুন্সিদা থোকখিবা খেংনখিবা য়াম্না মরু ওইবা থাদোকুবা য়াত্রবা পুন্সিগী অঙৌবা চেবাং কয়ানা পুনষা মহুদা ইশিন্দুনা থম্নলিবা "ইমাগী পূজা" লাইরিকসিমক মশামক্কী 'ডায়রি' অমগুম্বনি।

অরোইবদা মমা লৈবাকপু মুংশিজবা মমা লৈবাক্কীদমক মহাক্কা ওন্নোইদবা থবক অমতা লৈখিদে। মমৈদা মাগী নাইতোম তারকপা মুংহিক্ররকপা পুন্সিগী মওং মতৌ কয়া অমসু ঈপোম মাইদনা তঙক উৎথোরকই।

অইবনা করিগুম্বা পোৎশক অমা থারকপদা পোৎ অহু মশক থওনা মমুং হুজিন্না থওসগা ইথোরকই। ইবিবা খুদিংমক মহাক্কা য়াম্না নকশিন্না শগোল্লনা থম্না ওম্মী, মওোন্দগী থক লাপথোকহন্দে মাগী শৈরেংসিদা সিমবোল কয়া শীজিন্নবা সেন্টিমেল শোক্না ইবা অনৌবা শৈরেংগী মওং কয়া মরাং কায়না য়াওবা থেংনৈ। মণিপুর সাহিত্যদা ইরাবত সিংহ অনৌবা মথলগী শৈরেং ইবা অমনি। শৈরেং থরদা য়াম্না রিয়েলিষ্টিক ওইবা মীৎয়েং থমদুনা মতাং চানা সিম্বোল কয়া পুথোরকই। লোয়ননা মহাক্কী মীৎয়েং শান্নি রাখল মুই।

---

# মরিশুবা (অরোইবা) মতাং

**ইরাবতকী ৱারেং ঃ**

১। হৌজিক তৌগদবা করিনো ?

হিজম ইরাবতনা ইবা ৱারেং কয়া মতমত্থুগী মরু ওইবা চেকোঙ "য়াকাইরোল" দা (১৯৩০) হাপলম্মী। 'হৌজিক তৌগদবা করিনো ?' হায়বা ৱারেংসি "য়াকাইরোল" অনীশুবা চহীগী মাপলশুবা মশীংদা হাপলম্মী। (ৱারেং অসিদা মতমত্থুগী মণিপুর সমাজগী লৈত-লাইরা কয়াগী মমি নীংথিনা তাবা মতমত্থুগী ওইবা অমদি চৎনরিবা সমাজগী ফিবম কয়া ৱারেংসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী। অইবনা লৈরিঙৈ মতমত্থুগী মমাঙ চাওরাক্লা চহী নিযুমুক্তী মমাঙদদি মণিপুরসি চাবা থকপা ৱাংতবা কয়াথু অইবগী মতমদদি মথু ৱারী ওইনবু তৌরম্মী কনানসু থাজররোই হায়না ফোঙদোকলম্মী।)

লমসিগী মীওই অয়াম্বা লৌউ-শিংউ তৌবদা ঈশ্বরনা চানবিবগী মথা পোল্লম্মী. নোং চীং মতাং চানা তারবদি কুম অহু চাবা থকপা ৱাংতনা মরাং কায়রম্মী। মণিপুরদদি লৌউ শিংউবসি নোং চীংগী মথা য়াম্না পোল্লি। নোং তাব্রবদি মতমত্থুগী ঈথৈ ঈখোং খোইন্না লৈতবা মরম্না অৱাবা ওইরম্মী। মহাক্না সমাজগী মশক কয়া কুপ্না য়েংলম্মী, ঐখোয়গী মাংজবা তোংজবা কয়াথু অইবনা থিল্লি। সমাজগী অৱা-অৱাংঙাই সমস্যা কুপ্না য়েংলম্মী। মতমত্থুগী হিংলিবা ফুগাল্লিবা পুন্সি

মরেল অঙকপনি হায়বা কোঙদোকলম্মী মাগী ৱাহৈদা
"অয়ুক মুমিদাংগী চাননবা চেং নম্ভনা থুম
থাওনচিংবা পুম্নমক মীভোন্দগী তাংবা নত্রবদি
মীতৈ মুম্বান্দে।"

( হৌজিক তৌগদবা করিনো' )

মসিনা তাকপদি মতমদুগী মৈতৈশিংনা মীঙোন্দগী মপাল তাংদুনা হিংবা হৌরকলে হায়বসি খঙ্গনী শুম্মী মৈতৈ হায়বা জাতি মতৌ তমগনবা পেনখোকপা মুংঙাইখোকপা পাম্বা ইশাগী পোৎ কয়াদি থওইদবা মীগী পোৎনা অফবা ওইনা খনবা মীরাইবা কয়া ৱারেংসিদগী ঐখোয়না খঙই। মখোয়গী মতেং লৌত্রবদি মুম্বানবা শুমদবগুম তৌরম্মী। ঐখোয়গী থাক্লনদগী শীজিন্নরকপা অথবা পোৎ কয়াবু শীজিন্নদনা ঐখোয়গী পোৎপু মীরাইদুনা মতম কুইনা চংই কান্নদবনি অরেম্বনি খল্লি।

মীরমগী পোৎ শীজিন্নরগা অফবা চাওখৎপা লেম্নবা ওইনা তৌরে। মৈতৈ হায়বা জাতিসিনা মী অমনা মতৌ হেক তম্বগা ময়ামসু অফ-ফত্তা খন্দনা ময়ামসু ইনবা মতুনা অফবা ওইনা খন্নরম্মী। ইশাগী ওইবা পোৎ য়াম্না থোকত্রবসু মতম চঙলবসু লৈজরিবা থুম থাওনচিংবা মীরমগীনা ষবা হেনবা নত্তে। অদুগা ইরৈবাক্তা পোৎশিংসু শুংলৈ লৈতবসু নত্তে। মৈতৈগী হঙ্গাম মকগী থাও অমদি থুমখোঙনচিংবা কয়া মরাং কায়না লৈরিবনি। মথল মথা কয়াগী পাম্বে শীজিন্নদুনা হেন্না খোঙবা খিজিনবসু তৌরমদে। মতমদুদা থাও থুমনচিংবা মীরমদগী অরাম্বনা শীজিন্নরম্মী। চানবা চেংনচিংবনি মরাং কায়না ৱাংতনবদি ঐখোয়গী লৌবুক্তগী নীংথিজনা কংলম্মী।" মতমদুগী চৎলিবা মওং-মতৌ কয়াদা অইকমা অমুকসু হায়রি,

"ঐখোয়গী লৈজরিবা মৈতৈ থুম অসি ঐখোয়না মীরাইবদগী ঐখোয়দা লৈগদব্রা শেল চৎত্রবনি।"

মহাক্না কুপ্পা য়েংত্তুনা ঐখোয়গী ওইবা মৈতৈ থুম লৈজে অহুবু কক্ষনা শেম্বিদবা য়েংশিনবিদবা মরম্না মীয়মগী থুমনচিংবা শীজিন্নরি। মত্তুনা অরেম্বদা শেল চংখিত্তুনা ঐখোয়গী সমাজদা শোকলিবা কয়াত্তু মানা উরম্মী। থুম হায়বা পোৎশকসি নোংমদা চঙব্রবা য়াদ্রবা মণিপুরগী য়ুমথোং খুদিংদা থুম হাপ্লবসি অয়ুক ঙুমিদাংগী লেপ্তুনা শিজিননৈ। থুমগী পৈশাসি অয়াম্বা অবেম্বদা চংখ্রবা মাঙবক্তুম্বনি। মৈতৈগী মশাগী থুমখোং কয়া অমা লৈখিবা শীজিন্নবা য়াবা কয়া অমসু অরেম্বদা থোশাদনা লৈবত্তু উংলি। থুমখোংশিংসি থবক শীজিন্নদবনা মীরমদা অরেম্বদা শেল কয়া চংখিত্তুনা মসিনা য়াইহল্লিবদি শেম্লোক লৈতবা লমদমসিগী লাইরবা মীওইশিংনি। লৈবাক অসি য়াম্না ফুংঙাই য়াইফবা শেম্লোক লৈবা লম ওইদে।

ঐখোয়গী থুমখোংশিং নীংথিজনা শেম্বীরবদি মী খরসু থবক পীবা ঙমগনি, ইরমদমগী অকবা পোৎসু শীজিন্নবা ফংগনি। লাইববা লৈবাকসিনা মীরমদসু শেল থাদোক্লবোই হায়না মহাক্না খঙখি। ঐখোয়না ঐখোয়গী লৈজরিবা পোৎশিং মীরাইবসি থাদোকবা মহাক্না হায়নিংখি। ঐখোয় পুন্নমক য়াখল মুন্না খম্বা মতম ওইরক্লে. ঐখোয়গী হিসাবশিং য়াম্না কুপ্পা য়েংবা চুমলে নত্রবদি ঐখোয় মৈতৈসি মাঙলনি সুতিগী অহাওবা চারবসু লৈত্রবদি অরৈবা খরত্তু চাবা তাবনি। ঐখোয়দি ঙা ঙাক্না চায় হায়ত্তুনা লৈবা মতম নংত্রে। ইশাগী শেম্লোক য়েংনা থবক তৌত্রবদি অরাবগী মশক ওইগনি হায়না পল্লি,

'মতম থরদং লৈরিঙৈসিদা হোৎনহৌত্রবদি মমৈদা
মীতৈ ঐখোয়সি হুন্না কাংক্রম শোইদনা ওইরগনি।"

মহাক্না খল্লি, হৌজিক হোৎনবা থেংলে. অত্তুবু হোৎনবগী মতম থরদি লৈরি। মতম থরা লৈরিঙৈদা হোৎনহৌত্রবদি ঐখোয় মাংলনি। ইরমদমগী পোৎপু ঐখোয়না শীজিন্নদ্রবদি কনানা লাকত্তুনা শীজিন্নগনি হায়না

কোঙদোকই। ঐখোয় মশেন অমত্তা ওইনা পুনশিনদুনা অমনা অমগী মরক্তা য়েংথিনবা ফুংঙাইনবা পুন্নমক থাদোকপা চুম্মী. জ্ঞান তাবা মতম ওইরে, মীগী মতৌ ভবা মীগী পোৎনা অথবনি খনবা থবকতু লোয়শসি হায়রি। ইশাগী রাখল লেপচবা ওমদ্রবদি অমনা অমুক লং অমনা অমুক লং অমগী য়ানা অফবনি খনবা তোক্লসি হৌজিক লাংদুনা ইরাংদা তাওদুনা লৈবগী মতম নত্তে, ঐখোয়গী ফিবম শোকচিনবা হোয়রক্লি। নোংমা নোংমগী মীয়মগী পোৎ শীজিন্নবা কয়া হেন্‌গৎলকলি। মহাক্না খল্লম্মী 'ঐখোয় হৌজিক খন্নবা মতম ওইরে, মাং-তুং, নাক য়েৎ, অক-যথা, খন্দুনা চাওখৎনবা হোৎনবা য়ারে।

অহুগা রারেং অসিদা ইরাবতনা ঐখোয়দা তৌদবা য়াদবা কয়া পন্দুনা পাউজেল অমা পীরি; ইরমদমগী লৈজরিবা পোৎশিংবু য়ারিমখৈ শীজিন্নবা পান্নগী মওং কয়া মহাক্না ফোঙদোকলি। অরেম্বদা মীয়মদা শেল চৎথিবনা লমদমসিগী শেল থুমগী ফিবম কা হেন্না অরাবা ওইগনি। 'হৌজিক তৌগদবা করিনো?' হায়বসি য়াম্না লুবা মতমমতুগী অমদি হৌজিক্কী মরু ওইবা রাহংনি। খন্নহৌদ্রবদি অরাবগী মশক ওইগদবা, মৈতৈ ঐখোয় লাংবা পাম্বা ফুংঙাইথোকপা হৈবা কাংবুনি মুন্না রাখল খলবা চঙই হায়বসি রারেং অসিদা পল্লি।

রারেংসিদা মণিপুরী সমাজগী লাইরবগী মতৌ অমসুং মণিপুরিশিংগী মরক্তা থৌ রা ইশা শানদবা মীগী মতেংনা হিংনিংবগী অমদি মশাগী পোৎপু মিয়াইবা কয়াগী মায়োক্তা অকনবা মীৎয়েং অমা উৎলি, ইরাবত কম্যুনিষ্টকী ওইবা সমাজিক অমসুং অর্থনৈতিককী মীৎয়েং কনা ময়েক শেংনা উৎপা রারেংনি; লোয়ননা তুংদা থোক্লককদবা কয়াবু য়াম্না মাংজোননা নীংথিনা উবা ওমবসিনি মাগী থোইদোকপা গুন অমনা

## সুপীনা লাইরিক তম্বা

'সুপীনা লাইরিক তম্বা' হায়বা রাজেংসিন্নু "য়াকাইরোল" অনীশুবা চহী জুলাই তরাগুবা মশীংদা ছাপলম্মী। মতম অদুগী মীওই খরনদি স্কুপীবু লাইরিক তম্বসি কৈ ফত্তে হায়দুনা অখিংবা কয়া পীদুনা কয়া য়েংলম্মী। সুপীনা লাইরিক হৈদুনা ওকিসকী খবকর্নচিংবা ত্তৌরে। কনানা অঙাং লৌবিগনি, মখোয়গী রাখল লমচৎ কয়া হোংলকনি; মসিনা সমাজদা অকাইবা কয়া লাকনি লমচৎ কয়া হোংলকনি অরেম্বনি কায়দবনি হায়না লাননা মীওই খরনা শক্নোকলম্মী। অসিগুম্বা পাউ কয়া শন্দোকনা মখোয়বু তোঙানবা ফিবম অমদা থনম্মী। অসিগুম্বা অবাবরা মীংয়েং কয়াদগী অউবনা নালখোক্লবা হোংনদুনা স্কুপীশিংগী ফিবম ফগৎলবগা লোয়ননা মীয়ামা খল্লিবা লৌনরিবা অসিগী মরমদা মাগী তোঙানবা রাখল লৈজরম্মী। মহাক্না হায়খি, 'লাইবিক হৈবা তম্বা হায়বসি থবক তৌনবা শেল তান্নবা অসিগুম্বা ভাক্তগী থনবস্ব নত্তে। লৌশিং জ্ঞান কয়া তানশিন্দুনা লৌশিংগী থোক হাংদুনা রাখলগী ইমুং চঙদুনা পূক্লিংগী অমম্বা কয়া কোকহনবা, মী অমা ওইবগী চঙদবা য়াত্রবনি।'

মতমদুদা স্কুপীদা মখল কয়াগী মরমদা অখিংবা নোক্লবা কয়া অমস্থ লৈরম্মী। স্কুপীনা লাইরিক তম্বগা করি কায়গনি ভাওশিন্নগনি, স্কুপীনা লাইরিক তম্বা চৎপদা করেম্নবা নোক্লবা লক্লবনচিংবা কয়া কয়া তৌরম্মী। মতমদুগী মওং মতৌ ফিবমদুদা মহাক্না হায়,

> "স্কুপীনা লাইরিক হৈদুনা মতিক চাবদা অচৌ অচৌবা ফম স্কুপীনা ওইরবদা কাইবা লৈবগে, ওইবা য়াদে হাইবা করি লৈবগে।"

('সুপীনা লাইরিক তম্বা')

মুপানা ঙমদবা কয়া মুপীনা তৌরকপদা মতুবু মুপীবা তৌবনি কায়দে য়ারোই হায়পদরা ? চৎনবি পথাপ্তা মখোয়না তৌবা কয়া য়াদে লৌগদরা হায়না মহাক্না থমোয় শোক্না হংজরম্মী। হায়রিবসি লৈত্রবদি মখোয়না অফবা থবক তৌরকপদা কায়বা লৈতে, মতুদি মুপীসু মীনি মখোয়দা হন্থনা থম্বা অসি য়ানিংলমদে। অতুপা লাইরিক হৈনব তম্বা অসি পাউখোল্লুনা ফত্তে কায়দে হায়বনচিংবা অসি মহাক্না ফুংঙাইরমদে। ভুংদা হৌরক্লিবা অঙাংশিংবু মমা মপা ওইবশিংনা চেকশিনবা অক-কত্তা ঙাক শেনবিবা অসি তৌদবা য়াদবা মখৌ অমনি। অফবা লমচৎ চৎপা মরম ওক্রবা শিনবা কুপ্না য়েংশিনদবা য়াদে। অঙাং হায়বসিদি নীংথিরবা শকয়েঙ ফিংশেনগুমবনি. মমাঙদা পাইরু পাইরুবা পোৎকি মখি তাই। মচা মগু য়ারবপা মতমদা চীন্না য়ারকপবুদি থুদম পীতুনা য়ারকপনা হেন্না ফৈ হায়বসি মহাক্না পল্লম্মী। মমা-মপা ওইবশিংনা লমচৎ বেবার ফজবা অফবা মী অমা ওইবা হায়বসি য়ায়া মক্ক ওইবা অমনি। ফত্তবা নিশানচিংবা চারা-থক্লগা মশাদি য়ারকপা ঙমদনা অঙাংশিংদদি তৌরুমু চারুমু হায়বদা কনানা ইল্লিংগনি। মরমতুনা মমা-মপাশিংসু ফত্তবা ইয়ামক য়াদবনি হ য়রম্মী,

> "ঐনা ফত্তবা থবক তৌবা নত্তবা লমচৎ চংপা মী অমা ওইরবদা ইচাতুদা নঙনা তৌরিবা থবক অতু ফত্তে তৌগমু হায়রুবদা মপানি হায়রতুনা ঐনা হায়রিবা য়া অতু তানিংফম থোকত্রা ?"

মহাক্না অমুকসু থম্লি. মুপী হায়বসি লাইরিক হৈতবা শুকয়ামক য়াদবনি, মরমদি মুপী অয়াম্বা নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা মমা ওইরকপা য়াবনা মমানা লাইরিক লাইগু হৈরগতা মচা মগুশিংদু হেন্না ফগনি হায়বসি মাগী থাজবনি। মুপাতবু লাইরিক তমহনগদবনি. মুপীদি লাইরিক তমহল্লোয়দবনি হায়বসি বেদ শাস্ত্র অমতসু লৈরমগনি নিংদে হায়না ফোঙদোকলম্মী। ঐখোয়দগী হেন্না চাওখৎলবা জ্ঞান

লৈরবা সাহেবশিংনা করিগীদমক শেল ভিংনা মুপীনা লাইব্রিক তম্নবা হোৎনরিবনো মসিগী করিগুম্বা মরম শোম্নদমক্কী কান্নবা লৈরমগনি হায়বা মহাক্না থাজরম্মী। মুপা মুপী অনীসি থাদোক্নবা য়াদে হায়বসি অইবগী চেংনা থাজবা রাখলনি। মুপা মুপী অনীসি থাদোক্নবা য়াদনা শেম্নিবা সমাজনি। অদুগা অমুক জ্ঞান হায়বসিদি সিনা মুপানি সিনা মুপীনি হায়দুনা ফংবা য়াই য়াদে থায়দোক্নুনা থম্বা নত্তে মহাক্না অমুকস্থু পল্লম্মী,

"নিপা মুপী হায়বা অনী অসি উচেক্কী মশক ওইরবা সমাজগী মশা য়েং ওইনি। পাইরগে উন্নতি তৌরগে হায়রবা মতমদা মশা নামতা থপতুনা পাইবা ঙমক্কম ইলৈ লৈত্তে, ঙমগনি নিংউফম লৈত্তে।"

হৌজিক ওইরিবা মুপীমচাশিং অসি লাইব্রিক-লাইশু তমহনদবা য়াদে। সমাজগী শরুক তংখাই পুরগদবা মুপীমচাশিংবু মতিক চাবা মমা ওইনবা শেম্বা হায়বসি য়াম্না মরুওইবা অমনি। অনীসিগী মমুংদা অমা ফত্রবদি কান্নদে, উচেক্না মশা নাম্মতা পাইবা য়াদবগুম অনীসি ফগৎনবা হোৎনবদা মখোয় ফৎত্রবদি এখোয় ফবা য়ারোই হায়বসিনি মহাক্না অমুকস্থু হায়রম্মী,

"সমাজগী মমুংদা নিপাতনা চাওখৎলগা শরুক তংখাই পুরিবা মুপীনা লৈহৌবদা সমাজ অদুবু চাওখৎলে হায়বা য়াগদ্রা?"

মথক্কী হায়রিবা ৱাফমশিংসি য়াম্না থন্নবা য়াবা মরুওইবা ৱাফম্নি হায়বা য়াই। মতমদুগী মুপীদা য়েংলিবা মীংয়েং কয়াদু মহাকনা মুংঙাইরমদে, করিগুম্বা অমা ওইরবস্থু নাকল অমা ফরগা নাকল অমনা ফৎত্রবদি অনী অদু কৈদৌমুংদস্থু পুনবা য়ারোই। মরম অদুনা মুপা মুপী অনীসি মুপানা লাইব্রিক লাইশু তমদুনা খঙবা য়াবা মথৈ খঙলগা, চংনিংবা কয়া চংদুনা জ্ঞান লৌশিং কয়া তাম্নবা চাৎখৎপা কয়াগী রাখল ফংহল্লগা অদুগা মুপীশিংনা করিমতা খঙহন উহল্লা

ইমুংদগী হেন্দোকপা য়াদে হায়না পংথম থল্লবদি মহুবু চাওথংলে হায়গদ্রা হায়বসিনি মহাক্কা চিংনখি।

মচা য়োকপগী অচৌবা মায়পুনবদি মুপীনি, মুপানা লোইনা য়েং-শিনবসু ওয়োই। মচাগা য়াম্না নক্কনা লৈরিবদি মমানি, মমাহুনা কবিমংতা থওব্রবদা মহুবু চাওখৎপা য়ুম্বাল অমা হ'য়বহ ওইবোই। অনী অসি খোঙ মান্নবা অমা চঙই। মুপীবু লাইরিক হৈহন্দুনা মতিক চাবা অমা ওইহন্দুনা তুংদা হৌরক্লিবা অঙাং কয়াবু অফবা মায়কৈদা লমজিংবা ওমগনি, হায়বসি মহাক্কী থাজবনি। অতুগা মুপা মুপী অনীমক খাদোক্লবা য়াদবা অমসুনি হায়বা অসি য়ারেংসিদা পল্লি। মুপীবু মতিক চাবা লাইরিক লাইশু হৈহনবা তঙাইফদবা অহু উৎলি। য়ারেংসিদা সমাজ অমগী সদস্যা ওইরিবা চঙদবা য়াত্রবা মীশক মুপা অমসুং মুপী হায়বসিসু মান্নবা মীৎয়েংদগী য়েংহুনা থোং মান্নবা ফিবম অমদা থম্বা অমসুং অনী অসিদা মান্নবা খুদোংচাবা পীবগী তঙাই-ফদবহ উৎলি।

য়ারেং অসিদসু সোসিয়েলিজমগী মীৎয়েং মান্নবা অমগা অমগগী মরক্তা মুপা মুপী হায়না থায়দোক্কনা তোঙান-তোঙান্না য়েংবগী মহুৎতা পুম্না অমতা ওইন, য়েংবগী মীৎয়েং অহু য়াওরি। মুপীগী ফিবম ফগৎনবা হোৎনরম্বতা নত্তনা মখোয়বু লাইরিক-লাইশু তম্নবা কন্নসু হোৎনরম্মী।

মন্দলেগী খোঙক্রম

অইবনা মহা ওইনা মপাল লমদা চৎলুবা অমদি নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী মন্দলেদা তাহুনা মফমহুদা চৎলুবা মাগী মরীক চুবা থৌদোক য়াথোক য়ারী কয়া তশেং তশেংনা ঐথোয়গী অপাব-শিংগী মীৎমাঙদা থমহুনা 'মন্দলেগী খোঙফম' লমকোই য়ারী অসি

পুথোরকই। মন্দলে খোঙচৎ "সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা" ( ১৯৩৭ ) অহানবা চহীগী অহানবা মশীংদা কোঙখি। মহাক্না অসুম্না পল্লি, 'চৎপগী মরমদা চিটাগোংদগী রেঙ্গুন চৎপসি মতমহূদা জহাজ কোমপানী অনীনি। অমনা বি. আই. এস. এন. ( ব্রিটিশ ইণ্ডিয়া ষ্টিম নেভিগেসন ) অমসুং বি. বি. এম এন, বেঙ্গল বরমাগীনি। সাইনবোর্ডনচিংবা চাউনা-চাউনা থারম্বদগী অইবগী পুক্লিংদা বেঙ্গলী জহাজদা চৎকে খল্লি।

জহাজ থাগদবনা অথুক্কী পুং তরা ওইরম্মী। অহানবদা রেলদা লাকপা অমদি জহাজ চৎপা খোঙচৎ কয়াগী মরমদা পল্লি। মতমতুগা বেঙ্গুন তান্না চৎপা হায়বসি অৱাবগী মশকনি। লম্বী খোঙগী ফিবম অহুক হাক্লা কৎত্রিবা মতমনি। মফমহু তান্না চৎপগী মরমদা করম্না চৎপগে হায়বহুগী মরমদা ইরাবতনা অসুম্না হায়রি,

"নহালমথৈ কংফান্দা চীং, তুরেল লান্দুনা রেলনা লাকপহু ঙসি-দগীদি সমুদ্রদা জহাজ তোংতুনা চৎকদবনি হায়বা খনবদগী পূক্লিং অসি খোইরাং মুংনাংবনা ঙাইহাক্তা ফাওবা তং তানা ফমতুনা পোথাবা ওমত্রে।"

( মন্দলেগী খোঙকম )

খুদোংথিবা মফম কয়াগী কংফালগী চীং তুরেল কয়া কয়া লান্দুনা রেলনা পুরবা তুংদা ঈশিংগী ঈমায়দা অমুক চৎকদবনি। পুম্নমক মথং মথং উবদা মাগী থমোয়দা হায়ফম খঙদবা মুংমাংবা অমদি পোকখি। করম তৌরিগবা করি থেংনগদবা পাক্লবা ঈশিং ঈমায়দা, অসুম্না থন্দুনা পোথাফম খঙখিদে। চৎত্রিবা মাগী মফমদদি পুম্নমক ইনৌ-নৌবা য়েংনিংবগী য়েংনিংবা ঙাক্তনি খঙনিংবগী খঙনিংবা ঙাক্তনি মহাক্কী খোঙচৎ মন্দলে অসিদগী সাহিত্যগী ওইবা রাখল কয়া থমোয়দা ফাওবা হৌখিবনি প্রকৃতি অমদি অতীয়াগী ফজবা ঈশিং ঈমায়গী নীংথিবা কয়া মপাল নাইদ্রবা ঈপাক্লা থমোয়বু লৈত্তাহনথিদবনি। মসিনা

সাহিত্তাগী ইনিংবগী মচাক কয়া নহৌনা খোঙচৎ অসিনা মঙোন্দা পীখা হৌরকখি। লোয়ননা মহাক্কী খোঙচৎকী পাউ কয়া মরীক চুম্না মথং মথং তম্লকই। যাত্রীক কয়ানা চৎলিবা, মাগী পোৎপু কুলীনা পুশিনহনা ময়াম্না খল্লিবা বেঞ্চদা খম্না, চেক তৌবা চংথোক চৎসিনগী মওং কয়া, য়াম্না চেকশিন্না হোৎনবশিং মতমহুদা নাদনবা লাইবা,কপদগী কম্লনবা টিকানচিংবা কাপলম্মী। যাত্রীক কয়াগী চৎথোক চৎশিন ঙাক শেনবা কয়াগী মওং-মতৌ কোমপানীনা হোৎনরম্মী। চাউরবা ঈপ ক অসিদা য়েংখিবদা তাম্না শন্দোকখিবা ঈশিং ঈমায়না খুদোংখিবা কয়ানা পীক থল্লি। অইবনা কোইনা য়েংই উরকই লাম্বা ফংবা শগাই মখক্তা মরী পানবা অমদি নাকল অনীদা চোগাংগী নম্বোগুম্বা পোৎশিং মতুবু লীৎশিন্নবগী মওং-মতৌনচিংবা ফক্লাংদা য়েক্তুনা তাক্লিবা অতু উরকই।

করিগুম্বা লাইবক থিহুনা খঙহৌদনা জহাজ কায়বদা তোংলিবা মীয়ামহুনা শীজিন্ননবা থমলি। অতুবু ইরাবতনা থল্লি, 'অসুক চাওবা ঈপাক অমদি ঈথক কয়াসিদা পিকখ্রবা পোৎশিংনা করিবু তৌগনি। ঙহাক্তংদি উপায় অমা লাক্লবদি হিংবা ঙম্বসু য়াই. হায়না মঙোমতা তুমিন্না খলখি।' অইবগী রাহৈদা,

> "করিগুম্বা জহাজ অসি খুদোংখিবা থোক্লবদি করি উপায়নো হায়না ঙাইহাক খনবদা ঐনা ইরোইবা ফনা হৈহুনা সমুদ্রগী ঈশিং ঈপাক্তা অমসুং চৌংমুক চাওবা ইথক্তা করি তৌগনি।"

তশেংনমক খল্লুরবদি অরাবগী মশক কয়ানি। মতম অমদা খল্লরিবদি ইরোয়বা হৈরবদি ঈশিংদদি ঈরাক্লনা শিরোই হায়বসিনি। অহুবু ইরোয়বা ফনা হৈরবসু সমুদ্র ঈমায়গী তমখিবা কয়া উঙ্খ্রিঙৈ খল্লম্বহুগা খেংনখ্রিবহুগা ইরোয়বা হৈহুনসু পূম্নমক অরেম্বনি। রাংলবাংলবা ঈথক-ঈপোম, ইরৈ কয়াহুদা হোৎনবা পুম্বা কাম্লবা ফংলোই।

অদুবু তুমাখিরবা অদুগী অমরোমদসু কান্নবা কয়াসু লৈতবা নত্তে। চিটাগোংদা ঈশিং অমসুং কংফানগী ললোন ইতিক তৌবা কয়া উবদা, মণিপুরদসু অসিগুম্বা যিবমগী থুদোংচাবা অসি লৈরম্লবদি অমরোমদা মাঙতুনা কাংথরাঙ ওইতুনা তাদুনা লৈরিবসি থরা মখৈদি ফগনি হায়বগিনি জহাজ কয়ানা ঈশিং লম্বী কয়াদা ললোন পোৎ কয়া মপালদগী পুশিল্লকই, কয়া অমসু থাদোক্তুনা মীওই কয়াগী শেন্দ্রাল লম্বীদা হিংলি অমদি চাওখৎনরি। পিকচরবসু মণিপুর ঈশিং লম্বী অমুম্না লৈরম্লবদি পিকলবসু পিক্না লৈবাক কয়াগী মীয়াম্না শকথঙবিরমগনি। অমরোমদা মণিপুর খুংশা হৈবগী মমিং চংলমগনি হায়দুনা মথন্থা শোনজৈ। হৌজিক হৌজিক ঐখোয়না থন্নরিবা রাফম মণিপুরদা রেল লম্বী ফাওরক্লবদি চাওখৎকদ্রা চাওখৎলোইদ্রা নত্রগা ঐখোয় করম তৌনি. মীশিংনা অঙকপা ফংনা রামখৎলক্তুনা ঐখোয়বু হান্নগী মথক্তা অরাব। অমুক ওইতুনা তোকলগদরা হায়বা কয়াসি লৌখৎতুনা থম্লে। রাফম অসি ঙল্লিঙৈ মতমতুদগী চৌনা মহাক্না থনবা হৌরকখি,

> " রেলমখৈতং চেল্লবসু রেল লাক্লগা মণিপুর রানি রারোই হায়বগী থন্নরিবা কোক্তুনা থবক ফংদতুনা লৈরিবা অয়াম্বা থবক ফংগনি, পোং চৈ ললোন ইতিক্কী মরমদা য়াম্না চৎথিবগী মতিক শেল য়াম্না ফংবগা থবক য়ামশিল্লকপগা লোয়ননা খুৎ শা হৈবগী থবকসু চাওখৎকনি . "

মহাক্না য়েংখিবদা শন্দোকখিবা ঈপাকশিংতু অকংবা লম উবা ফংখিদে। মণিপুরগী ইম্ফাল ময়োন্দা থা-রাং, মনিং মমাঙ লৈনা য়েংবদা চীংগী চীং ঙাকতনি। লাপথোকখিবদা অহাংবা অভিয়াগা শম্নগা চীং ঙাকতা উবল্লম সমুদ্র ঈমায়দা য়েংখি য়েংখিবদা ঈশিংগী ঈমায় ঙাকতনি। সমুদ্রগী পাক চাউবা কয়াগী মশক অইবনা ফোঙদোকই। তোংলিবা জহাজ অদুগী মীৎনা শং শং উবা মশক কয়াগী পাউ মরীক চুম্না তন্দী। জহাজ মনুংদা লৈল্লিব চুমদ্রিং চুম্না লম্বীশিং, উপাক্না ফক্লাং খাবা কা মচাশিং মথোন নাইবা ফমুং কয়াশিং মহাক্না উরকই।

জহাজ মন্নুংদা থান্লিবা থাংমৈ শংগী সিল লাংলিবা মীওই অমদি ইঞ্জিল কয়াশিং উরকই। পোথাবা নাইদে করিগুম্বা খঙনিংবা উনিংবা কয়ানা মাঙ থাদ্রুনা চৎলি লেপ্তুনা ইনৌ নৌবা পোৎশক কয়ানি মওংনদদি. য়েংথোকখিবদা লৈরম্লিবা কা মচা মচাশিং মতু ল.ম্থোক্তুনা অমুক উরকই, হান্নগী অতুগুম্বা মীয়াম কয়া কয়া জহাজ অতুগী ফমপাক্তা হিপ্পা কম্বা কয়া অমসু লৈরি। মখোয়শিং অতু লোয়না থনম্মে অতুবু অবা অনা কয়া য়াওদা মীওই থরদি লৈরি চৎলি লাংলি, জহাজদি লেপ্তুনা চৎলি ঈশিং ঈপাক অতুদা, মীয়াম পুতুনা মখোয় মখোয়গী পম্ব্‌কম মফমতু য়ৌনবা। জহাজ মন্নুংগী ইরোয় লোয়বদা উংক্লি, টেবিল খরা কম্বা খরা মতুদা য়োল্লি চান থক্লবা কা হৈরা গুনা কয়া য়াওরি। লৈনরি চানরি অমতা রাৎতে। তোঙানবা সংসার অমনি ঈশিং ঈপাক্কী মওং মতৌ, ইরাপ লাপ্তুনা কা অমা খাজিন্দুনা লৈ। থারিময়েক লানা “ হিন্দু হোটেল ” মফমতুদদি লম্বী লৈত্রে। হিন্দু হোটেলগী মনীংলোমদা চৎপদা উরকই “ মুসলমান হোটেল ” মতুদসু চান থক্লবা কয়া য়াওরি। মাগী মাগী অপাম্বা খুদোং চাগদবা কয়া য়েংতুনা চানিংবা চঙনিংবা মফমদা চঙতুনা চানৈ। জহাজ চৎপা রেঙ্গুন খোঙচৎ মখল কয়া অরা নুংঙাই মরক্তা জহাজ মন্নুংদা লৈরিবা হোটেল অনীতুনা লৈরিবা লম্বী অতু হান্না মমিং থোল্লমদ্রবসু অইবনা মমিং থোল্লমলগে থল্লি,

> “ লম্বী অনী অসি হোটেল অনীগী মমিং লৌতুনা অহানবা লাকপা লম্বীবু হিন্দু হোটেল ষ্ট্রিট অকোনবা হল্লকপা লম্বীবুনা মুসলমান হোটেল ষ্ট্রিট থোল্লগে। ”

অরোইবদা পুন্নমক চৎলুরগা খঙলুরগা খুদোং চাবা কয়া উরুরগা মফমতুদা তৌরিবা কয়াতু খঙলুরগা মরমদমসু খুদোং চাবা কয়াশিং লৈনা লৈনা অরেম্বদা কান্নকম খঙদনা মাংলেদো হায়বা তকসি শোঙখি। মহাক্না চৎপদা খুদোং চাদবা মরম্না উপুদা মাগী মমিং লেবেন্নচিংবা নপ্পা পোৎশিং চেক তৌবা থিকানচিংবা কাপ্পা কোমপনীশিংনা চেকশিনবা জহাজগী সমুদ্র

ঈমায়গী মশক কয়াহুনি। জহাজ থারমদাইগী মওং মতৌ কয়াশিং কাংশি য়ৈবা তুখোংবা জহাজত্বু ফারম্বা য়োংলি পুম্বা থাদোকপা ঈশিংনা জুরার কারকপা কয়াগী মতম য়েংহুনা জহাজ থাবা কয়াসিনি।

অসুম্না খোঙচৎ অসিগী মরমদা অহানবা অরোইবা মফম চানা লেংশিন্দুনা থম্বা হৈবগী মশক কয়া রারেং অসিদা উবা ফংই। অঙনবা মতমদগী হিজম ইরাবত লমকোই রারী ইবগী হৈনবী কয়া রারেংসিদা ফনা নীংথিজনা উৎলি। রারেংসিদা ইরাবতকী মহৌশাগী ওইবা শক্তমবু মরীক চুম্না শিংথাবা হৈবা মগুণ, পোৎ খুদিংমক মন্নুং হুজিন্না চেকশিন্না য়েংবা হৈবগী মতৌ অমসুং শেমজিন শাজিনবা হৈবগী খুদম মতিক চানা য়াওরি। মীরমগী খুদোং চাব। কয়া উরুবগা মফমসিগীনা অরেম্বদা লৈবা উবদা মুংঙাইতবা ফোঙদোকই, হৌজিক পম্নরিবা ঙাঙনরিবা রেল লম্বী লাকপগী অফ-ফত্তগী মরমদ। হান্না মাংজৌননা মতুগী ফব-ফত্তবা কয়া খঙনা শুগায়না পন্নি।

### লোকমান্য তিলক

হিজম ইরাবত সিংহনা ইবা " লোকমান্য তিলক " " মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা " অহানবা মশীংদা হাম্না হৌরকই। মতুবু অমুক পুনশিন্দুনা "মাসিক মণিপুর" দা " লোকমান্য তিলক " হায়তুনা মচিং মচিং হাপথিবশিংহু পুনশিন্নগা পুথোরকই। অইবনা মাগী পুন্সিবু নুংশিজবা অমদি তিল্লকী পুন্সিবু মশক মুন্না খঙনা নকশিন্না উবা ঙমথি। মাগী খৌদোক রাথোক কন্নাবু তশেং-তশেংনা নীংখিজনা ফোঙদোকপা থেংনৈ। মাগী পুন্সিবু মমুৎ তানা খঙলু থিরুবগী মশক কয়া উবা ফংই। অহানবদা তিলকী পোকুকম লমদমবু থারি,

" ভারতকি খা খংবদা বোম্বাই প্রেসিডেন্সি।

প্রেসিডেন্সি অসিগী মৈরম খংবদা পুনা সহর পুনাগী মোইরাং-

লাইজি পাংবরোমদা খরা খাপ্পা সমুদ্র মপান নকলপনা রত্নগিরি

জিলা। জিলা অসিগী মহমসু রত্নগিরি কৌই। মফম অসিদা ভারতকি মমল য়াম্বা রত্নসু পোকখি।" ("লোকমান্য তিলক")

লোকমান্য তিলক বলন্তরাও কৌই। মপাবুংগী মমিংনা গঙ্গাধরপন্ত কৌরম্মী। চহী তরায়েমগুবদা মহাক মপাবুংগী মতুং ইল্লকুনা পুনাদা লৈরম্মী। মহাক মপাবুং ওজা কায়নরবা তুংদা কলেজদা লাইব্রিক কয়া তৌবগা লোয়নবা হকচাং কত্তবসু য়াদে হায়বসি খনখি। বি, এ. পাস তৌরবা মতুংদা আইন তম্মী। আইন তম্বা লোইবদগী মরৈবাক্কীদমক রাখল খনবা হৌহুনা সরকারগী থবক তৌগুমসি হায়হুনা মাগী মরুপ অমগা ওাঙনহুনা তুংদা হৌরক্লিবশিংগী খনবা হৌরকখি। তিলকী মরুপশিংগা লোয়নবা স্কুলনচিংবা লিংখৎলি। বালগঙ্গাধরনা ফোঙবা থবর কাগজ অহুগী মমিং "কেশরী" কৌই, মারাঠি লোন্দা ইবনি। মতমহুগী ওইবা পাউ কয়া 'কেশরী' দা হাপলম্মী। ফোঙলিবা পত্রিকাদা মতমহুগী মরমদা ইরুবদগী থা মরি ফাদোক তাখি। মতমহুদা অহানবা ফাদোক লৈখিবগা লোয়নবা মাগী থবকশিংদা হনবা লৈখিদে. হেন্নহুম থবক য়াংশিনবা হৌরকই।

মমৈথংদা বান্না হোৎনহুনা কলেজ লিংখৎতুনা ওঝা ওই, অহুবু অোম্লোপ চাং হম্বনা লোরম্মী। অহুগা মহাক রাজনীতিদা খোঙ থাংজিনবা হৌরকতুনা মহাক্না আইন তম্বা কলেজ লিংখৎলি। মহাক্না লিংখৎলিবা অসিগী মমাঙদা বোম্বে প্রেসিডেন্সি অপুম্বদা আইনগী কলেজ অমত্তা লৈরমদে। বেদ শাস্ত্রসু য়াম্না চংখোম্না হৈরম্মী। মহাক্না "ওরিয়ান" হায়বা লাইরিক অমসু পুথোকলম্মী। মহু বিলাত্তা পণ্ডিতশিংদা থাখিবা চেৎনুং পুনশিন্দুনা শেম্বনি। মহারাষ্ট্রা লৈবাক্তা চাক তাংবা থোক্লুনা মী কয়া অরাবা ওইহুনা বানবিক্তে মমুংদা, প্লেগ হায়বা লায়না ভমনা মী য়াম্না শিরম্মী। মহাক্না মী খরা খোমগৎতুনা অরাবা তারবা কয়াগী মতেং ভহীং লুংখিল নাইদনা পুংলম্মী। অরাবা কয়া খাঙহুনা প্লেগ তৌরকপা অহুদা ডাক্তর খানা অমসু মীয়ামগী ওইনা লিংখৎলম্মী। মহাক মমিং লৈরবা

শিবাজী উৎসবমচিংবসু পাংথোকলম্মী। শিবাজী উৎসবতা ন্নুংশি হৈতনা নৈখিবা কয়াক্কী পত্রিকাদা ইত্তুনা ফোঙবগী মাবু পুলিসনা ফাখি। তিলকপু চহী অম মখাই ফাদোক পীত্তুনা থবক শুবগী জেলদা থম্লবসু জেল মনুংদা লাইরিক কয়া পাত্তুনা “ অরাং মেরুদা বৈদিক লৈকম ” হায়বা লাইরিক অমা ইখি। লোন অমসুং মশেকনচিংবসু লেপ্তুনা হোৎনত্তুনা সমিত্তিনচিংবসু লিংলম্মী

মমা লৈবাক্কীদমক সভা খুদিংদা য়াওই। কংগ্রেসতা মোত্ত তিন্নদবা কয়া য়াওরবসু শাওবা লৈখিদে। বোম্বা মী হাৎপগী মরমদা মাগী পত্রিকা ‘কেশরী’ দা হাপ্পগীদমক তিলকপু ফাত্তুনা মাবু মন্দলে জেলদা থমখি। জেলদা লৈনা লৈনা গীতাগী অনৌবা ভাষ্য অমা লেংলম্মী। মতুংবু জেলদগী থাদোরক্লগা লাইরিক ওইনা ছাপা তৌরম্মী। মহাক্না গীতাবু অমুকসু মারাঠিদা অনুবাদ তৌরম্মী। তিলকী গীতারহস্য অসি অনুবাদ করা পামজবশিংনা তৌনখি। প্রজাশিংবু লুনা চান্না তৌবা মওং অত্তু উবদা মাবু সরকারনা য়েরুবা ওইনা লৌখরে।

মতাংসি মাগী চহী য়ামশিল্লক্লে। মতমতুদা মহাক্কী মওং মাতৌ কয়াত্তুদা ভারত ভাকপা আইম্বা তিলকপু পঞ্জাব অমসুং দিল্লীদা চঙবা য়াবোই হায়না থিংখরে। তিলক অহল ওইশিল্লক্লে, বিলাত্তগী হক্লকপা অসি হকচাং ঙম্লক্রুবা তমদি কোক শোকপদগীনি। অতুবু পোত্থাবা ফংদে থোইনতুম থবক চিন্থবা হৌরকই। কলিকতাদা সেণ্ট্রেল্বর থাদা সভা ফমগদৌবনি অসোমদা মী লিশিং কয়াম্না মাবু ভায়তুনা লৈ। অইবনা তিলকী মওং মতৌবু অস্তুম্না থায়রকই,

‘ নোম্বদা হলেংদবা তিলকা থবকী মনম তাবদা থোইরাংই। মাতৃভুমিগী কান্নগনি ফগনি হাইবা থংলবদি মশাগী তোংজবা অমসুং মশা কাওবা পুমকাউ কাউত্তুনা অকম্বা ইথক্তা চোংশিল্লি। ”

তিলক মীয়ামগী থবক তৌবদা রাখা থঙদবা মীশক অমনি। অতুবু থবক কয়া তৌত্তুনা চোকথরবসু করিগুম্বা থবক অমা হেক তৌগনি

তাবদা হায়গুম হনবা লৈতনা তৌনিংই মমা লৈবাকী মওন্দা অরা- অনা লৈতনা খুদোং থিবা তমথিবা কয়া থওদনা চোংশিন্দুনা হোংনৈ। মশাগী অমাং অতোং কান্নবা কান্নদবা পুন্নমক খাদোকপা ওবা মীয়ামগী খনবা তিলকনি। খৃষ্ট কুম ১৯২০ জুলাই তাং ২৫ তিলকী চহী হুমফুমঙা শুবগী মপোক মুমিং উৎসব অমা তৌরম্মী। উৎসবতুগী য়াওরুরবা মতুংদা পুনালোমদগী হল্লকপদা বোম্বেদা য়ৌরকখি। মহাক খঙহৌদনা অরুম লাইহৌ হৌরকতুনা বোম্বেগী 'সর্দার গৃহ' কৌবা য়ুমদা লৈরম্মী। মহাক্কী থবোম্মী শোকচিল্লে, ডাক্টরশিংনা য়েংবা য়াবা য়েংলে মাগী মচাশিং মরী- মতাশিং লাকুনা সেবা তৌররে। ডাক্তরনা হিদাক খাবা য়াবা থারে, খরা অমুক হল্লবোই নিংই, অমুকসু হেলজিল্লি।

মাবু উনিংবা মীওই কয়া কয়ানা বোম্বেদা লাকতুনা পুম্নমক্কা মরু ফরবদি হায়তুনা ঈশ্বরদা নিররকলে। তিলক মরক মরক্তা রা খরসু মচিন্দা তপ্পা হায়রক্লি। মাগী পুন্সি লোইরমদায় অরাবা কয়া খাঙবা কয়াবু অইবনা ফজবা লোন্দা রাহে কয়া হায়হল্লি। মীওইবগী পুন্সি লোইরমদায় অতুবু অহীং মমৈ ওইথবকপগুম চাংদম্নহল্লি। সোরবু হোনবা রারকপা লোইরকদবা অতুবু হুইথবকপা হায়না পল্লি'

"অহীংনা মমৈ ওইথরজুনা মমশিল্লকপগুম
সোর হুইথরক্লে অতুম ওইতুনসু জ্ঞানদি মাংদ্রি।"

তিলকী মচিন্দা ভাঙলকপা রাদা গীতা শ্লোক কয়া শোল্লকই। তপ্পা তপ্পা মুংশাসোর লেপখ্রবদা মীওই কয়া অরাবগী ঈপাক্তা তাউগ্রে। মহাকপু থাংগৎনবা শেম শাংকই পুগদবগী মহাকী হকচাংবু হোংনরকই,

"অতিয়া অপুনবা নোংনা কুপলমই। অমসুং নোং মরিক মরিক তারমই। তিলক লৈতবদা প্রকৃতিনা মাইথোং মকা শিন্না মপি শিন্থরি হাইনা নিংখি।"

মসিদা অইবা হিজম ইরাবতনা হাইনিংলিবদি মহাকপু মুংশিদবা লৈতে, পুম্নমক্কা মুংশিনৈ হায়বসিনি। নোং মংলকপা তারকপা অতুবু মাগীদি মীওইবদা নত্তনা প্রকৃতি ফাওবা কপ্পি হায়না ফোঙদোকলি। নোং

মংলকপা অদুবু তিলক্কীদমক মুংঙাইতনা মায়থোং ল্যাংশিন্না উৎপনি, মাগীদমক প্রকৃতি ফাওবা কয়াদা য়ারীবা হাইনা তম্লি অমরোমদা অইবনা ফোংদোকলি ধর্ম হায়বসিদি মহাক্না হোৎনখিবা অরাবা খুদোং থিবা খওদবা মীওইবগী ঋনবা তৌখিবা অখাঙ কনবা লৈত-লাইরা কয়াগী মতেং পাংবনি।

মহাক মশাগী ওইজবা কয়া থাদোকখিবা অদুবু হৌজিক্কী ধর্মনি হাইনা পল্লি। অদুনা ঈশ্বর অমসুং ধর্মবু মুংঙাই য়াইফবা মফম কয়াদা য়াদনা থিগদবা নত্তে, ভগবানবু মুংশিজব। ঈশ্বরবু ফংনবনি হায়দুনা ময়ুম মকৈ থাদোকুনা চৎলিবা মখোয়তনা ঈশ্বরবু নীংবা অমদি থিবনি হায়না লৌবা য়াদে। ঈশ্বরগী মিংদা লাইশং কয়া কয়াদা চঙদুনা মাবু খুরুম্বনা মাবু থিবনি মুংশিবনি হাইবা য়ারোই। পুক্নিং য়াখল কয়ানা ফংত্রবা মীওইবগী মীমুংশি মরীক অমা ফাওবা য়াওদনা মখোয়দুনা ফজবা ফিজোল শেৎলগা শেল কয়া চংনা হোৎনরবসু মাবু নিংলগা খুরুম্নগা মাবু ফংগনি নৎত্রগা মখোয়না ভগবানবু থিবতনা থিবা নত্তে। অদুগী মহুত্তা মীওইবগী ফিবম ফংত্রবা অরা মৈশা কয়া লাংলবা য়ুম কৈ লৈত্রবা হোয়েন হয়েংগী চানিংঙাই লৈত্রবা মীওই কয়ানি।

তোল্ল তারবা ফিবম শোকচিন্নবা ওসিগী সমাজদা মশীং লাকওমদনা নোংমগী চানিংঙাই ফাওবা লৈত্রি। মশাদা ফি থুংনা ফাওবা ইনবা ওমদরি। মখোয়গী ময়ুম মকৈদি সহরগী গলি মোৎলবা কয়াদা য়ারেকফমসু ওটরি। ইবুংঙো মহাকপু থিগদবা মফমদি মুংঙাই য়াইফবা ময়ক, জঙ্গল কয়াদা নত্তে, লৈত লাইরা কয়াগী মফমদা থিগদবনি হায়না অইবনা ফোংদোকলি। অমরোমদা মখোয়বু নীংথিজনা য়েংশিনবিয়ু হায়রসিনি,

"থন্দা জঙ্গলদা মন্দিরদা মসজিদতা ভগবানবু থিবতনা থিবা চিংবা নত্তে, ইবুংঙো মহাকপু থিগদবা মফমদি ফি শেৎনিংঙাই লৈতবা তোল্লবা মীথা পোল্লবা মীগী মরক্তা থিগদবনি"

ৱারেং অসিদা তিলকী থৌনা ফংনা হোৎনবা কয়াদু পুথোকতুনা নৈনরি। থবক তৌবা মতমদা অৱাবা কয়া খাঙতুনা। নিংহন্নদনবা থৌনা লিংখেল কয়াগা লোয়ননা পাউত্তাক কয়াসু য়াওরি। মাবু মীপুম খুদিংমক্না মুংশি চান্না তৌই। মাগী হোৎনবা কনবা হনবা লৈতবা পোথাবা লৈতবা কয়াদুগীদমক। তিলক্না রাজনিতিগী মায়কৈদসু চঙশিল্লম্মী মহাক্না পুন্সিদা খেংনরিবা অমদি থেংনগদবা খুদোংথিবা কয়াগী লম্বীবু পুম্নমক নমথেক্তুনা অৱাবা খাঙনা চৎলি। মসিনা মহাক্কী থোইদোকপা গুন অমনি।

মহাক ধর্ম'বু মুংশিবা গীতাবু থাজবা লুনা নিংজবা মীশকনি। মহাক্কী পুন্সিদা চৎকদবা লম্বী কয়াদু মশামক্না খন্নুনা চৎকদবা লম্বীদু ফে-ফক্তে খঙনা মশানা লেপচরম্মী। মওন্দা মীওইবগী ওইবা হৱাও কুমহৈ অমদি অৱা-অনা কয়া লৈদুনসু মহাক্কী থবক্তা মখোয়ন্তুনা অয়েংপা অমতা পীবা লৈখিদে। মহৈগী ফংগনি খন্না য়েংদুনা থবক তৌখিদে। মতমদুগী সরকারনা মাবু ফাদুনা মীওৎ-মীনৈ কয়া কয়া তৌখি। জেলদা লৈরবসু মখল কয়াগী লাইরিক পাদুনা তোঙানবা মীৎয়েং কয়াদা মশাগী লাইরিক কয়াসু পুথোকলম্মী।

মহৈ মশীং তম্বা কয়াসি ঐখোয়গী ওইবা ইরৈবাক্কী মখুৎতা লৈবা চুম্মী, শিক্ষাগী থবকসি লৌশিনবা চুম্মী খল্দুনা স্কুল, কলেজ লিংখৎখি। মশাগী অমত্তা য়েংদনা অৱা অমা খঙদনা অহল ওইশিন্নক্না ফাওবা লৈবাক্কী হোৎনবা লেপখিদে। চেক্কোঙ পুথোকপসি মরু ওইবনি খল্দুনা চেক্কোঙ নচিংবা পুথোক্নবা হোৎনবদা হনবা লৈখিদে। তিলক করম্বা মীশক্নো হায়বা উৎনবা লাকনৈ।

ৱারেং অসিদা অইবনা লোকমান্য তিলকী মওং-মতৌ পুন্সিবু মশক মুন্না খঙনা মতুং তুন্তিন্না উবা ঙমই। মহাক্না দেশকী ৱাখিবা অৱাবা কয়া খাঙখিবা দেশকী হোৎনবা য়াবা হোৎনখিবা অৱাবা নঙখিবা কয়া মরীক চুন্না উৎলি

রায়েং অসিদা ইরাবতকা তিলকা অনীগী মরক্তা মাল্লবা মশক কয়াসু উবা ফংই। অনীমক মরমদমগী রাখলদা লুপচবা মরমদমবু ফনবা খনর্বা মীয়ামগী থবকনি হায়রবদি হনবা লৈতবা অরাবা খঙদবা ঙাক্তনি। বালগঙ্গাধরনা ফোঙবা থবর "কেশরী" ফোঙলম্মী। ইরাবতসু অঙনবা মতমদগী সমপাদক ওইদুনা 'মৈতৈ চনু" পুথোকলম্মী। তিলক্না "ওরিয়া" হায়বা লাইরিক অমা পুথোকলম্মী। পত্রিকাদা ইদুনা রায়েং কয়া হাপ্লদগী জেলদা লৈখি, তিলক্না জেলদা লৈনা লৈনা গীতাগী অনৌবা ভাষ্য ইখি। ইরাবতসু জেলদা লৈবা মতমদা থমোয় শোক্না "ইমাগী পূজা" ইখি। তিলক মন্দলে জেলনচিংবা মকমদা থমখি। ইরাবতসু মকমসিগী জেলদা থম্নদগী মপালগী জেলদা থমখি। তিলকপু ভারতকী আইন মতুং ইন্না মাবু পঞ্জাব অমসুং দিল্লীদা চঙবা য়ারোই হায়না খিংখি, ইরাবতসু মরমদম চঙবা য়ারোই হায়দুনা চহী কয়া মরমদম চঙহনদনা থমখি।

রায়েং অসিদা লোকমান্য তিলকপু মাগী ফিদম অমা লৌদুনা তিলকী রাখল, মীংয়েং, অথাঙ কনবা অমসুং মরৈবাকপু লুনা চান্না খনবগী মীৎয়েং অমু ময়েক শেংনা পুথোকতুনা উৎনবা লাকৈ। ইরাবতনা রাহৈগী হৈশিংবা অমসুং ফোঙদোকপা হৈবগী মগুন্না অমুককা হেন্না রায়েং অসিবু ফজবা হেংগৎহল্লি।

### উপন্যাস "মোহিনী"

কবিরত্ন হিজম ইরাবতকী "মোহিনী" কৌবা অঙনবা মতমগী উপন্যাস অসি "য়াকাইরোল" চেফোঙদা (১৯৩০) মথং মথং হাপ্লা হৌরকই। মহাকসু অঙনবা মতমদগী উপন্যাস ইমি বগী রাখল মীৎয়েং কয়াগী মমি উপন্যাসসিদা নীংখিজনা মমি তারি, অমদি থুংই অসিদা লৌনা থুং থানিংবগী অপাম্বা অনৌবা অমা পুথোকপদা খরার য়াওনা চাংয়েং অমা ওইনা উরম্মী। খনুবা হৌজিক হৌজিক খঙনরিবা থেংনরিবা সমাজগী মওং মতৌ কয়াদু পুথোরকই। ওস্লিয়েগী মতম ওইজরবসু রাহৈ

-য়াত্তা মরীক চুম্না হ.য়বা থেংনৈ। অতৈ হীরম কয়া ইবদা নত্তনা উপন্যাসতসু থুং থারম্মী। উপন্যাসসিগী তাংকক থরগী শমলপ্পা য়ারী থরদি,

উপন্যাস অসিদা মুপীশিং কয়া পুখোরকতুনা থম্বাল, থারো, চান্দনী, থয়োশং, লৈহাও মুপীশিংনা মখোয়না থত্তবা লৈকাইগী মী কয়াগী মরমদা মুপীগী হৌনবী অমগী অমগী মরমদা য়াৱী শামে। কৈ ফত্তে হায়দুনা মখোয়গী ওইবা য়ারী কয়াসু য়াওশিন্দুনা শাই। উপন্যাস অসিদা য়াওরিবা মোহিনী কৌবী মুপীমচাশিগী মরমদা মখোয়না ঙাঙনৈ। মোহিনী হায়রিবিসিবু থাবল চোংবা য়াওগে নিংদে, লিকোন শামরে য়াওদে, মুমিং চুপ্পা মমুমদা কুরু শুংহুনা হেক লৈরদনা মাবু করি তৌরিবা হায়না মীগী অফ'ফত্তা খিত্নুনা ঙাঙনৈ। উপন্যাস অসিদা মরু ওইবা মীশক অমা ওইরিবী চান্দনী হায়রিবা মুপীসি মোহিনীদগী হলবি লৈকাইগী মচেশিং থোকপনি। ময়াম্না ঙাঙলকপত্নুদা চান্দনীনা হায়, মাগীদি লাইবু লাইরি মখোয়গী অহল অসিবু হৈনখিদরে বৈকব চেংজঙবা ওইনা তৌরদনা, চান্দনীনা মোহিনীবু য়াম্না ফাবি, মরম ওকপি হায়না থাগৎলি।

মহাক লুহোংগদোরে হায়বদা ময়ামনা কদায়দনো হংই, চান্দনীনা হায়, লমগদি থোক্তনা থত্তদে নিপামচাহু লাইরিক তম্বা মাম্নে থোরক্লগা লুহোংগনি হায়। কৌহাতি হায়বরা শিলোত হায়বরা অদুদা লাইরিক তম্মী হায়। ময়াম্না থ্বাইরদ্বন, শিংজমৈ, মোইরাংখোম, য়ৌরবরা হংই। ময়াম্না মোহিনীবু লাইবক কৈদা লাইরিক হৈবা মীদা থাজরগদৌবা হায়না শোমৈ লৈহাওনা হাররকই, থ্বাইরথন য়ৌখিদবা মোইরাংখোম ফাওবা মতমথিবা কয়া থবক ফংনখ্রে। লাইরিক হৈবা মী লেম্না মাঙদে। লাইরিক তম্বগী কান্নবা ফবা কয়াহু পুংথোক্তুনা উপন্যাসিদা হায়হল্লি, থম্বালনা মথা ঙারকই, লাইরিক হৈ হায়হুনা চংলুরগা লাইরিকসু মী থুনাইগী লুপা চাবা ওইরমদনা ভোং-ভোং তুলসি মনাগা লৈ পরেং চাবগা ওইরমহুনা, অদুগা মরম ওকপগু অফম্বিদা ওকপা ওইরমহুনা হায়হুনা মরাম রা-রা নোকই নোকপমথৈ নোকলুরগা মুমিং লৈথরকপা অদুদদি থেঙলে থেঙলে হায়হুনা য়ুমুম মমুমদা হল্লখি।

মখুম য়োরগা চান্দনীনা ঙাওনা ঙাওনা খবকতি অসুম লোইশিল্লি। পুখ্রিদা কুমহুম ঈশিং শোকপদা চোংঙা খরমা খোংবদা পুক্লিংদা চিংনবা হুংঙাইতবা বরিবু থোক্লগদবা থমোয়দা কাওই। চিংনা চিংনা লাকহুনা ঈশিং পুল অহু খনম্লগা হিদাক ঙাম্বক অমা হাল্লগা থকদোৌবগী হোৎনরিবৈদা মী অমা লাকপা উখি, লাকইবহু মহাক্না মশক মুন্না খঙই। মীহুদা কক্চি বা থাহুনা হিদাক ঙাম্বক হান্দুনা পীরে, লাক্লিবা মুপা অহু মোহিনীগী মরমদা রাহং কয়া কল্লা হংই চিংনবা কয়াগী মরমদা, চান্দনীনা করিসু চিংনরুহু মীনা পংহাই হায়বা শাবনি লেংগদবা মানা লেংদরি হায়না খেমজিল্লি। অহু ফাওবা মুপাহুনা থাজবা ঙমদরে, মাসু থমোয়গী ওইবা রা কয়া মনীং তম্না হায়।

মুপাহুনা সিগী রা পুখসে ইচেদি থঙম্রবসু মোহিনী মাদি শোয়দমকী খঙলমগনি, ইচেনা য়ারবসু রানা মঙোন্দা পাউ অমুকতা পীবিয়ু, ঐ হয়েং চৎথোরকে হায়রল্লগা মুপ.হু চৎখরে। চান্দনীদি হয়েংগী খনবদা অংাবা অমা ওইহুনা লৈগোরে। চান্দনীনা মত্তোমত্তা খৈ মোহিনীদদি পাউ পিদবদি য়াদে, পীবা চঙলুরে অহল-লমন্না করিগীনো হংলব্রনি। মোহিনীবু উন্নবা খলবদা য়াখি।

কুইনা থুল্লুরবা মতুংদা লৌশিং অমা লাকলে মখোয়দা হেকতা চঙহুনা হিদাক ঙাম্বক অমতা পিয়ু হায়হুনা নিবা চৎলগে খনহুনা মখোয়দা লাক্লে। চান্দনীনা মোহিনী মোহিনী কৌহুনা হিদাক ঙাম্বক অমথক্তা পিয়ু ঐখোয়গী ইমাদি তৌজিক ফাওবা কৈখেল কুমলকত্রি হায়হুনা মখোয়দা চঙখরে। মোহিনীনা মমাদা ইমা ইচেনা হিদাক ঙাম্বক অমথক্তা পীয়ু কদায়দা লৈবগে হায়হুনা হংহুনা খিরি। মমানা হল্লকপগী পোৎনচিংবা খোকহুনা হিদাক ঙাম্বক অমা চান্দনীদা পীরে। মহুগী তঙ্গা লৌহুনা চান্দনীনা মোহিনীদা ভগ্লপ হায়রকই, লাকলমই, হয়েং মুংখিল লৈকোন্দা হায়রল্লগা হিদাক পুহুনা হনখরে। চান্দনীদি মাগী রা হায়রল্লখনিমা অরাবা কোকখরে। সোমদা মোহিনীদি রাখলনা তুম্বা য়াখিদরে। ফমুংদা চঙহুনা হিন্নি হায়রবদা মঙাইরে মনীং উশিল্লু

য়াথিরে, চান্দনীনা মঙন্দা হায়রম্বা ৱাহৈ কয়াদু নীংশিংলুনা লৈরে। মহাক্কী অরাবা উবিরদুনা মোহিনীবু নিত্রা দেবীনা লৌশিনবিখরে। মবেম্মনী কূপ্য ফংবদা মোহিনী নুংঙাইনা মবেমমগী তমপাক্তা পোথখরে

উপন্যাস অসিদা অইবনা উৎপা পাম্নিবদি লাইরিক তম্নপা করিবু কান্নবা অহল লমনশিংদা থকসি খাসি লৈতনবনি থাজনরিবা হায়নরিবা কয়াদুগী মাইয়োক্তা লাইরিক-লাইশু হায়বসি তমদবা ইয়ামক য়াদবনি থবক্কী ভাক্তা নত্তে মী ওইনা পোকলবদি জ্ঞান লৌশিং লৈনবা হোৎনগদবনি. লাইরিক হৈবসিবু অফবনি হায়না উহন্নবা হোৎনৈ মসিবু মীয়ামদা মশক তাকপগা লোয়নননা পাউজেল অমসু পিরি

মোহিনীবু লাইরিক হৈবা মীদা থাজপ্রগনি হায়বদা ময়াম্না লাইবক কৈদা অফবি নুপী মচানি, লাইরিক হৈবা মীদি লেন্না মাওদে, মযম থুদিংদা লাইরিক চঙই মসিনা মীবু লৌশিং জ্ঞান তাশিনবদা মতেং পাংই হায়নিংলিবা য়াফম কয়াদু নুপীশিংগী মচিন্দগী হায়দোকহল্লি,

> "নরাইবক ফৈদা মোহিনী মোহিনীবু লাইরিক হৈবদা থাজগদৌরে হাইবা অদুতদা পুকনিংদা নুংঙাই। হৌজিক অসি খাইনগী যুগ নত্রে লাইরিক হৈবা মীনা লেমনা মাংবা হৌনদে।"
>
> ("মোহিনী")

খ্বাইরম্বন য়ৌনসু তমখিদবা মোইরাংথোম ফাওবা তমখিবা কয়া কমা থবক-ইনথাঙ কয়া তৌখরে। লোরুশঙগী আমিল ফাওবা ওইদুনা চাবথকপা য়াংতনা নুংঙাইনা পানখরে। তশেং তশেংনা লাইরিক হৈবগী কান্নবা কয়াদু মতাং মতাংদা অইবনা পল্লি। য়াম্নসু তমখিদবা থরতমক তমখিবা মী ওই ফাওবা কান্নবা ফংজখরে, মীওই থরনা কান্নদবা অরেম্নদি হায়বদগী ওন্ন-তৈনবদা লাইরিক লাইশু তবা অসি কান্নবা অমনি হায়রদু উংলি।

অমরোমদা মতমতুগী মীওই খরনা লাইরিক হৈ হায়বগী মিংদা নমথাক লৌনম তাং তৌদবসু নত্তে লাইরিক হৈ হায়জিলতুনা খুদোং চাবা লৌখিবা কয়া অমসু য়াওখি। মতুদা থাজতুনা চৎলুরগা সুপী কয়াগী অরাবা দশা তাবা খুদোংথিবা কয়াতু মতাং চানা হায়দোকহল্লি,

" লাইরিকসু মী খুনাইগী লুপা চাবা লাইরিক ওইরমদতুনা ভোং-ভোংগী তুলসী মনাগা লৈ পরেং চাবা লাইরিক ওইরমতুনা, মরম মওকসু অফন্বীদা ওকপা ওইরমতুনা চিঙৈ হল্লকুনা অসিদা পৈথা তৌবরিবা অসিনিদনা।"

সুপা কয়াগী ওহাক্কী তৌশিন্নবা নমথাক মানহলবা তাং কয়াদা সুপীশিংনা অচুম্বা ওইরমগনি থাজতুনা লাকখিবা মতুগী ওন্ন-তৈনবা থোকখিবা কয়াতু উপন্যাস অসিদা নীংখিনা পল্লি। লাইরিক হৈবা হায়বসিসু নীংথিনা লাইরিক ওমতুনা থবক ইনখাঙ তৌতুনা শেল ফংবা তত্তু হেক ওইরমদনা অতোপ্পা অমা ওইরমবা নোকনিবগী মশক কয়াসু পুশিল্লকই। লাইবিক হৈবনি হায়রগা নিংভোম লাইরিক থিবা হায়বতু ওইরমতুনা থাজতুনা চেল্লুরগা সুপীশিংনা মগুমদা হল্লকপগী করেল্লবা ফাগিগী মশক অমা অইবনা মতাং চানা পুশিল্লকতুনা অচুম্বতু হায়রকই। মরম মওকসু অফন্বীদা হায়বদি ফমতুনা জুল্লারনচিংবা শান্নবগী মওং মতৌবু মামা মরম মওকসু অফন্বীদা হায়না পল্লি। অইবগী সুংগী ওইবা করিগুম্বা ফুমতুনা চৎপা রাহৈশিং শীজিন্নতুনা খল্লু খল্লুরগা হেন্নতুম নোকনিংহল্লি।

ফাগিগী ওইবা তৌশিন্নবা তাং অমদি করেম্নবা মশক কয়া হায়বা হোংনবদা তোঙানবা রাহৈ কয়া অমা পুশিল্লকতুনা থম্মনবা লাকনৈ। মতুদি অইবগী রাহৈদা তুলশি মানা চাবা, লৈ পরেং চাবা. অতুদা মত্তনা অফবা শাবা মানহলবা কয়েবা মশকতা বৈকক চেংজঙবা কয়া হায়রকই। খুদোং-থিবা কয়াশিং অসি থোকতনবা ময়ুম মকৈ প্যানদ্রিবা কয়াদা তুংগী জ্ঞান কয়া পীরি। মথোন্ন মরকতসু মশাদা প্যানবা সুপীশিংসু য়াওরম্মী। মথক থোংবিশিংনা মথা থাবা কয়াদা রাহ্নী লীতুনা খুদোংথিবা কয়াতু নহৌনা খঙহল্লি।

উপন্যাস অসিগী লোন অসি অচম্বা ঐখোয়গী ওইবা অয়ুক মুমিদাংদা শীজিন্নরিবা রাহে রাতা করানা মপুংনি। অচুম্বা করিগুম্বা মতাংদা মৈতৈগী ওইবা থায়নগী প্রমান-পাম্বে কয়াসু মতাং চানা হাপ্লি। লোন ফজহনবা অমদি মথং মনাও নাইনা শেম্বা হৈবগী মশক কয়া উবা ফংই।

মোহিনীবু পামজবা লাংজবা মাগী মপাউ তানিংবা পাখংচুগী মথং-মতো অমদি মোহিনীবু চিংনবা উবদা মুংঙাইত্রচুনা চান্দনীনা হায়রকই,

" থরাই রারবরনে ? রাক্লুদা লেংগদবা থোঙখোংনা
লেংদনা পাম্বেনা নোমজবা শাবনবু করি তৌগদগে "
পাখংচুবু লৌশিং কয়া পুথোকচুনা রাদনবা থেমজিল্লি,
পাখংচুনা খাজনা হায়রকই,

" রাবগী নত্তে, থোঙখোংনবু লেংলবসু পাম্বেনবু হাইরবসু অমদি মনোমলমলগনি মুংশিং শিত্তনবু উনা লেংবা হৌনদে ইচে "

অসুম্না উপন্যাস অসিগী লোনদা মৈতৈগী ওইবা প্রমান পাম্বে কয়া শীজিন্নচুনা তোপ তোপ্পা মশক অমা থম্নবা হোৎনৈ। রাহে অয়াম্বা মপাম্বোংগী নত্তবা তোঙান্না মুংগী ওইবা অর্থ অমমম লৈবা ঙাকতনি। অরাই-অথুম তৌনচুনা হেন্না ফজবা নীংথিবা মশক অমা থম্মি। মোহিনীনা তৌরুদনা মীনা ঙাঙলকপা হায়রকপা মাবা নত্তে হায়চুনা পাখং অচুনা য়াম্না কনা হায়। পাখংচুগী রা তাবদা চান্দনীনা হায়বকই,

" উনা অসিদি মুংশিং ঙাক্তমসু লেংদবনিদা।
মশা নোমলুরগা লেংবো উনানিদা। "
পাখং, মীনা নোমলুবা অসি কদাজিংবি মুংশিংনা মমইদা "

চান্দনী অমদি পাখং অসিগী রাহে-রাতা অমনা অমবু হেন্নদে, মপা চানা-চানা ঙাঙনৈ। মমালোনবু মুংশিজবা অমা ওইনা মীডোন্দগী পুরুদবা মতৌ তমসুদবা রাহে কয়া উপন্যাস অসিদা মরাং কায়না য়াওবা থেংনৈ।

উপন্যাস অসিগী খুৎই মওং অসিদা অমগা অমগগী মরক্তা লেপ্তুনা হায়নহনবা অপনবা লৈতবা কয়া উবা ফংই । অতেনবা মখলগী রাহে পরেং কয়া শীজিন্নহ্নুনা হেন্না মপুং ফাহল্লি । মুংওাইবা রাহে কয়া মতাং চানা হাপ্পিময়াম মরক্তগী থরোনা হায়রকই,

" নঙবু মীগী মতৌদা মতম্বা শাই. নশা নশাগীদি থম্রহ্নুনা মীদি ময়ুম পাশ্রি, নঙদি নয়ুম পাল্লুবদগী হল্লকুনা য়ুমজাও অরাং শঙ্তপতা

থম্বাল : নঙদিনা

থরো : অহুনবু ঐদি মীগী মতৌ তমজদেদা,

থম্বাল : তমগ্রবসু নোকপদি য়াওইদনা

থরো : অহুবুদি নঙনা তম্বগীনি । "

অহুগা করিগুম্বা মতাং থরদনা রাহে অমবু হঞ্জিন হঞ্জিন হায়হুনা রাহে পরেং অহু মপুং ফাহলবগা লোয়ননা হেন্না শাফু লৈহল্লি হঞ্জিন হঞ্জিন হায়হুনা অমুক্তা হেন্না খঙহলনিংলিবা হায়নিংলিবা রা অহু ময়েক শেংনা থম্নবা হোৎনৈ,

" তাঞ্জা অহুমকতদা ইঙৌ ঙৌব অম লাকপা উবদা চান্দনীনা হিদাকপু ঙারহুনা ইমুং চেনশিনখরগা জয়পুর অমা ইশিন্দুনা থোরকপদা ইঙৌ-ঙৌনা লাকপা মী অহু ইঙৌ ঙৌনা চুরি মায়দা লেপতুনা লৈরম্বই "

অমুকসু উপন্যাস অসিদা অইবনা মুপীবু রাখল লৌশিং লৈবি ওইনা পুথোরকই । চান্দনীদা পাখঙহুনা মওন্দা রা অমতং মোহিনীদা হায়রবিদবা য়াম্রে মাবু উননবা হোৎনবিয়ু হায়রম্মী । চান্দনীনা করম্না হায়সিগে খল্লিঙৈদা রাখল অমা লাক্লে মোহিনী হোয়দা লাকতুনা চান্দনীনা,

" মোহিনী মোহিনী ! ইমা কৈখেল ফুমলক্লবরা ? ঐখোয়গীদি হৌজিক ফাওবা কুম্বিরকত্রে কোয়েৎ চাওনা ফাথয়বন্না করিনো থঙত্রে, হিদাক পৈশা অমতংগী তপাচখিবহু পুবিরকত্রে হিদাক ওাম্বক অমতা নিগেবা "

অসুম্না " মোহিনী " হায়রিবা উপন্যাস অসিদা মুপীশিংগী ভাইহাক্কী রাখল লৌশিং কয়া লৈবতু পুথোরকই। মুপীশিংবু ঙৈহাক ঙৈহাক্কী ওইবা লৌশিং কয়া শীজিন্নতুনা ঙন্নবা হোৎনবা কয়াতু উপন্যাস অসিদা উবা ফংই। অঙনবা মতমদগী হিদাক হানতুনা থরুরম্বা তমুকস্মু কাগি তাথোক্তুনা কোয়েং চাওনা ফাখয়ে হায়তুনা ফাগিগী মরুমদা ইচম চম্না ফোঙদোক্তুনা হায়নিংবা কয়া অতু হায়বা থেংনৈ। হায়নিংবা র, হায়নবা হোৎনবদা চঙবা য়াবা ঙহাক্কী পাইরক-পাইথুগী পাম্বৈ কয়া পুথোক্তুনা হোৎনৈ।

উপন্যাস অসিগী চৎথরক্লিবা ব্যরী মতেক অসিদা পরিং নাইনা অথিংবা য়াওদনা মথং-মথং চৎথরকই, অপনবা লৈতনা ঈচেল অমগুম তাওথরকই। তুংদা পথঙ নত্রগা মোহিনী অনিগী মরক্তা করি থোক্লগবা হায়বগী মুংনাংবা অমদি থঙনিংবা ঙাইঙমদবা লৈ। মতমতুদা ওইবা মুপীশিংগী মওং-মতৌ মখোয়না তৌবা কয়াগী মশক অমা য়াম্না কন্না উৎলি। মুপীশিংনা মখোয় থরা হেক পুনশিনবগা মীরা ঙাওনা ফৈ ফত্তে হায়বগী তৌরিবা অমদি চৎনরিবা কয়াসি ফজনা উৎপা উপন্যাস অমনি।

মকমসিগী মুপী অয়াম্বা মতমতুদা কৈথেল ক্ারম্বা য়ুমগী মীশিংনা কৈথেলদা পোৎ য়োনবা চৎখিবা মমা নত্রগা মবোকপু হল্লকপা ঙাইনরম্মী। হয়াও কুমহৈ কয়াদস্মু মুপীশিংনা পোকম ফমতুনা অচা-অথক কয়াস্মু য়োল্লম্মী। মন্‌-মশীং কয়া য়োনতুনা অমুক মুমিদাংগী চানবা অমদি মচা-মগু কয়া মীওইনবা শেম্মরম্মী। মী লাকপদা অরাকপা মীবু তন্নামনা ওকপগী চৎনবি মৈতৈ সমাজদা থায়নদগী তৌরক্লবা কয়াস্মু উপন্যাস অসিদা ময়েক শেংনা উবা ফংই। অরাকপা মীদা ফিদা থাবা হিদাক হানবা লাকইবা মীবু নীংখিবা সেবা তৌরম্মী। করিগুম্বা উচেকশিংনা থোংনদা করি থোক্লগবা পুক্লিংদা চিংনবা অরা-মুংঙাই ওইরবস্মু পাউ অমা তাগনবা নত্রগা থোদোক অমা থোকপগী চিংনবা কয়াস্মু মতমতুদা লৈরম্মী।

হাথু হাথু লাকপদা মথোং চাদনা খোংবা উচেকী মখোল তাবদা শাওনিংবা কয়া উবা ফংই । মুমিৎ তারমদাইদা ঈশিং শোকচিন্দুনা য়ুম অমা পানবগী তুক থাওমৈ থানবা মুপী অমনা নোংমদা তৌগদবা থবক কয়াগা লোয়ননা মৈতৈ সমাজগী য়ুম খুদিংদা ফুংগা নাইবগী মশক অমদি ঈশিং শোকপদা পুলনচিংবা শীজিন্নরম্বগী মশক নীংথিনা তাকই ।

লোয়ননা মতমতুগী ওইবা মওং-মতৌ কয়া কায়হন্দনা থম্নবা হোংনৈ । মহাক্না ইরম্বা অতৈ খূৎই কয়াদা ফংবা ওমদ্রবা ইতোপ তোপ্পা য়াম্না কজবা ফাগিগী ওইবা মচল অমা " মোহিনী " হদি নীংথিজনা মরাং কায়না য়াওবা থেংনৈ । ফাগিগী ওইবা রাহৈ কয়া হাপচিন্দুনা ফাগিগী মরুমদা হায়নিংবা রা কয়া মনীং তম্না হায়হন্দুনা উপন্যাস অসিবু হেন্না মপাঙ্গল হাপ্পি ।

মুপী ঙাক্তগী ওইনা শক্তম অমা শাগংলকপদা মোহিনীবু পুথোরকপা মুপীশিংনা কৈথেল কাহনবা লাইরিকসিগী মিংথোল ফাওবা মোহিনী হায়রিবা মুপীমচাসিগী মমিং থোল্লি । চান্দনীনা হুহাকী রা হায়নবা হোৎনরকপগী হৈশিংবা কয়াতু উপন্যাসসিদা উবা ফংই । তশেংনা মতমতুগী সমাজগী চৎনরিবা মওং মতৌ কয়া মরীক চুন্না উংথোক্নবা লাকনৈ । থায়নদগী চৎনরকপা ট্রেডিসনবু মাঙহনদনবা হোৎনরকপা অনৌবা মশক অমসু ফৈজিন্নকুনা পুন্না থম্নগা কবিগুরা ইনৌ নৌবা মশক অমা মীয়ামগী মীৎমাঙদা থম্নবসু লাক্নরকই । রাঙাঙদা তৌথোরকপা মরু ওই চরিত্রশিংদা হায়হল্লিবা রাঙাঙ কয়াদা অরি অনৌগী মশক কয়া হাপ্পবা হোৎনৈ । চান্দনীদা য়াওরিবা গুনসি অনৌবা হৌজিকী সমাজগী মুপী অমগী মশক চপ চানা হাপ্পবা হোৎনৈ ।

মরম অতুনা মণিপুরী সাহিত্যদা অঙনবা মতমদগী উপন্যাস অমা শাগৎনবা হোৎনবদা শরুক অমা লৌবা হৌরকখি । মাগী রাখল মতমতুগী ওইবা তোপ তোপ্পা মশক অমা পুথোরুবা হোৎনরম্বা অইবা অমসুনি ।

———

---



অহৈবম কৃতমালা সিংহ, হৈরাঙ্গোইথোঙ অহৈবম লৈকাই ইম্ফালদা খৃষ্ট কুম ১৯৫৯ গী নবেম্বর তাং ২৪ দা পোকই। অপোকপগী মিংনা ধবল্লো সিংহ, অপোকপিগী না রমণী দেবী কৌই। মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদগী এমঃ এঃ এমঃ ফিলঃ অমদি বিঃ এডঃ নচিংবা মথং মথং লোইশিনখি।

সাহিত্যদা থবায় য়াওবা অমা ওইনা সাহিত্যগী চেফোঙ, এন্থোলোজি, পাউ-চে, অমদি মেগাজিন কয়াদা শৈরেং, ৱারী মচা, অমদি নৈনৱারেংনচিংবা হাপ্লক্লী।

খৃষ্ট কুম ১৯৮৬ তা এঃ আইঃ আরঃ ইম্ফালগী এপ্রুভ তৌরবা ঈশৈগী শৈরেংবা ওইরকই। মতম মতমগী ওইনা এঃ আইঃ আরঃ ইম্ফালগী সাহিত্যগী খন্ন-নৈনবদসু শরুক য়ারক্লি। খৃষ্ট কুম ১৯৯৭ তা শৈরেংগী লাইরিক হৌজিক্তা নোং চুরক্লি ফোঙই।

খৃষ্ট কুম ১৯৯৭ তগী পিঃএৈচঃ ডিঃ গীদমক রিছার্চ তৌবা হৌরকখি। দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর , মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি ইম্ফাল, অমসুং সিনে ক্লব ইম্ফালগী লাইফ মেম্বর ওইবগা লোয়ননা অতোপ অতোপ্পা সোসাইটি কয়াগী থবকসু পুরি।